



# হে থম্মোয়

ডা মোইরাংথেম প্রিয়োবর্ত্ত

# হে থম্মোয়

ডা মোইরাংথেম প্রিয়োর্বত্ত সিংহ

লমজিং পব্লিকেসনস, ইম্ফাল




# HE ' THAMOI

(a radio serial play in manipuri)

*by dr moiraangthem priyobrata singh*

price : rs. 50/

| | |
|---|---|
| ফোঙবা | সনসম ভোরোত সিংহ্ না<br>লমজিং পব্লিকেসনস গীদমক। |
| অহানবা মঙাল | ১৯৯৯ |
| মশিং | ১০০০ |
| হক্ | অকোঙবা |
| মথুম | সুধির নাউরোইবম |

মমল ৫০/-

নম্ফম ঃ এডভান্স ওফসেট, ভুপেস গুপ্ত শঙলেন, বি টি রোড

*ঐহৈকী গুরুদেব*

*শ্রীমোইরাংথেম ঁকালঞ্জুর সিংহগী*

*স্মৃতিদা*

আকাশবাণী ইম্ফালগী শক্তম লাংথিবা লীলারোয়শিংঃ

*নুপাঃ*

খোঙ্জেল (মপা) ঃ ও ; জয়ন্তকুমার
চাউথোই ঃ নরেন্দ্র নিংঙোম্বা
রোমেশ ঃ এন, জয়েন্তকুমার
মিলন ঃ টি ঐচ চীংলেন

*নুপীঃ*

মমা ঃ ৱাই সোরোজিনি
রাধিকাঃ কে মিরা
গীতা ঃ ঐচ উসারানি

শন্দোকখিবা মতম জানুৱারি-মার্চ, ১৯৯৯
পুথোকপা নিংথৌজম লোকেন্দ্রজিৎ

# অহানবা তাঙ্কক

*অহৌবা যন্ত্র ঈশৈ*

মিলন (থোঙ হাংদোকই) ও, নঙ লাকএদনা।

রোমেশ লেঙশিনবীরকউ সার।

মিলন য়ারে য়ারে, ফম্মুনে।

রোমেশ ঐ সারগীদা লাকচগে তৌরম্বনি।

মিলন এনিৱে, রীজল্টতু ঙসিমক থোক্তবা য়াদ্রে। ঙরাংসি মন্ত্রীনা য়াম্না কন্না হায়রকখ্রে। কেঙিদেট অমগী ব্রাফমদু নঙবু পাউ ফাওনবা ঙম্লো ?

রোমেশ ঐ ময়ূমদবুদি চৎচকুরে সার।

মিলন করি হায়রকঅবা ?

রোমেশ শেল পীবদি লৈশ্রু লৈতে, পামসু পামদে হায়রকই সার। পাঙথোকখ্রিবা থবক্কী চাংয়েং পরীক্ষাদুগী মতৃং ইন্না মতীক চায় খল্লগদি চুম্না অদুম খনবীরকউ সীনি।

মিলন কনাননো হায়রকইসে

রোমেশ মমাননি সার। মপাদি লৈখিদবা কুইরে।

মিলন ঐনা হায়খিবা এমাউন্টতুমক য়ৌদ্রগসু . . .

রোমেশ (মরক থৎনা) শেলগী মতাঙসিদি শুকয়ামক য়াদ্রে সার। ইমুংদু খরা অচুম্বা পাম্বা ওইনা তৌই। কৈরোয় লৈকায়দুনসু য়াম্না বোবহার থম্মী।

মিলন য়াদ্রগনা খন্দ্রেদনা। হৌজিক্কী মতমদবু . . .

রোমেশ সারসু অমুক্তদি খন্থবীখো হায়জনীংই

মিলন ঐনা মখোয়দা তাঞ্জা পীরীসে খন্থবৈ নৎত্রো ?

রোমেশ হীরম খুদিংমক্তা মানা খ্বাইদগী ফরবনিনা . . .

মিলন (মরক থৎনা) ফরগসু শেল পীদ্রগদি য়াদেনে। মী মঙাখক থবক হাপকদবদা মন্ত্রীনা মরোন অমা, লৈবাকসিগী হব্রা-নুংশিৎসি জাতা ঌমনিনে

খঙঙরা ?

রোমেশ অচুম্বা তৌবদি কায়দেনা সার।

মিলন কান্নদে রোমেশ। সিদা লীষ্ট লৈরেসে। ওর্ডরদু অমুক্তা নমথোকউ।

রোমেশ (য়েংহৈ) সিদি চাউথোই হায়বা কেণ্ডিডেটসিদি য়াওদ্রে।

মিলন অদু নৎত্রো ঙসাইদৈ খন্নরিসিবো ?

রোমেশ খরা খরা চুম্না তৌবা হৌরসিদা সার।

মিলন চুম্না তৌবা হায়ববু বনান লালহনগনু সে।

রোমেশ মসিমক্তি ঐ নুংঙাইজদেদা সার।

মিলন (কল্লপ) নুংঙাইবা নুংঙাইতবা হায়বসিবু করিনো ?

রোমেশ অচুম্বা তৌসি হায়জবনি সার।

মিলন অচুম্বা হায়দুনে তৌরিসে। ঐনা তৌ হায়বসিতা তৌ।

রোমেশ মসিমক্তি ঐ ঙমজরোই সার।

মিলন করিগী ঙম্মোইদৌরিবা ?

রোমেশ অরানবা ওইবগীনে সার।

মিলন অরানবা হায়দি ?

রোমেশ অরানবা হায়দি চুমদবদো।

মিলন ব্রা য়াম্না ঙাঙনগুমসিবা রোমেশ।

রোমেশ ঐ তশেংনা ঙমজরোই সার।

মিলন ও, ঙকসি য়াম্না হাইগৎলেনে !

রোমেশ মদুমক্তি নৎচদে সার। ঐগী ফমফমসিনা মরম ওইদুনা ঐ অচুম্বা তৌবা ঙমখিদবদি য়াই। অদুবু অরানবা তৌরোই হায়বগী ফিরেপ অমদি ঐগীসু লৈ। মসিদি ঐগী অধিকারনি।

মিলন থক-খা ওন্নবসিদি পাম্বা ব্রাৎলিদা।

রোমেশ করিবু হায়দৌনো খঙদ্রেদা সার। অরানবা তৌবশিংনা থকতা লৈনা লৈখিবসিদা লৈবাকসিদা অচুম্বদি মমীবু শামজিল্লক্লে। অচুম্বা পামজবশিংনা লৈবা ঙমশিল্লক্কবা লমদম ওইরক্লগদি . . .

মিলন (মরক থৎনা) য়ারে ব্রারীসি তেনশিল্লসি। ঐনা থোকপা কনানো অমদা নমহনজরুরগে। ময়ামগা মান্নদবা হায়বসি চন্নফমদি লৈতবনিকো। ঐ থোকএ।

রোমেশ (মথন্ত) করম হায়না পান্দৌরি লৈবাক্লো খঙদ্রেদকো। মসিনা ফরকপৈ ব্রাসিমা মঙগুম্বা হায়দুনি। হৌজিক মতমগী অচৌ-অশাঙশিংসি ঙকখ্রেদা।

মমা (থোঙজিন্দা) ইবুংঙো, ইমা অমুক্তা চঙককেনা ?

রোমেশ ও, লেঙশিনবীরকউ ইমা। য়ানি, শোমদা হেক্তা লেঙশিনবীয়ো।

মমা ইচা থেংনবা য়াম্না নুংঙাইরেদা।

রোমেশ ওফিসসিদা য়ৌবীরকপবু কয়াম কুইরগে ইমা?

মমা আঃ মপান্দা ঙাইহাক্তং ফম্নুরে। ওফিসার অচৌবদুদি য়াম্না শাউনা থোকখিদা

রোমেশ ঐখোয়না শাবা ব্রারীদুদি তাবীব্রা ইমা ?

মমা তারসু লৌফম খঙদেদা। ইমানা লাকইসে চাউথোইগী থবক্কী ব্রারীদুনিনে।

রোমেশ ঐ খঙজে ইমা। ঐখোয়গী ওফিসারগা অমুক ব্রারী শাবীগেরা ?

মমা য়াইনে ইমা শাজগেনে।

রোমেশ ঐ লৈব্রা অমুক্তা য়েংজরুখিগে ইমা। শুম ফম্বীরম্মু। ঙসিগী খবরনি শুম পাবীরম্মু ইমা। (থোকখি)

মমা হোয় হোয়। (খবর য়েংই) অফ-নুংঙাইগী পাউবু অমত্তা য়াওরিরোইদা। (পারকই) *মালেমগী এইদস নুমিৎঃ ডিসেম্বর ১। ইন্দকী ওক্তোবর ফাওবদা মণিপুরদা ঐচ আই ভি মহিক পকপা মী . . .*

রোমেশ (চঙলক্তুনা) ওফিসারদুদি চত্থোকখ্রে ইমা, ঙসিগীদি থেঙনা হল্লকঅনি।

মমা ইহে ! (ঙহাক লেপ্লী) নখোয়বু মরকসিদা করি খন্ন-তান্নবা লৈগে ?

রোমেশ চাউথোইগী থবকসি হায়দোকখ্রে। মঙ্গল ওইখিদ্রে ইমা !

মমা হা ! মঙ্গল ওইদ্রে হায়বা ?

রোমেশ লায়বক লৈতবা হায়দুনি ইমা। উপাই লৈতে ; ঙসি ওডর থোকখ্রে।

মমা চাংয়েংদদি মানা মকোক থোংই হায়দায়নে ?

রোমেশ মকোক থোংই ইমা , অদুবু খন্দ্রে।

মমা মকোক থোংবদু মতীক চাদ্রবা ?

রোমেশ ঙকপিরনু ইমা। মসি অতৈদা ওইথোক্তগসু ঐখোয়সিদদি ওইখোকই।

মমা ইস অসুম্না কয়াম কুইনা চত্থরক্লবা ! কয়াম কুইনা চত্থিগদৌরিবা ? ইবুংঙো রোমেশ, লৈবাক অসিদি কন্দবা য়ারোই। লৈবাক অসি কন্নবা থৌদাং নৎত্রনে নখোয়গী মাঙদা তাদুনা লৈরীসিবো ?

রোমেশ খঙদে ইমা লোইনদি উই। অরানবগী অরানবা ঙাক্তা ! চীরোল-খারোল, হুরান-লোনচৎ, মীনম-শোরিবা ঙাক্তা ! লোইনদি খঙই, উই ইমা ! অদুবু ...

মমা ইস ! ওম্থোকপা লৈবাক্লিদা ! নঙগী মরুপসে মতম খরদংদি হিংহন্নীংবনিনে ইমানা। অচুম্বগী চন্নফম পীবা মফমদুদা ম্বর ঙাইহাক্তা ওইরবসু হোলহন্নীংখ্রেদা রোমেশ। পাউসি তাহন্নীংখিদ্রেদা। তারগদি মহাক নীংবা কায়খিনি। ইচানা নীংবা কায়বদু উনীংখিদ্রেদকো ইমানা !

রোমেশ ঐ খঙই ইমা। থম্মোয় অমমম পাল্লিবা ঙাহাক্তনি। মীপুম খুদিংমক্তসু খঙবনি

ইমা। মমা লীশিং লীশিংগী নিন্দা তৌবা মীৎয়েংনা ঐখোয়দা য়েংবিরকপা কুইরে। অদুবু অসুম্না সুম চৈখে ; সুম হেঞ্জিলকই। করিসু হোংদেদা ইমা।

মমা হুং! (ফুক হৌগৎলি) ইমা চৎলগে থেঙঙে।

রোমেশ য়ূমলোমদা ওইনা চৎপীরদ্রা ইমা ?

মমা খঙদেদা। কদায়রাইদনো, রাখল অমত্তা খল্লুখিগে।

রোমেশ ঐসু নোংমা কোইথোকচরক্কে ইমা। নচা সুম লৈজহৌরে।

মমা লৈহৌরো লৈহৌরো। (থোকখি)

রোমেশ (মথন্তা) ইস ! চুমদেদা সাহেব নঙনা তৌবীরিসে ! চুমদবা হায়বসি ফজনিঙাই কৈসু লৈতে । ঐখোয় ওফিসার মিলন সাহেবতুবু লৈরীজাৎলা ? মথা শাবৈ-শাবা লাউনরুখিগেদা। (চৎলি, বেল খীংলুই)

মিলন য়েস, ইনসাইদ প্লিজ। এহ্ ! নঙ ওইরে। অমুক কৈদৌরে ?

রোমেশ ওডর্রদু নমথোকখ্রবা সার ?

মিলন এ লোইপ্রে। অদুবু করি লৈবা থবকনোনে ? ফম্মুদনা।

রোমেশ সার ঙসিদি রাফম অমত্তা হৌদোকচগে। মাইন্দ তৌবীবদি য়াদে।

মিলন হৌদোক্ক্রসু য়ারেদা। মাইন্দদি হান্নানা তৌ-লৈরপোৎনি।

রোমেশ মাইন্দ তৌবীরসু য়ারে সার, হায়দি হায়জগে।

মিলন নঙ থোকখি য়ারে। ঐ য়াম্না চিল্লী। মাইন্দ তৌরসু কায়দে।

রোমেশ ঐ থবকসি তোকথোকপা ঙম্মী। সারগী য়াইফবদি ওইরোইকো।

মিলন য়েংতারেদনা।

মমা (থোঙজিন্দা) ইবুংঙো, ইমা অমুক্তা চঙলক্কে।

মিলন ক নানো ? কৈদৌবা য়াওরে ?

রোমেশ চাউথোইখোয়গী ইমানি। য়ানি ইমা লেঙশিনবীরকউ।

মিলন উপায় লৈতেনে ইমা। শেল হায়বসে শেলনা তানগদবনি। তোলোপ চানীংঙগদি শেল তিংদবা য়াদে হায়বসি ইমাখোয়সু তাবীরিনিদা ?

মমা ইমাখোয়দি শেঞ্জা-থুমজাসি চুমদে হায়না তায়দা।

মিলন চুম-চুমদবা হায়বসি ইমাগী ইচানুপা থবক খন্দ্রে। সিদগী সুম খঙবীরো। হেক্তা য়াদবনিদা ইমা।

মমা ইবুংঙো ওফিসার। সমাজসিদা অচুম-অরান অনীমক লৈনে। ইমা য়াম্না চন্বা রা অমা হায়গে। অচুম্বা হায়বসিনা অচুম্বনি, অরানবা হায়বসিনা অরানবনি। অরানবনা অচুম্বনি হায়বদি থক য়ারোইনে।

মিলন মদুদি হায়দ্রসু ইখঙ খঙনবা রানিদা ।

মমা অদুবু ইবুংঙোদি খঙদবগুম তৌই। হন্দক্কী থবকসি চুম্মি হায়দুনা ভৌবীরিবা নৎত্রা ?

[redacted]

মিলন মানি, চুম্না তৌরীবনি।

মমা (কন্না) চুমদে ! ঐনা হায়রী; মদু চুমদবনি, হৌনদবা থবক্লী। নঙ উব্রসে! মমা অমগী পিবু অসুম্না তাহনবা হৌনব্রা?

রোমেশ ইমা!

মমা পুন্সি নূংশাংনা মঙ্গল ওইনা থবক তৌবা ঙম্লবা মীগী থম্মোয় শোকহনগনু ইচাশা। ফরে, মসিনা মসি ওইরে। ঙসিদি নখোয় অনীদা ইমানা ব্রাফম অমত্তা চেকশিন্না শীন্নগে।

রোমেশ হেক্তা তাকপীয়ু ইমা।

মমা হন্দক্কী থবকসি মায়থীরে হায়বা ঐগী ইচানুপাদা খণ্ডহন্নীংদে। নখোয়নসু হায়দোকপিনু। মাসু ওফিসসিদা কাজরসনু।

মিলন করিনোনে ইমানা তাকপিরীসিবো?

মমা ইচানা ওফিস কাবগী নুংঙাইবদো ইমাসু অমুক্তা য়েংজগেনে। নখোয়না ফনবা অমুক্তা শিনবীয়ু ইচাশা। মতম খরদংদি মাগীসু চৌকি অমত্তং থাবীয়ু ইচাশা। থা লোইরমদাইদা ইমা হেক হেক লাক্কে, পৈশা থীল্লক্কে। মাগী তোলোপনী হায়দুননে নখোয়না শীন্নবীরকউ। ঐ মাবু অমুক নীংবা কায়হন্নীংদ্রেনে ইবুংঙো ওফিসার !

রোমেশ শীন্নদুনা য়েংবা তাবনি ইমা।

মিলন রোমেশকা তান্নবীরো ইমা। ঐদি মন্ত্রীগীদা অথুবা মিটিং লৈ অমুক্তা চৎচরুখিগে।

মমা অদো চাউথোইদো থারকঅগেকো। কৈদৌঙৈদগী কাহন্সিগে?

মিলন ম-দু কয়া নতে চাদৌ মান্দেদা ইমা। ঐ খরা থুরে, ফম্বীহৌখো।

মমা লেঙঙো লেঙঙো। (মিলন থোকখি)

রোমেশ করিমত্তা চিংনবীরুনু ইমা। ফন্ন-ফন্নবা শীন্নবা তাবনি।

মমা হুং শীন্নদবা য়াদ্রবনি। মহাক য়াম্না নীংবা কায়রবা অঙাংনিনে।

রোমেশ ঐ খঙই ইমা। লাকইবা ইরাই নুমিৎসিদগী হেক্তা থাবীরকও।

মমা ইরাই নুমিৎসিদগী . . .

*নুংশিবা মরক্কী যন্ত্র ঈশৈ*

গীতা লেঙশিল্লকও লেঙসিল্লকও, কনাসু লৈতেয়ে রাধিকা !

রাধিকা সিদা থেৎলিবা এইদসকী পোস্টরসিবু কদায়দেনো?

গীতা ঐখোয় তামোনা য়েকপনি। ইমুংদা ওইনা ফমসিনা?

রাধিকা য়াইয়ে। ঙসিগী খবর পারব্রা, য়েংঙুসে। এইদসকী মরমদা য়াম্না য়াওবনি।

গীতা ফমসে। খবরসি পাদৌবু কিজরেদা। মীশি-মীনাগী, এইদস লায়না গুম্বগী ব্রা

ঙাহাক্তা।

রাধিকা এইদসকী মরমদদি নহা অমা ওইনা খঙজিন্দবা য়াদবনে। ঐদি এইদসকা মরী লৈনবা ব্রাফম খুদিংমক ফজনা ককঅগা প্রিজাব তৌই। ঙসিসি মালেমগী এইদস নুমিৎনিদনা।

গীতা খঙজিনববুদি কান্নবা। অদুদা সিদা য়াওরীসি য়েংঙুনে।

রাধিকা ঐনা অন্দরলাইন তৌরীদু পারকউনে।

গীতা ময়েকসি পসু পন্নিংদে, শোকপা ফাওবা শাউবিং শাউবিং লাওই ইবেম্মা। কয়াম হঙ্গোই!

রাধিকা নুংশিবদা নিয়ম থম্মু, ফজবা নিয়মদু ঙাক্লা চৎলু হায়বসিদি য়াফম থোকইদা। য়াবদা নত্তে, মসিদি ঐখোয়নসু ঙম্মিখৈ শন্দোক্ক দবনি। নুপী-নুপাগী লমচৎ চুমথোক্কদবা য়াম্না লৈ।

গীতা নঙ লাকপসে য়াম্না কান্নে রাধীকা। চা লোল্লকে সুম ফম্মুকো।

রাধিকা হুং চাদি লোল্লুরনু। তামোবু কদায় চৎখিগে?

গীতা দুকান্দনি হায়রম্মি। হল্লকঅনিয়ে।

রাধিকা ইমাদি?

গীতা তাম্মোগী থবক্কী পাউ হংউনি হায়বম্মী। ঙসি হায়দোক্কনি হায়নে।

রাধিকা মদুদা মঙ্গল ওইরকঅদি ফনিদা।

গীতা অস! মঙ্গলকা ওইরক্রগদি ঐখোয় তামোসি মথন্ত শিজখিদৌ মাল্লে।

রাধিকা হায়হৈদেহে। মীবু হেক্তা শিবা য়াব্রা?

গীতা ও পাখৎপনো। নঙনা খরা শিহনবীনো খম্বল চাউবী।

রাধিকা ফরক তারক্কনু গীতা।

গীতা ফবক তারকঅরোই তামো লাকএতু। চা লোনবা চঙঙেকো।

রাধিকা ইস ! ব্রাখঙবী শারেদা।

চাউথোই (ইফিং ফিংনা) লফোয়গা কাবোক্কা লৈরকএ গীতা। পূজাগী পোৎলমসি অমুক্তা থৌরাং তৌসিসে। ইমা হল্লকপনা হাল্লনি। নঙবুনে হায়রিসে।

রাধিকা করিগী পূজানো?

চাউথোই হায়! রাধিকা নঙ ওইরে! ঐখোয় গীতাদি?

রাধিকা চা লোল্লুনি হায়রম্মী। করি পূজা তৌদৌ লৈগে?

চাউথোই থবক মঙ্গল ওইরকপগী পাউ অমখক পূজা তৌসে। ইমানা পুরগা লাকঅদৌনি। ঐসু নঙ য়াওহন্নীংবনি। তানসি ফনা য়াম চারিয়ে।

রাধিকা ঐবুদি কৈদৌবৈ য়াওহন্নীংইবা?

চাউথোই তাকহৌদ্রগা হয়েং ননাতোন পৈদৌদো! নঙগী অথিবা শকফম উজনীংদে খঙঙরা? ইমা লাকঅনি থৌরাংসি য়াওরলাউসে। অথুবা করি লৈগেনে?

রাধিকা *হেমলেটসি* অমুক্তা তাকপিয়ু হায়গে লাকপনে।

চাডথোই *হেমলেটতু* বীভুলা য়াম চুবনি। কোন্ন তান্নসি পরীক্ষা য়ৈথোকখ্রদাইনে?

রাধিকা পরিক্ষাবুদি য়ৈথোখ্রে। খঙজিনবদি মতম য়ৈথোক্তবা য়াইদনা।

চাউথোই এ ভেরী গুড আইদিয়া! ঐ খঙজিল্লে। নোংমা নীনীসিগী মনুংদা তান্নবা হোৎনসি। ওফিস কারগসু হল্লঅগা মতম ফংনিদা। ফংঙোইদ্রনে ?

রাধিকা থবক্তু খল্লক্তুদি ওফিসতু চৎতৌরীব্রো ?

চাউথোই খল্লক্তবৈ ব্রাদুমা পল্লকঅনু শ্বাইদা। মকোক ওইরগবু খন্দ্রগদি নঙগী পরীক্ষাদু থারুরনুদনা।

রাধিকা ঐখোয়বুদি মকোক ওইরোইদা।

চাউথোই অদুদি শোয়দনা খল্লকঅনি, থারো থারো।

রাধিকা নহান ব্রা অমা হায়গে হায়দুবু করিনো ?

চাউথোই ঐ খঙই। নঙ *হেমলেট* নৈনবা লাকপা নত্তে।

রাধিকা (শাউরপ) হোয়নে , নঙ নৈনরগা অদুম য়ারেনে।

চাউথোই শিংইদকো রাধিকা নঙসে ! শাউশিন্নরগা হায়নীংবা ব্রা অমা হায়দোকখ্রে।

রাধিকা নঙদি শাউশিন্নরগা হায়নীংবা ব্রাদুদি শুংহায় হায়রক্তে।

চাউথোই হায়নিদা হায়নিদা, অমত্তা নত্তে ,অহুমদুম হায়বীগে। মতম লাকখিনি।

রাধিকা খঙজিনবদা মতম য়ৈথোক্লীংদে হায়জখ্রেকো।

চাউথোই অদুবুদি ঐসু য়ারেনে।

রাধিকা অদুদি হায়রো হায়রো।

চাউথোই ঙসিদি অমখক।

রাধিকা য়ারেনে।

গীতা (চঙলক্তুনা) চা থকসি। তামো লাকপা কয়াম কুইরে ?

চাডথোই ফমথবদা ঙাইরীদা। পূজাগী পোৎলম লৈরকঅবনি। লাইনিংথৌ সনামহী মমাঙদা অমুক্তা থৌরাং তৌরকউ। ব্রাই তৈথোকঅবা নৎত্রো ?

গীতা তৈরে। য়ারে তামো ঐ তৌজরকঅগে। শুম ফম্মুকো রাধিকা ! চা ইংখ্রনি।

রাধিকা পূজা য়াওখো হায়রীয়ে। অথেংবা বার্তোননী.য়াওদ্রদি তৌহৈদমাল্লে।

গীতা তৌহৈদে তৌহৈদে। য়াওদা য়াপোৎ নত্তে। (চঙখিবা)

চাউথোই চাদো পায়রো।

রাধিকা অদু হায়রো।

চাউথোই ঐনা অহানবদা হায়নীংবদি ঃ ঐখোয় গীতাখোয় নখোয়সি লৈশাবী মচা ফারকএদনা, পুংকক চাউবকএ হায়বা।

রাধিকা অদু কৈদৌরবা ?

চাউথোই এইদসকী মরমদা খঙজিল্লু, থিজিল্লু, চেকশিল্লু হায়বনিদা।

রাধিকা অদুরো ?

চাউথোই নঙ ঐখোয় ববানা ইরম্বা শৈরেং লাইরিক্তু পারব্রা ?

রাধিকা করম্বনো ?

চাউথোই অসিনে। কোপিদি অতৈ লৈব্রে। পারুগে হায়রগনা থুনা অমুক পীরক তাবা।

রাধিকা লৈখিদ্রবা বাবা অদুমক্কি খন্না অদুক লুনা তৌবদুবু অমুক পুবা হৌনদ্রেদা।

চাউথোই নঙনা পুবদি কায়দেদা। ববানা নখোয়দা কোয়থোকপদি য়াইনা।

মমা (মপান্দগী) কদায় কদায় চখোকখ্রে? চাউথোই, গীতা।

চাউথোই এহ ! ইমা হল্লকঅমালে। গীতা, পূজাগী পোৎলম লোইরব্রা ?

রাধিকা ইমাবোক লাকএদনা ?

মমা রাধিকা, নঙসু লাকঅম্মী। করিনো ঙসিদি রাখিবসিনা রাখিবসিনা !

রাধিকা পাউ নুংঙাইরকপ্রা ইমাবোক ? ঐখোয়দি পূজাগী থৌরাং লোইরে।

মমা কদায় কদায় ?

গীতা লাইনিংথৌ সনামহীরোমদা লাকপিরো ইমা। পাউবু কমদৌরগে ?

মমা (শোল্থাংননা) মঙ্গল ওইরকএ, মঙ্গল ওইরকএ !

চাউথোই মোমবর্ত্তি থানগৎলু গীতা। থোঙ থোঙনাওদু লোইনা হাংদোকউ। থৌজালগী মঙাল চঙলকপা নুমিৎনিনে। নচানা ভক্তি কচ্চরি ইমা। (খুরুম্মী)

মমা মঙ্গল ওইয়ু, মঙ্গল ওইয়ু ! ঙসিদি ইমা য়াম্না নুংঙাইরে। অদুবু ...

চাউথোই অদুবু কৈদৌরবা ইমা ?

মমা হুং ! কৈসু তৌদেদা। ঙসি হায়বা নুমিৎসিদা নঙগী ববাদুসু হিংজরম্বা থোকঅদি কয়াদা হরাউজবমগনি ?

চাউথোই ববাদি কবিনি। মীওইবগী অহিংবা থম্মোয়না মাগী আশাগী স্বর্গনি। ঐখোয়গী থম্মোয়দা ববাদি মতম চুপ্পদা হিংদুনতা লৈ। ঙসিগী নুংঙাইরবা নুমিৎসিদা ববানা ইরম্বা শৈরেং মতেক অমত্তং পাজরক্কে। ববাগী খোঞ্জেল তাসি ঃ

খোঞ্জেল *থম্মোয়না মরুনি। মৈরা অদু মুখৎকনু। হৌরকপা ঙাকনি থম্মোয়দগী। চেকশিল্লু খুদুম চল্লু। তাইবঙ্পালসে ফজে। অপাম মিহৌগী মেলা ওইহনগনু। পুন্সি লম্ফে য়াম্মী। ইন্দ্রিয়বু তত্তনা শেন্নৌ। মীয়াম্বু নুংশিবা তম্মু। অতোপ্পগী থম্মোয় শোকহনগনু। পূক্রীংনা শেংদোকউ থম্মোয়। অতোপ্পদা মোৎশিনগনু। অতোপ্পনসু মোৎহনগনু। ঈশ্বরগী লৈফম্নি। পূজা তৌ থম্মোয়। থম্মোয়না থম্মোয়বু পূজা তৌ ঃ হে থম্মোয়, হে থম্মোয়, হে থম্মোয়. . .'*

*অরোইবগী যন্ত্র ঈশৈ*

# অনীশুবা তাঙ্কক

*অহৌবা যন্ত্র ঈশৈ*

মিলন (ফোন খীংই) হল্লো। গুড মোরনিং সার। হোয়। লোইশিঙ্গখ্রে সার। হন্দক্তি ঐগীসু পোস্ট অমত্তং খাইবীদবা য়াদ্রে। ফনি। এ অদুগীদি ঐ ফন্নবা হেক্তা শিঞ্জগে। ঐ লৈজরি হায়বা। সারগী শরুক খায়দবা য়াব্রনে? ফনি চথোকচরক্কে। ফনি সার! (থম্মী)

চাউথোই ঐ অমুক্তা চংজরক্কে সার।

মিলিন কৈদৌরবা ?

চাউথোই ঐ ওফিসতা থবক জোইন তৌবা লাকচবনি সার।

মিলন ফম্মুদনা। সোমগী মীংদুবু ?

চাউথোই চাউথোই হায়বনি সার।

মিলন ও, চাউথোই হায়দুরা ?

চাউথোই সার।

মিলন নঙবু ওর্ডর ফংঙব্রো ?

চাউথোই ফংজদ্রি সার। ইমানদি রোমেশকী দা লৈহৌরে হায়বা।

মিলন মাবু লাকখ্রব্রো ?

চাউথোই য়ৌরক্ত্রি সার। পূঙ তরাদা হেক হেক য়ৌরকই হায়।

মিলন অং য়ৌরক্কদবা ঙাইহাক ব্রাংলি। মা লাকঅগা উন্নরোকো। ফম্মুদি সিদা শুম ফম্মু কৈসু কায়দে।

চাউথোই থেঙ্ক ইয়ু সার।

মিলন চাউথোইদি য়ুমকা পাল্লব্রা, কমদৌরীবা ?

চাউথোই পানজদ্রি সার।

| | |
|---|---|
| মিলন | এহ্ ! পাল্লরোইদৌ জাৎলা ? হুং লৈদন- |
| চাউথোই | য়ুমদি পানগদবা মাল্লি সার। |
| মিলন | (নোকই) ও। অমদুবু লৈরব্রো ? সুইট-হার্ট কা হায়দো ? হা ? |
| চাউথোই | লৈত্রিগুম্বনি সার। |
| মিলন | করিগীনো মায়থোঙ মকশিল্লিদা ? |
| চাউথোই | শারীবা ব্রারীসি খিত্তং হৈনফাত্তে সার। |
| মিলন | ঐদি য়াম হৈনৈনে। য়াম হৈনজাৎনি। |
| চাউথোই | হৈনরমদৌ মাল্লি সার। |
| মিলন | মানবা নত্তে হৈনৈ হায়রীসিনিনে। ঐ নুপী কয়া শুরে খঙব্রো ? |
| চাউথোই | য়ূম পানবীবা কয়াম কুইরে সার ? |
| মিলন | য়ূমদি পান্দ্রিদা । ঐসু পাখঙনিনে। |
| চাউথোই | ও। ঐদি ভাব অমা তৌরুরে। |
| মিলন | হোয়নে। নঙসে ভাব অমা ইতৌ তৌবা মাল্লিনে। |
| চাউথোই | সার, মীয়ামগী ওফিসসিদদি ব্রাচোপ ব্রারেমদু খরা থাদোকপীবা ফৈদা। |
| মিলন | করি হায়বা ? |
| চাউথোই | সারগী নেচরদুগী ব্রানি। |
| মিলন | তানীংদ্রগা চৎখ্রোদনা, নঙবু সিদা কৈদৌবা লাকইনো ? |
| চাউথোই | ব্রাহৈদু ঙাইজম্বনি। ঐ থোকচরে সার । |
| মিলন | থেঙ্ক য়ু ভেরী মছ্। |
| চাউথোই | (মথন্তা) ইদিয়ট ! সীদি মহা বেরানীনা ! |
| রোমেশ | (মপান্দা) এ চাউথোই , কদায়দা অমুক চঙভুবিনোনে ? ঐগী কাদা চঙসি লাউ। |
| চাউথোই | নখোয় ওফিসসি তনবু তল্লেদা ভায়। |
| রোমেশ | তল্লুনু তল্লুনু, থেংনদৌ য়াম লৈখ্রপোৎনি। অমুক্ত জ্ঞান তানা ফমসিসে। |
| চাউথোই | অসিগী ওফিসার্রসিবু ঙাওব্রো ? |
| রোমেশ | ঙাওবা নত্তে, মী য়াম্না উশিত্তবনি। লক্লরকই ওইরিনীনে ? উশিত্ত্রি নত্রো ? |
| চাউথোই | মী উশিত্তবদুদি লায়রীনে। লোনচৎ অমা ইকায় কায়রীদা। |
| রোমেশ | করি হায়রকঅগেনে ? |
| চাউথোই | অমুক্তা হংঙক্লনুদা । মসি য়াম্না লূদবা মীনিকো। ময়ুম পাল্লবা নৎত্রো অসিবো? |
| বোমেশ | পাল্লে অমুক হায় পান্দে অমুক হায়, জ্ঞান তাদেদা মায় ব্রাসে। |
| চাউথোই | ওফিসসীদি মীয়ামগী শেংলবা মন্দিবনি। অসিগা করমহায়না চুম্না থবক তৌমিন্নদোইবা ? |
| রোমেশ | অদুক য়াম্নসু সেরিঅজ ওইরু নুদা। মাগুম্না ঙাক্তদি নত্তেদনা। |

চাউথোই — হৌজিক্কি মতমদা লমচৎ কান্নবগী য়াম্না শাখিবা লায়না থোকই হায়বসি মাদি করিমত্ত নাচুংদবা মাল্লিনে।

রোমেশ — করি নাচুংউনি ? অঙম অথৌ মন্ত্রীনা য়াখ্রপোৎনি।

চাউথোই — হৌজিক মতমগী হায়নবী লায়নাদুনসু য়ারক্কনিকো। অচৌ অশাং ওইরগসু লমচৎপু নিয়ম কায়রগদি এইচ আই ভি মহিক, এইদস লায়নাগী শারাক তমফম ওইখ্রদৌনি।

রোমেশ — ঐসু শুম খল্লিবনি। ওফিসারদগী মন্ত্রী ফাওবগী থাক্তা এইদস এব্র্যারনেজ কেম্প অমা তঙায়ফদনা শীনবদি ফরবনি।

চাউথোই — মদূ শীন্নবা তৌসি। শেল থুমগী অৱাবা লৈতবগা নীংতম্না লোনচৎ শাজৎকসি মরী য়াম্না লৈনে। হৌজিক পৃথিবীদা ঐচ আই ভি পল্লবা মীওই তরাগী মনুংদা মীওই মাপলদি মশানা খঙজদে হায়নৈদনা। লোইনমকসি চিংননিংঙাই ওইদ্রা য়েংউ ?

রোমেশ — ঐসু খঙজিনবা য়াবা খঙজিন্নবা হোৎনরি। হৌজিক পৃথিবীদা মীওই লিশিং তরেৎ নুমিৎ খূদীংগী ঐচ আই ভি নৌনা পকই, চাংচৎতা মিনিট খূদীংগী নহা মীওই মঙাদি ঐচ আই ভি চঙই হায়বগী রিপোর্ট লৈ। মসিমক্তদা ঐখোয়গী ওফিসার খরদি করিমত্তা হোংদোক্তে।

চাউথোই — ফত্তববোমদা শুম হেনজিল্লকএনে। মসিদি চুমথোক্তবা য়ারোই।

রোমেশ — থবক চঙকপদা ঙায়রিবনিনা লাউ-খোংবদি য়াদ্রিকো। ওফিসারশিংনা য়ানবা হান্না হোৎনখিসি। খরসু খাঙবা তাবনি ।

চাউথোই — অরানবসি ঐদি কুইনা খাঙদুনা লৈবা হৈনদেদা রোমেশ। খোয়দৌদুম লংখৎলকই।

রোমেশ — খোয়দৌদু ইঙনবা কেনটিনদা চা থকউশিসে। চা অহাওবা লৈরম্মনি।

চাউথোই — থবক চঙবগী ওর্ডরদু অমুক্তা য়েংগেদনা। ইমানদি সিদা থমম্মে হায়না ?

রোমেশ — এস ও গীদা লৈখ্রি, কোন্না য়েংঙসি। সে, জোইন্নিং রিপোর্টসিদা সোই তৌশিনবীরো। ঐনা হান্না নমথোকঅগা থম্মবনি।

চাউথোই — ঐগীদমক খরদি ৱাবীরেনে।

রোমেশ — খরদনী খল্লুনু য়াম ৱাখ্রজাৎনিদা চাউথোই। চা থকউরসিসে লাকও।

চাউথোই — ঐনা ফমগদবা কাসিবু করম্বনো ?

রোমেশ — এহ! চঙবগা হেক্তা উরু উরু লৈবীদা ফম য়াপোৎ নত্তেনে। লাকওসে।

চাউথোই — ফমহন্দদনা মপান্দা লাউ-খোংদনা লৈরো হায়রীরো ? জ্ঞান তাদেকো ঐ।

রোমেশ — ওহ্বোক্রা ঙাইঙমখিদ্রেদকো চাউথোই নঙসে। চা অমুক্তা থকউখিসে কৈদৌগে?

চাউথোই — ঐদি থবক তৌবা পাম্মীনে। কৈদৌবেনো মতম মাঙহন্দোইবো ?

রোমেশ — থবক্তা থব্বায় য়াওমল্লি থুনা তৎচনি। লৈবাকসি মওং অমনিকো।

চাউথোই — এহ্! রিক্সোদে কুম্মকইসি ইমা নৎত্রো ? মানীনে।

রোমেশ — কদায় চৎলূরিজাৎনো ?

চাউথোই — ঐগী মওংসিদা চাউশেল শেন্নবা লাকই মওইরিনি।

রোমেশ — কদায় য়ৌবীরুরগে ইমা ? হোতেলদা চা থকখিসে।

মমা — খ্বাইরম্বনসু য়ৌরুরে, হায়-কোর্টসু চঙঙকএ। চা হায়দু ইমা লৈরম্মগে লাকওনে।

চাউথোই — হায়-কোটতদী ক্সজ্ব দৌবা চঙঙুরিবা ?

মমা — নুপীগী হক কনবগী মতাঙদা ব্বারী অমত্তং শারুবনিদা। ইবেম্মা, চা অহাওবা অহুমদা শেম্বীরকউ।

চাউথোই — সিদনা কৈদৌবা লাকইনো ইমা ?

রোমেশ — লাকপা য়াদ্রবা কৈনো হায়রিসিবো ?

মমা — নঙ-ববাগী লাইরিক্কু অমুক্তা নমথোক্লবা ডাইরেক্তরগা ব্বারী অমত্তং শাগে তৌবনিদা। করিনো নঙবু মী খৎনরুরব্রো ?

চাউথোই — ওফিসনি হায়না সিবু ! ঙ্গলবাক মাঙহল্লমিসিদি সিদা লোইনা লৈরম্মেদনা !

মমা — হাই হাই অদূ য়াদে। অদূম্না ঙাঙ শকপা মতম নৎত্রি। জ্ঞান তাউকো।

চাউথোই — (কল্লপ) চুমথোক্তবা য়ারোইনে ইমা! ঐখোয়গী পরম্পরাগী চত্থরকইবা লোনচৎসি শুব্রাইদা লোইনা লম্মাংনরে। সিবু সভ্যতাগী করম্বা মঙালনো ?

মমা — হাইমা।

রোমেশ — চা অমুক্তা হান্না থকখিসে। কোন্ন ওফিসতা ইংনা-তপ্পা খন্নরুসিসে।

মমা — চাদু ইংখ্রনি থকওনে।

চাউথোই — চানা য়াররোইদা ইমা। লৈবাক মীয়ামগী লুখ্র-লুখ্রবা ফীবম কয়াসিদা ঐখোয়গী অচৌ-অশাংশিংসি দাইত্ব্র অমত্ত লৌদে ! মশা মশাগী দাইত্ব্রদু মশক খণ্ডদ্রগদি চৌকি কোন্দুনা লৈবগী ইজ্জৎপু করিনো ? মখোয়না সেবা তৌবা মীয়াম কনাসু পেল্লোয়।

মমা — ইহে ! চাদু অমুক্তা থকখো হায়বা নঙবো।

চাউথোই — থকঅরোই ইমা, শুব্রাইগী চাসি ঐ পেন্দ্রে। শুম লৈজরসনু।

রোমেশ — চাদুদা তাইনরগা করি কান্ননি ?

চাউথোই — কান্নবা ঙাক্কীদা খন্নগুমসিদা রোমেশ। ঐসু শাউবগী অধিকারফাওদি লৈদনা।

রোমেশ — অদূবু মফম মতম হায়বা অমদী লৈদনা।

চাউথোই — শাউবা মফম চাদ্রগনা ঐ চৎলে। (ফুক হৌগৎলি)

মমা — হাইমা, অমুক্তা ঙাইখোনে নঙবো !

চাউথোই আ রোমেশকী কাদা ঙাইহাক্তা শাউরুখিগে। (চংখি)

রোমেশ চে-চাং ময়ামদৃদদি তাইনবিরুনুকো।

মমা করমহায়না তৌনি সিদে! ওহ্মোক্লা মথোঙ চারোয়দৌরিদা।

রোমেশ ওফিস কারকইনি হায়না তৌরিবা ময়ামসিগী মওংসিদা মমীৎ নাবনা লোইরজাৎনি মাদি। কৈশু কায়রোইদা ইমা।

মমা শেন্নদবা য়াদ্রিনে। থবক্কী পরীক্ষা য়াম্মেনে মানা য়াওরকইসে। মকোক থোংনা থোংনা অমুক্তা হেক খনবীরক্তবা। নীংবা কায়মল্লগসু মীসি মাঙইনে। হন্দক্কী থবকসে ওহ্মোক্লা চুমখিদ্রেদা ইবুঙো রোমেশ। অচৌ-অশাঙসিমক্তা হোৎনবা ঙমদেনেকো!

রোমেশ ঙমদে ইমা ঙমদে। খ্বায়দগী মরু ওইনা তমথীরিবসিদী মখোয়সিনি।

মমা ইবেম্মা, চাগী পৈশা লৌরোসে।

রোমেশ য়ানি ইমা, ঐঙোন্দা য়াওরে।

মমা য়ারে য়ারে, সিমদি ইমা পীরম্মগে। অদৃদি নঙ ওফিসতা থুনা চৎলোনে।

রোমেশ ইমাদি য়ৌবীরদ্রো ?

মমা চৎলগেনে। য়ূমদসু অমুক নচন নুপীদৃদা ঙায়বা। কোয়চেন চেনবদা ইমাদি য়াম্না ৱায়নে। চাউথোইদো খরা চেকশিনবীয়ুকো। য়াম্না চৎখোকহনগনু।

রোশেম ঐ খঙজে ইমা। মাগীসি ঐসু মনূংদা চে অমা য়াম্না কন্না তান্নরী। হোৎনবা য়াবা করিনো য়েংবা হায়দূনি ইমা।

মমা আদা থোরকইসি নৎত্রা য়েংঙু।

রোমেশ মানি ইমা।

মমা অমুক্তা মতূং ইন্নৌনে। মখৃত্তা পায়রীবা চে অসিনা করিনো ?

রোমেশ অদুদি ইমা লেঙবীরো। নচা শুম লৈজহৌরে। (চংখি)

মমা লৈহৌরো লৈহৌরো। (মথন্তা) হরে হরে। করিনোনে মানা খল্লিসিবো ?

রোমেশ (ফিংনা) চাউথোই, কদায়দনো ইফিং ফিংনা চৎলিদুবো ?

চাউথোই (লাউনা) ময়াম পূম্নমক মীৎয়েং তাবিরো ঃ ইশানা য়েকচবা ঐচ আই ভি অমদি এইদসকী পোস্টর! লৈবাক্কী অঙম-অথৌ, অচৌ-অশাংশিংনা উনবা গেটসিদা থেৎচরেকো। ডিপার্টমেন্ট সিগী অহানবা খৃদোলনি। (*ময়াম নোকই খুবাক খুয়ঃ)*

*মরক্কী যন্ত্র ঈশৈ*

গীতা ববানা ইবীরম্বা শৈরেংশিংসি ফজখ্রেদা। কবিশিংসি লৈরমদ্রবদি মীওইবা সমাজসি করি ওইরমগনি ? (চেনা অমা হাংদোকই) থাবলগী অতিয়াদা . . .

খোঙ্জেল *থাবলগী অতিয়াদা পেম্না য়েংজে ঐনা ঐগী ইচাতোম্বী গীতা ঃ লাকচবনি ঐদি হন্নবা। লাকচবনি য়েংজনবা নখোয়বু, নত্তে শকখঙননবা। লাকচবনি নুংশিজনবা লোম্না, নত্তে যোংদোকচনবা। লৈজদে মতম য়েংজনবা নঙনা লৈশাং তল্লকপা। পন্থুরম্বা নংদে ঙৈহাক নঙগী খোঙজিন্দা। যংজদে অঞ্জা তাকচরম্লবা ঐগী লৈফম। তাউথখ্রবা চেগী হিনি হল্লক্রোই অমুক। অদুনা হায়রি খুৎসে অহাঙবদাঃ লাক্লম্মী ঙাইহাক থাবলগী অহিংসিদা। চংলে অমুক কদায়দনো খঙদনা . . .*

গীতা নঙদি কদায়দসু চত্তে ববা। ঐখোয়গী পূক্লীংসিদা অদুম হল্লক্কুনা লৈ। নঙনা লমজিং লমতাকই। নচাবু নুংশুক-নুংজানদনবা হোৎনৈ। মীকুপ খুদিং মোমোন নোকউ থেম্মী। নঙনা হায়বা লোইনা নচাতোম্বী গীতানা ইনগনি ববা।

মমা (মপান্দগী) কদায়, গীতা ইমা হল্লকএ লাউসে।

গীতা (শাউরংননা) তামোনা ওফিস চৎলগা সুম ইন্নরিবু করিগীনো ইমা? মীনা তুমিন তুমিন নোক্লরোইদ্রো অদুবু ?

মমা শেন্নদবা য়াদদনা শেন্নরিনি, নঙনা খঙপোৎ নত্তেদা। সে, ইঞ্জাং-নাপী খরসি পুশিল্লোসে। নঙ-তামোদো ব্রানা হল্লক্কনি। চাক খরা ঙনসি।

গীতা তামোসি অঙাং মচামকসু নৎত্রে। রাখল য়াম্না থেনবা মীসু নত্তে। ইমানা অদুক নুংশা থীনা শেন্নবিরিদুবু হায়দোকপা য়াদবা মরমকা লৈবা জাৎলো ?

মমা হৌজিক্কী মতমদবু চেকশিন্দবা য়াব্রনেহে নঙনা ঙাঙইদুবো ? তামোসে ঙাওমক্তি ঙাওদেদনা। ইমানা অদূমহায়না চেকশিল্লদি মীনা জাৎ জাৎ থল্লকখনিবে। তামোসে মীনা ঙাওরমলে হায়নরকঅনেবা।

মমা ইমা লোইনা খঙই গীতা। অকবা অমা লৈবি। অদূননিনে।

গীতা করিনো লুবিদুবো ইমা?

মমা কোন্না হায়গেদা।

গীতা তামোসি থবক খল্লক্তববা ইমা ?

মমা নঙেন্দদি কনানা হায়রম্মী ?

গীতা অদুগা কৈদৌবৈ মায় পাকই হায়বীরিবা ?

মমা নহানমুক্কী থৌদোক্তু নীংশিংঙু। হন্দমুক্কা মায়থিরে হায়রগদি তম্বা ঙম্বা করি লৈ ? খঙহল্লু য়াপোৎ নত্রিকো !

গীতা ঐখোয় তামো খল্লক্ত্রিসি করিগীনো ?

মমা নঙগী মিলন হায়বা শেঞ্জাবা ওফিসার অমা য়াওরীনে। মদুনা লোয়না থোকহনবনি।

গীতা মিলন !

মমা হোয়নে, মিলন হায়বা মহাগী মী অমা লৈরীনে।

গীতা    মী লাকই, তূমিন লৈবীরো ইমা।

মমা    কনানোনে ? রাধিকা নত্রো ?

গীতা    মানে মানে। তামোদা লাইরিক তাকহনগনি হায়বনি।

রাধিকা    ওঝাবু হল্লক্ত্রিবরা ইমাবোক ?

মমা    হল্লক্ত্রিয়ে। গীতাগা ঙাইহাক্তা লৈমিন্নরম্মুসে। ইমা নুপী ময়াম তিন্নবা ঙাইহাক্তা য়াওরুখিগে। নবুংদুসু লাক্তেনে। (চংখি)

গীতা    ঐখোয় ইমাসিদি ঐদি তনশ্রে।

রাধিকা    মথন্তা পোকপগী চেকশিঞ্জরিনি ইবেম্মা কৈদৌরগে ? চেকশিনবসু ফৈদা।

গীতা    নওনা চেকশিল্লিবদু ঙায়দনা।

রাধিকা    করি হায়বা ?

গীতা    ইস ! তাহৌদবা ফখ্রেদা।

রাধিকা    নবূক ফত্তবা তৌনু। ঐ শুকলাক লাকচরোইহে।

গীতা    শাউগনখিবসিনা করিনো, ফাগীগী মফমসে লৈরক্লেকো।

রাধিকা    চৎচরগে ইবেম্মা। ইকায়- ইকায় লাকপসিদা নওনা অমুক পাওথংনরে।

গীতা    তামো হল্লকএ তূ: ওফিসতগী ব্রানা হল্লকপদা হিগায় ব্রা শুজরুনু। ঐ চাকশঙদা চঙঙে।

রাধিকা    মতাঙ চাদনা মীচেন ওইখিনু ঙাইখোনে।

গীতা    হিংনবা চেনবা তাবনি। চেনজরে ইবেম্মা। (চঙখি)

চাউথোই    কয়াম কুইরে, ফম্মুদনা।

রাধিকা    চৎলগে তৌবা।

চাউথোই    ঙাইহাক্তংদি ফমখোদনা। করিনো চৎলগে হায়সিবো !

রাধিকা    নখোয় শ্বাইসি মবূক য়াম্না ফৎনদেনে খঙঙব্রা ?

চাউথোই    শ্বাইসিদি অচুম্বা য়াম্না ঙাঙবনিহে। নঙসু অচুম্বা ঙাঙবা মীদা শাউবা মীরা ?

রাধিকা    ফৈ ফৈ অদুবুদি, মীনা ঙাঙনরিবসি চুমহন্দবা য়ারোইকো।

চাউথোই    অচুম- অরান হায়বদুদি য়াম্না মরী লৈনবা ব্রাহৈনি, ঙাইখোনে।

রাধিকা    ওফিসকী থবক্তু নুংঙাইবরা কমদৌই ?

চাউথোই    নীংবা কায়বসি নুংঙাইবরা রাধিকা ?

রাধিকা    করিনো মীনা হংইসি খুমগেদি হায়দনা।

চাউথোই    খুমইসি খম্বুগেদি লৈতদনা। করম হায়না ওইরি ছাত্রীনো ?

রাধিকা    হূং কান্নদেসে। পরীক্ষা নকশিল্লকএ লাইরক খিত্তা তান্নসি।

চাউথোই    তান্নরগা ইদৌরিরো শিন্দৌরিরো ?

রাধিকা    শিনবকা হৈজদে, ফজনা ইদোইনি।

চাউথোই    ইংগ্রেজীদি লান্না ইবা ঙম্মিব্রা ?

রাধিকা  ঐ চুম্না ইবা ঙম্মে হায়দাইনে ?

চাউথোই  *গো* সি *নাউন* নি কাদি হায়দ্রেকো ?

রাধিকা  অস ! লক্লদুনা সুম লৈরে।

চাউথোই  অদু করি মতাঙনো হায়রকওদনা।

রাধিকা  *হেমলেট* হান্না নৈনসে। লাইরিকসু পুরকইনি সে।

চাউথোই  *হেমলেট* কৈদৌরবা ?

রাধিকা  মানা মতম চানা লমন খুন্না ঙমদ্রিবসিবু করিগীনো ?

চাউথোই  শাউবা হৈতা তৌরীনি। ঐদৌনা তৌরদি ফদৌবা। ঐনা হেমলেট ওইরম্লদি থাঙশাংদু তাপ পায়খৎলগা মখুরাদুগী মনাক্তা চুমদ্রিং চৎলমদৌনি।

রাধিকা  পরীক্ষাদা অদুম হায়না খুন্না য়ারদ্রো ?

চাউথোই  চেদু ঐনা য়েংদৌ ওইরদি য়াবা। মীনা য়েংদৌ ওইরদি থাগৎলোদনা হেরোনি। মাদি অফবা মীনি , মীওইবগী ব্রাখল খল্লি , মীবু হেক্তা হাৎপা ঙমদে, মখুরাদু হাৎপদা মশামকসু খুদক্তা শিনি খঙই। পংইদা ইয়ু কৈদৌরগে?

রাধিকা  অস খরা শুগায়না তাকপিয়ুবা।

চাউথোই  এহে ! ঐ হেমলেট য়াম্না শাউবা মীনি- মাগা ঐগা ব্রাখলদা তোয়না উন্নহনগনুদা।

রাধিকা  করিগীনো হেমলেটপু অসুক তাথীরিদি ?

চাউথোই  মাদি হীরম খুদিংমক্তা মায়থীরবা নহানি। মা উরগা ওফেলিয়া হেক্তা নীংশিংলকই। অহন-লমন্না হায়বা ইনবীদো ! পূকচেল লেপ্তুবীদো ! ব্রাখল মপূং ফাদবীদো! মপুন্সিদা মায়থীবী, নৌনা তুম্মিন কেনখিবীদো ! মীওই মপোকপু অদুবো ? ঐ য়ানীংদে রাধিকা। পূন্সিসে ফাগী তাহনবদি ঐ শুকয়া য়ানীংদে।

রাধিকা  করিনো লাইরিক তাকপিউ হায়রগা। সিবু নঙগী ব্রারো ?

চাউথোই  মানি , ঐগী ব্রানি। সমাজসিনা ঐগী খোঙ্গুল মুখৎকদবগী তাননরী।

রাধিকা  কৈদৌবগী ?

চাউথোই  অচুম্বা পাম্বগীঃ য়াদে, দায়ত্ব মশক অমত্তা খঙদে। দায়ত্ব লৈবশিংদো অচুম্বা তৌসি শুকয়া য়াদে। মখোয়না ঙাকপী শেনবিফম থোক্লনে ? মখোয় খুর্জি পাযদ্রে, লোইনা নাম্থোকএ। *থীঙ্গস ফোল অপার্ট/দ সেন্তর কেননোট হোল!* কাং-খোং চাইনি য়ারোইনে। ঐচ আই ভি, এইদস ...

রাধিকা  (মরক থৎনা) অস তোকওসে য়ারে। লাইরিকাসি খুমজিনজরগে।

চাউথোই  কৈদৌরবা ?

রাধিকা  ঐ নঙবু কিজরকএ ইবুংঙো !

চাউথোই  নীংবা কাইবৈরো ?

রাধিকা কৈদৌবে নীংবা কাইদোইনো ? ওফিসকী থবক অমসু ফংঙেদনা।

চাউথোই লক্লজনু ! থবক্তু ফংঙমদবনা শরুক চাম্মা হেন্না ফৈ।

রাধিকা করিগী ?

চাউথোই পেন্দবা, য়ানীংদবা !

রাধিকা করিনো য়ানীংদবা হায়বো ?

চাউথোই করপসন করপসন ! মসি খঙমন লাকমন্দেএ। নঙ লুহোংজশ্রো, নঙ লুহোংজশ্রো !

রাধিকা কনাগা হোংদোইবা ?

চাউথোই ঐচ আই ভি , এইদস পক্তবা মীগা। দেট ইজ দ বেষ্ট পোলিসি। য়ারেদনা ?

রাধিকা চৎলগে।

চাউথোই মতুং লাকপা কাউনু।

রাধিকা লুহোংজশ্রো হায়দায়নে।

চাউথোই *হেমলেট* কীদো পোইন্ট অমা হায়দৌ ব্রাৎলিকো।

রাধিকা হায়বীরনু পেনজরে।

গীতা চৎলগে হায়রীরো, চা থকখিসি।

চাউথোই হোয়নে মদু হৌনৈনে। চা অমদি থকখিবা ফৈ নঙসু। চাদু হাউরম্মদি ঐগী অহানবা তলবতুনা করি লৈবীয়ু হায়বা গীতা ? ঙাইখো হান্না অমুক্তা মহাও তংখিগে (থকই)। য়াম হাউইনা সিদি। রাধিকা চা পায়রো। গীতা খুম্মোদনা ঐগী অহানবা তলবতুনা করি লৈবিয়ু হায়বা ? হায়রো হায়রো।

গীতা তামোগী অহানবা তলবতুনা !

চাউথোই হোয়নে। করিগীনো নমায় লৈথোকইদি, গীতা ? আই ! কপ্পিরো . . .

*অরোইবগী যন্ত্র ঈশৈ*

# অহুমশুবা তাঙ্কক

*অহৌবগী যন্ত্র ঈশৈ*

রোমেশ ঐবু কৌবিবরা সার ?

মিলন ফম্মু ব্বারী শাদৌ লৈ। (ফোন তৌরকই) হলো। ও তাকপিয়ু সাহেবকী শরুক শোয়দনা থীনজরক্কনী। ঐ শোয়দনা লাকচগে, ফনী (ফোন থম্মী)।

রোমেশ ঐ অথুবা চে অমত্তং থাদৌ লৈহৌই। কোন্না লাকচৌরা সার ?

মিলন (কল্লপ) নঙনা খল্লিসি করিনো রোমেশ ?

রোমেশ ঐনা খনবা হায়দি ?

মিলন চাউথোইনা ওফিসতা দিসতর্ব তৌহল্লিসিগী ব্বানী।

রোমেশ মদূ ঐঙোন্দা হায়বিনুদা সার।

মিলন নঙনা য়াবদে লাকই নৎত্রো ? লাকঅগা নঙগা মাগা অমত্তা ওই। তুমীন্না ফমদুনা লৈবা হৈনবা মীতাসু ওইদে। নত্তে, সিবু ঐখোয়না টোলরেট শুম তৌরদ্রো ? নঙসু খল্লুনে, মদূবু ওইথোকপা য়াগদ্রা হায়বা ?

রোমেশ সার, ইমাদুনা হায়রম্বা ব্বাফমদু নীংশিংবিয়ু ।

মিলন মদূ ঐদি থওইনা তাখিদবনী। নঙনিনে মসিদা য়াম্না ইন্টরেস্ট লৌরিসে।

রোমেশ ঐনা অততাই ওইনা ইন্টরেস্ট লৌবগী ব্বাফমদি লৈতেদা সার।

মিলন মানা সিদা হেক্তা লাক্লগা চঙলক্লিবসি নঙগী কাদা নৎত্রো ?

রোমেশ ওফিসসিবু মী চঙলকপা য়াদ্রবরা সার ?

মিলন মী চঙলকপা য়াদে হায়বা নত্তেনে। মাবু সিদা লাকঅগা তুমীন্না লৈব্রো ? ঙাঙনীংদা ঙাঙই । অতৈ ডিপার্টমেন্টকী ওফিসশিংদসু কোয়চৎ চৎলি। হৌজিক ঐখোয় মাবু কোয়শেন শেন্না তারিনে ।

রোমেশ শেন্নদ্রসু য়াইদা সার। মহাক লাইরিক ফবতা নত্তনা ৱাখলসু য়াম্না লৈবা মীশক্লী। মানা কৈসু অকায়বা তৌগদবা লৈতে।

মিলন ময়াম্না কমপ্লেন লাকইসিদি ?

রোমেশ ময়াম্না ওইরম্মোইদা। নিয়ম চুম্না থবক তৌনীংদবা খরগী ৱা ওইরমগনী।

মিলন মা তশেংনা ঐখোয়দা দিসর্টর্ব তৌইনে।

রোমেশ অরানবা তৌবদা অপনবা পীবসিদি পীরো হায়রিনি সার।

মিলন অরানবা তৌবা হায়দি কৈনো ?

রোমেশ অরানবা তৌবা হায়দি অচুম্বা তৌদবদু তারেদনা।

মিলন (কল্লপ) রো মেশ...

রোমেশ ইশম শম্না হায়রবদা সারখোয়না তৌবীরিবা মওংদো !

মিলন ঐগী মওং হায়দি... ?

রোমেশ সারগী মওংবু সারনা খঙবীদ্রে৷ ?

মিলন ৱা য়াম্না ঙাঙগনু রোমেশ।

রোমেশ ঐসু থবক য়াম্না চিনজৈ সার।

মিলন চাউথোইদু মতুংসিদা লাক্কনু হায়যু।

রোমেশ মসি থোক্তনবনে নিয়ম চুম্না থবক তৌবিযু হায়জবদো।

মিলন মাদি খল্লমদবনা হেন্না ফৈবো।

রোমেশ ফরগদি মানা তৌরিসে ফরবনি।

মিলন মানা সিদা লাকইসি নঙ ইন্টরেস্ট লৌদে হায়দাই ?

রোমেশ লৌদে হায়বসিদা য়াদ্রগদি, লৌরে সার; ফুল ইন্টরেস্টনি ঐনা লৌরিসি।

মিলন (কন্না) রোমেশ ! (মপান্দা ময়াম লাঙবা তারকই)

রোমেশ ঐ থোকচরে সার।

মিলন ঙাইখো। ময়াম লাঙইদু কৈদৌরে ?

(ময়াম ৱা ৱা নোকই)

চাউথোই (লাউনা) ঐনা য়েকচবা এইদসকী অনৌবা পোস্টরনি , মীৎয়েং তাবিসি। সিদৈ মকোক য়াওদবসি মশাগী পূজাদা লৈবাক্কী ৱা চঙদবা অঙম-অথৌনী। সিদা চৎলিসিনা মানা পুথোরকপা নীংবাকায়বা হায়বদুনী। থোঙ হাংদোকতৌরে। সিদা ঙাইরি ময়ামসি হৌজিক মতমগী য়ক লাউবী নিশা ঙাক্তনী। তরাম্না ওক্তৌ ঙাইরিসিনা অদুম খঙবীরিনী- ঐচ আই ভি মহিক ! এইদস লায়না ! সিদা য়াল্লগে য়ারেকো ! (ময়াম খুবাক খুয়) মকোক য়াওদবসে ওফিসসিদসু লৈকো। মাসু পেননা য়েংজসনু।

মিলন — রোমেশ, ম অসে সিদা অমুক্তা পুশিল্লকউ।

রোমেশ — য়ানি। (ঙাইহাক শরক শি) চাউথোই, হাই গুড মোর্নিং মাই ডিয়ার।

চাউথোই — গুড মোর্নিং, গুড মোর্নিং । অনৌবা পোস্টরসি কমদৌই ?

রোমেশ — ও ব্রান্দরফুল ! মসিগী মনা ওইনা ঐগী স্কুটরসিদা কদায়দনো অমা কোয়থোকউসি। স্বাইসি স্বর ফুন্দৌরে ! লবূক-লম্মাং, চীংয়া-তময়াদা

চাউথোই — (মরক থৎনা) লোক্তাক মপান্দদুম ফম্মুসিনে।

রোমেশ — থবক য়াম্মী, থুনা হল্লক্তবদি য়াদে। লাকওনে।

চাউথোই — হোয়নে। চুমথোক্কদবা, শেংদোক্কদবা, শুদোক-চামথোক্কদৌসি য়ামশ্রেনে।

রোমেশ — য়ামশ্রে য়ামশ্রে, মদুমদি শেংঙবনি। (স্কুটর থৌদোকখি)

গীতা — (মথন্তা) ইমানা শেন্নৌ হায়না থারক্লগা কদায়দনো অমুক চৎখ্রিসিনা? চৎমিন্নখ্রিসিনা রোমেশ হায়দুরা ? মানা থোকখিবদু অসিগী কা অসিদগীনিকো? (শরক শি) করিগুম্বা অমত্তা হংজগে সার।

মিলন — সিওর ! চঙলকউদনা। চঙলকও !

গীতা — থেঙ্ক য়ু সার।

মিলন — অদা হেক্তা ফম্মো। করি তান্নসি হায়বা ? থবক্কী দরখাষ্ট থাখিবরো ?

গীতা — থাখিদে সার। সিদগী হৌজিক থোকখিবদুবু - রোমে...

মিলন — মানি রোমেশনি। উন্নগদবা লৈব্রো ?

গীতা — লৈজদে। ঐখোয় তামোগা সুম থোকমিন্নখিবসিদা হংজবনি।

মিলন — তামো হায়দি ?

গীতা — তামো চাউথোই।

মিলন — (মরক থৎনা) ও ! চাউথোইগী মচনলা ?

গীতা — মানি সার।

মিলন — পংথাপ থাপ্লা চৎলম্মোইদা। সিদা সুম ঙাইবা য়ানি। চাউথোইগা হেক পোকমিন্নবনীকো ?

গীতা — মানি সার। ঐ মপান্দা সুম ঙাইজগে।

মিলন — চাউথোইগী মচন্নী হায়দুদা ব্রা অমনীদং হংনীংইবা, য়াইকো ?

গীতা — তাকপীয়ু সার।

মিলন — ইবেম্মগী মীংদি...

গীতা — গীতা কৌই সার।

মিলন — ও ! য়াম্না ফজে, শক্কবু য়াম্না চান্নেনে।

গীতা  সারনা হংবিগে হায়দুবু ?

মিলন  সুমদৌবনিদা। গীতাসু খঙম্মনী। হন্দক্কী থবক্তু নখোয় তামোসি ফাওদবনিনে। অদুদা ওফিসতদি সুম লাকইবা।

গীতা  ইমানা তম্মে সার। তামোদদি খঙহন্দ্রিবা মাল্লি। অদুননী।

মিলন  অদুনিনে লুরিসে। নোংমা নৎত্রগা নোংমদি শোয়দনা খঙলক্কনি। ঐদি মশাদা হায়গে খল্লিনে। করি মত লৈ ?

গীতা  তামোদি খঙহঞ্জনীংদ্রি সার। ইমানা য়াম্না নুংঙাইরোই।

মিলন  নঙনা হায়রবনিনা ঐ অমুক হন্না খন্থবা তারেদনা।

গীতা  সারবু থাগৎচরী, ঐ অমুক থোকচরে সার।

মিলন  ঐনা হায়বা কানসু লাকখিনিকো !

*মরক্কী যন্ত্র ঈশৈ*

রাধিকা  ঙসিদি ঙন্তা হল্লকঅব্রা ?

চাউথোই  হল্লকএ। ওফিসতসু কুইনা লৈরমদ্রে। রোমেশকা কদায় কদায়দনো কোইচৎ চৎলুরে। কান্নদে য়ূমদা পোখরুরগে হায়না লাকঅবা। নঙনা য়াম্না কেনা হল্লকইসিনা কদায় চৎলুরিবা ?

রাধিকা  মেডিকেল ডিপার্টমেন্টনা শিনবা এদসকী একজিবিসন অমা য়েংলুবনি। হাপ্তা অমা চখগনি হায়। ওঝাসু নোংমতা য়েংবিরুচোদনা।

চাউথোই  মদু তঙাইফদবনিনে। ঐখোয় গীতাসু পুবিয়ু য়াদ্রো ?

রাধিকা  য়েংঙুসি হায়বনে। অদু মাদি বাজাররোমদা চত্তবা য়াদে, অরুবা থবক অমা লৈ হায়রকএ। খোঙনা সুম চৎমিন্নরসি ওঝা।

চাউথোই  একজিবিসন্দুবু ফজনা পাঙথোকপা নৎত্রো ?

রাধিকা  য়াম্না ফজনা পাঙথোকই ওঝা। থব্বায় য়াওবা হায়বসিদা লোইনা লৈরেদা ওঝা। ডাক্তরগা নর্স ময়ামগনা হীরম অসিদা থম্মোয় শেঙনা চোঙথোরকপসে য়াম্না থাগৎনিঙাইনী।

চাউথোই  পার্ক মতাইসিদা ঙাইহাক্তং ফমসিনা ।

রাধিকা  য়াইয়ে ঙসিদি ঐ *হেমলেট* তাকউ হায়ররোইদা।

চাউথোই  য়ূমদা লাকঅগা জ্ঞান তানা তান্নসি কৈদৌগে, ঙরাং নহান্দি উদেনে ?

রাধিকা  তোয়না লাকপা ইকাইরেদা। সিদা হেক্তা ফম্মসি ওঝা।

চাউথোই  য়ারেনে। লাকপা করিগী ইকাইরিবা ?

রাধিকা  মরম লৈ।

চাউথোই  করি মরম ?

রাধিকা  হায়দোকপা য়াদে।

চাউথোই  কৈদৌবৈ হায়দোকপা য়াদ্রিবা ?

রাধিকা  হায়দোকপা য়াদবৈসু মরম লৈ।

চাউথোই  ও ও খঙঙে।

রাধিকা  করি খঙইবা ?

চাউথোই  হায়দোকপা য়াদে হায়দুদা অদুম হায়দোকচরদুবু।

রাধিকা  অদু খঙদিবু করিনো হায়বা ?

চাউথোই  নঙনা লাইরিক তান্নবা লাকপা ইকাই হায়দো ! ওফেলিয়াগী কাইদাদুদা নৎত্রো?

রাধিকা  কৈদৌবৈ ওইদোইবা ?

চাউথোই  ঐনা নহান ওফেলিয়াগী অশোনবা খরা মথং মথং হায়ধরকপদা নঙনা নমায় ঙাংশিল্লি করিগীনো ?

রাধিকা  থুনা তাকমনবদুদা ভাব তারক্কবা।

চাউথোই  পূক্লীং চঙনা তাও হায়দ্রো ? লাইরিক তাক্লিবৈঙদা পূক্লীং চঙনা তাবা ঙমদ্রিসি করিগীনো ?

রাধিকা  অদুবু করিগীনো ?

চাউথোই  অদুগী ওইরিনী লাকপা ইকাইরিদো, হুং ?

রাধিকা  ওঝাসি খঙনা খঙনা খঙশিন্নদবা য়াম হৈকো।

চাউথোই  অদুনবু ওঝা হায়রিনীদনা।

রাধিকা  অখঙ্ভবদু খঙশিন্নদ্রদি ব্নারী শাবা নুংঙাইদৌবা।

চাউথোই  অদু ওইরগা ওঝা কৌরনুদনা।

রাধিকা  কৌরসু কাইদে। ওঝা কৌববু কৈদৌগে, নখোয় শিকপ্রা ?

চাউথোই  ফাগী তৌবনিদা। অদুম কৌদৌনি। নঙনা ওঝা কৌবসি ঐদি য়াম্না নুংঙাইরী। ববানসু ঐবু ওঝা ওইহন্নীংই হায়রম্মান্নে।

রাধিকা  ববাগী শৈরেং লাইরিক্তু অমুক হন্না পুথোক্লসিদনা ?

চাউথোই  মদু ঐগী তলব ফংলগা কোন্না খন্নরসী।

রাধিকা  ফংদৌরেদনা। খন্নবদি হৌবা য়ারে।

চাউথোই  হান্না লুহোংখিসি হায়রিয়ে। তৌবগীদি ঐখোয় ইমুংসি মী লৈতবগী অব্রাবা অমা লৈবা কুইরবনি। লাইরিক ফোঙবগী ব্রাফমদুদী নখোয় ভাবীগা কোন্না খন্নরগেদা।

রাধিকা  (য়াম্না নুংঙাইতনা) ভা-বী ওইদোইদুবু কনানো ?

চাউথোই  এ এ এ ! নঙগী হৌনবী নমাই কাসু অমুক ঙাংশিল্লে।

রাধিকা  ফাগী তৌবীরনুবা ওঝা।

চাউথোই নমায়দু ঙাংশিনগনু, সে সে অমুক্তা শুগৎলুসে, য়েংবা নুংঙাইতেবা।

রাধিকা নুংঙাইবিনু হায়দে। ফমহৌখিদ্রা চৎলগে।

চাউথোই ব্বারৌববু অদুক মকা ফোঙবা!

রাধিকা কনানা কনাদা ব্বারৌনদৌরিবা?

চাউথোই ঐখোয় অনীনা শাবা হৌখিবা ব্বারীদো এইদসকীনিকো, নৎত্রনে?

রাধিকা অদু কৈদৌরগে?

চাউথোই মদৃগী মরমদা খরগা হায়রকখো। মদূনদুম কান্নবা হেল্লী।

রাধিকা ঐ হৈনীংবা করিমত্তা পোক্ত্রে, ঙসিদি হায়ররোই; চৎলগে।

চাউথোই য়ৌদৌরসিবু তপ্পা চৎসি ঙাইখোনেহে। (তপ্পা) রাধিকা!

রাধিকা করিনো?

চাউথোই নঙনা লাইরিক তান্নবা সুম লাকঅম্মগা লাকখিদবদো, য়াম্না নুংঙাইতে। হয়েংদি শোইদনা লাকউকো। হয়েং লাকউ হায়রগা করিনো তুমীন লৈরিদী?

রাধিকা অহীং চুপ্পা অমুক্তা খল্লুখিগে।

চাউথোই অহীং চুপ্পা তুম্মরোইদবা!

রাধিকা তুম্লক্তবদি কুইরেনা।

চাউথোই অদুক লুনা খনবা হৌনদেদা।

রাধিকা অদু ওইরগা লায়থোকহল্লোদনা।

চাউথোই লায়থোকহননবা লাকউ হায়রিসিনীনে।

রাধিকা থোঙ্গাল য়ৌরে লৈহৌরোনে।

চাউথোই (লাউনা) হয়েং হায়দু, কাউনিকো।

রাধিকা (শাউনীংনা মতৌ তম্মী) হয়েং হায়দু কাউনিকো।

চাউথোই (নোক্না) অঙাওবীসিদি।

রাধিকা (লাউরকই) অদুদি নঙনা অঙাওবা।

চাউথোই মসিদি! (মথন্তা) মশক্না লৈকায় ব্বাথোক ওইদৌরিনী। মবৃক্না মবৃক চম্মীবা। শাবান মূর্তিনা রাধিকাদা রাধিকানী। হুম বিষ্ণু বিষ্ণু! ঐখোয় ইমাদুবু। ইমা, এহ্! তুম্মিমালে, হৌদোকঅরোইদা সুম পোখাজরসনু। অদুনদি অং, মানা অমুক হন্না নমথোক্সি হায়রিবা ববাগী শৈরেংশিবু . . .

*অতপ্পা যন্ত্র ঈশৈ*

খোঞ্জেল *থোঙসি ইহাং হাংদোক্লেনে / থোঙসি পৌরোল থাজিল্লুবা / অঙাংশিংসে ইচাই চাইথোক্লেনে / চোইরা শল্লাংদু খোমজিল্লুবা...*

মমা (মঙদ্রংদা) হা! করি হায়বা!

খোঞ্জেল *মল্লি- মল্লি কাসিদা নথন্তা / মৈরা অমত্তং চুখৎলুবা...*

মমা অং! চুখৎলগে।

খোঞ্জেল *মুৎখিনিনে মৈরা অদো / নখূৎ অনীনা খনজিল্লুবা...*

মমা মুৎলোইদা মুৎলোইদা, ইহে ওঙ্খোকপনিদা হেক মুৎখিদা !

খোঞ্জেল *হৌরক্লিবা নোংহৌসে য়েংউনে/হৌরক্লিনে মায়কৈ মরিমক্তা/পাপকী মপৈ চামখোকপা/নোংহৌ নত্তেনে লাক্লিবা/মপানলমগী লায়নাগী শুক্রা মল্লবা নোংহৌসিদা/উহন্দনা খোঞ্জেল থোক্তনা/নহুম-পোঞ্জেলসে তল্লক্লে/ কনা লৈহৌরোয় খাঙপোকসিদা/মুৎখ্রনি খোঙ্গুল নঙ-ঐগী/মদূ থোক্লিঙৈ চেকশিলহৌরো/ ইচাই চাইরেনে অঙাংশিংসে/চোইরা শল্লাং খোমজিলুবা/ খাঙপোক্কী থোঙসি লোনশিল্লুবা।*

মমা (মঙলাক্লনা) ইবুংঙো ইবুংঙো ইবুংঙো - ! ঐবুসু পুবীয়ু ইথস্তা হিংহৌবা ইতীক নত্তে মফমসিদা। ইতীক নত্তে . . . ইতীক নত্তে ... (স্বর শাংনা হোল্লি) ।

চাউথোই (কল্লপ) ইমা ইমা ! (চেনশিল্লকই) কৈদৌরে ইমা ? মীত্তু মীত্তু ইমা অমুক্তা পাঙথোকপিয়ু।

মমা (স্বর শাংনা) চাউ..থোই..

চাউথোই মানে ঐনে ইমা।

মমা নঙ- ববাদি ?

চাউথোই ববা ! ইমা মীৎ অমুক্তা শিংনবা হোৎনবীয়ু।

মমা নঙ-ববানা লাকঅগা হায়রম্মীদো করিনোনে ?

চাউথোই ও.. ঐ ভাব তারে ইমা। ববা লাকঅম্বা নত্তেয়ে। ববাগী শৈরেং লাইরিক্তো ঐনা পাবনে ইমা।

মমা হা ! নঙ লাইরিক পায় হায়বা ?

চাউথোই মানে ইমা। ঐনা ববাগী শৈরেং অমখক পাবা হৌরম্বনে।

মমা অং ! ইস ! ফীঙৌ শেৎলগা মাদি থোঙজিলসিদা...

চাউথোই ইমাদি তুমথরম্মনি, অদুননি।

মমা নঙদি ! য়ুম য়ৌরকপা কয়াম কুইরবা ?

চাউথোই পঙকুই কুইদ্রিদা ইমা।

মমা নচনদি, গীতাবু হায়বা ?

চাউথোই মাবু কদায় চৎখিগে ইমা ?

মমা ইহে ! নঙগা থেংনরক্তবোইরে, ইমা হৌগৎলগে।

চাউথোই গীতাবু কদায় চৎখিগেনে ইমা ?

মমা বাজারদনি হায়রম্মীনে। নচিন নৌপোব্রা হনমিন্নরকউ হায়খিবনী। নখোয়না হেক য়ুম য়ৌরক্লিফাও ইমাদি পোত্থাফম খঙদবা।

চাউথোই ঐ থোঙ্গালফাওদং সুম য়েংউগে ইমা। ইহে ঐখোয় ইবেম্মদি হনবু হল্লএ ইমা।

[redacted]

মমা হা ! হল্লকএ হায়বা ?

চাউথোই থোঙ্গাল্লোমদা চঙলক্লে তু।

মমা এ ! ফরে ফরে। চাউথোই ঙ্গাউ ইমানা নিংকোক নিংকোক নুঙাইত্তবা মা লৈরে।

চাউথোই করিনো ইমা ?

গীতা তামোদি য়ুমদা লৈরম্মেদনা ? ঐনা আদা মরোল অমা ঙাইরী।

চাউথোই এহ্ ! নঙবু ঙাইহিবিয়ু হায়বরো ?

মমা ইবেম্মা নঙসু ৱারম্মনি অমুক্তা ফম্মু । চাউথোই।

চাউথোই হায়বিয়ু ইমা।

মমা নঙনা হৌজিক পায় হায়বা ববানা ইরম্বা শৈরেং মতেক্তু অমুক্তা হন্না পারকউ।

চাউথোই চেনাসি ঐ খুমজিন্দ্রিয়ে। পারক্কে ইমা।

মমা অং, অমুক্তা পারকখো।

ছখাঞ্জেল *থোঙসে ইহাং হাংদোক্লেনে/থোঙসি পৌরোল থাজিল্লুবা/অঙাংশিংসে ইচাই চাইথোক্লেনে/ চোইরা শল্লাংদু খোমজিল্লুবা/মল্লি-মল্লি কাসিদা নথক্তা/মৈরা অমত্তং চুখৎলুবা/মুৎখিনিনে মৈরা অদো/নখুৎ অনীনা খনজিল্লুবা/ হৌরক্লিবা নোংহৌসে য়েংউনে/হৌরক্লিনে মায়কৈ মরিমক্তা/পাপকী মঁপে চামথোকপা/নোংহৌ নত্তেনে লাক্লিবা/মপাল লমগী লায়নাগী/শুক্রা মল্লবা নোংহৌসিদা/উহন্দনা খোঞ্জেল থোক্তনা/নহুম-পোঞ্জেলসে তল্লক্লে /কনা লৈহৌরোই খাঙপোকসিদা/মুৎখ্রগনি খোঙ্গুল নঙ-ঐগী/মদু থোক্ত্রিউঁ চেকশিলহৌরো/ ইচাই চাইরেনে অঙাংশিংসে/চোইরা শল্লাং খোমজিল্লুবা/ খাঙপোক্কী থোঙসি লোনশিল্লুবা/খাঙপোকশঙসি নোং য়ুহৌবনি...*

মমা (মরক থৎনা) য়ারে ! লেপ্লো য়ারেনে (স্বর শাংনা হোল্লি)।

পূন্না ইমা!

*অরোইবগী যন্ত্র ঈশৈ*

# মরিশুবা তাঙ্কক

*অহৌবা যন্ত্র ঈশৈ*

মিলন এ গীতা চঙলকউদনা।

গীতা চঙজরক্কে সার।

মিলন সার কৌদ্রসু য়াইদা। ফম্মুনে। (মপাল্লোমদা) তাদা, স্পিসিয়েল চা অনীগা আলুচোপ অশাবদু অনীদংগা লৌবিরকউ।

গীতা ঐগীদি হায়বীরুরনু সার। অথুবা থবক অমগী লাকচবনি।

মিলন চা অমমমদং থকমিন্নখিবদি য়াইদনা। নোংমা নিনীসে ঐ নঙ লাকপ্রা য়েংবনিনে।

গীতা করি লৈগে সার ?

মিলন থবক খরা হাপকদবা লৈয়ে। নঙগী সার্টিফিকেট মার্কসিত্তু অমুক্তা পুরকউদনা।

গীতা থবক ব্রানোম্নবা শেলকা লৈজদেদা সার।

মিলন অদুগীদি ঐ লৈবেনে। ঐনা ফনবা শিল্লগা লোইববা নৎত্রো ?

গীতা ঐখোয় তামোগী থবক্কী মতাঙদা অদুম্না থম্মোয় চাউথোকপীরল্লবদি য়াম্না থাগৎচরমগদবনী।

মিলন ইহে ! মতমদুদ খঙনদ্রিদনা। য়াম্না ব্রারৌ চাউইনা।

গীতা সারনা ঐগী থবক্কী ব্রাফম অমা হৌদোকপীবকইসি করি মরমগীনো ?

মিলন হুং পাউদুগী ব্রানি। তাঞ্জা চাবিঙৈদা থবক চঙহৌদি ফৈদনা। চা পায়সি। গীতা নঙ জ্ঞান খরা তাউনে।

গীতা সারগীসি, ঐ চিংনদবা ঙমদে।

মিলন করি চিংনরিবা অমুক্তা হায়য়ুনে ?

গীতা — নোংমা ব্রাফম অমা হৌদোকপীরক্কদবা মাল্লী।

মিলন — মদুদি চিংনগদবা নত্তে, থাজগদবনি।

গীতা — সার ঐ য়ৌনবা তৌজরগে। সি অমুক্তা পায়শিনবীয়ু।

মিলন — সিবু করিনো ?

গীতা — লুপা লিশীং মঙানি। ইমানা পীরকপনি।

মিলন — ও ! নখোয় তামোগী তলবনি খঞ্জনবা শিন্নরকউ হায়দুরা ?

গীতা — মদূবু পোকমিন্নবা মচন অমনা তারগা কয়াম নুংঙাইরমগদগে ? শেনফম অসি শাগৎনবা হোৎনবদা ঐগী নাদা পল্লম্বা সনা মচেৎতু তামো খঙহন্দনা থুগায়খ্রবনি। ইমাগা ঐগা ঙসি অহীং তুম্বা ঙমখিদে।

মিলন — ও ! অদুবু করিগীনোনে ?

গীতা — সারনা থম্মোয় খিত্তং চাউথোকপীরম্লবদি, ঙসি তামোনা শেংনা তলব ফংজরমগদবা নুমিৎনী। লিশীং মঙাসিদগীসু হেন্না ফংলম্বা য়াই। নচনগী সনাদুসু কায়থোক্লম্লোই। তামোসু মীয়ামগী পুক্সি ঈচেলদা তিনবা ফংজরমগদবনী।

মিলন — য়ারে য়ারে গীতা মখা তারনু।

গীতা — লাইরবসিদি য়াম্না তোল্লিদা সার। মীচং লৈজদবা য়াম্না পিদোল্লি। উপাই লৈজদবগী মথক্তা থাজবীবা কনাসু লৈতে। ইচুম চুম্না নেথৎতুনা থম্বী। ফংফম থোকপা অধিকার লোইনা মৎপী।

মিলন — ব্রারীসি তেনশিল্লসি গীতা। শেনফম অসি থম্মমনু পুখো।

গীতা — ঐ চৎচরে সার।

মিলন — শেনফমসে থম্মমগনু। প্লিজ, ঐগীসু খিত্তা খনবিয়ু কৈদৌরগে ?

গীতা — ইমানা পীরকপনী সুম থমজরম্মগে। সারগী অব্রামন কাউজরোই (থোকখি)।

মিলন — ওহোকপনিদা ! করিনোনে তৌরিসিবো ?

রোমেশ — (মপান্দা) এ গীতা !

গীতা — তামো হৌজিক্তা লাকইরা ?

রোমেশ — অং য়ৌরকপদা ঙাইরী। কদায়দৈনো নঙনা থোরকইসে ?

গীতা — সার মিলনগী ওফিস চঙজরুবনী।

রোমেশ — (কল্লপ) অসিদদি কৈদৌবৈ চঙভুরিবা ? নঙ ব্রানোম্মীরো ?

গীতা — অদুই নত্তেদা তামো। অরুবা ব্রারী অমগীনি।

রোমেশ — ঐদি অসিদা সুকচঙ চঙহন্নিংদেকো। নখোয় তামোদি লাকঅরোইদ্রা ?

গীতা — ঙসিদি তমোগী বার্থডে থোকই। ইমানা চৎখ্রগনু হায়হৌবনি।

রোমেশ — হোয়নে ঐসু লাক্তবা য়াদে হায়রম্মীনে। নঙবু হল্লগে হায়রিরো ?

গীতা — হল্লগে তামো। ইমানসু থুনা হল্লকউ হায়রকই। তামোসু লাক্লোই নৎত্রো ?

রোমেশ — লাক্রুদি নখোয় তামোনা লান তারেদনা। এ ! আদা মহাশয় অমা পর্দা

হাইদোক্লগা য়েংঙকইসি য়েংঙু।

গীতা কনানো তামো ?

রোমেশ কনা ওইরুনি। তু অমুক হাইজিনখ্রে। অদুদি নঙ য়ৌরোনে।

গীতা (ইকায়না) ফনি তামো !

*মরক্কী যন্ত্র ঈশৈ*

রাধিকা এ ! কৈদৌবা লাকইনো ?

চাউথোই নঙ কৌবা লাকইনিনে। ঐগী বার্থডে সেলেব্রেসন পাঙথোক্কনি হায়রগা নঙনা ঙস্তা লাক্ত্রিসি করিগীনো ? চৎসি অমুক্তা শৎ লোইশিল্লুসে।

রাধিকা ঐদি লাক্কেসু খন্দনা।

চাউথোই ও খন্দ্রসু চৎসি। ঐসু ফমগে খন্দে নখোয় মোরাসিদা হেক্তা ফম্মিসিনি। ইমাখোয়দি চখোকখিবরা ?

রাধিকা লুহোংবা অমা অথাপ্পদা লৈয়ে। অয়ুক ঙন্থদগী চৎখ্রে। অবোকপুদি ইমূংদা হীপ্পিয়ে। কয়াম চাউনা পাঙথোকইনো ?

চাউথোই মরূপ-মপাং তরামুক্তনিদা হায়বা। অহায়বা খরসু লাকওই, হায়দবা খরসু লাকপা য়াই।

রাধিকা অহায়বদি কৈদৌবৈ লাকওইদৌরিবা?

চাউথোই অদুনিনে ঐনা ঙকইসে। নঙনা লাকওই হায়রিবু করিগীনো ?

রাধিকা ঐখোয় অনীদি খৎনরেদনা।

চাউথোই এহ্ ! খৎনববু নথস্তা খৎনা য়াব্রো ? ঐদি খঙসু খঙদনা।

রাধিকা খঙইরোইহে ! নহান অদুক কন্না খৎনখ্রিদুবু।

চাউথোই ও ও ! ঐখোয় থোঙ্গালগী পার্কতা শাৎপা লৈ অমা নঙনসু নুংশি হায়বা ঐনসু ফজে হায়বগী মত মান্ননা খৎনবদুরো ?

রাধিকা লৈদুবু শাৎহৌরিবরো?

চাউথোই শাৎহৌরিয়ে। অদুসু য়াওহল্লুসি লাকও চৎসিনে।

রাধিকা য়ারে থোকঅসি ।(তপ্না) ঐবু য়াম্না য়াওহন্নিংই করিগীনো ?

চাউথোই য়াম্না য়াওনিঙমদৌ মানবা। য়াওনিঙদ্রগা লৈহৌরোনে।

রাধিকা ওঝাগা ঐগা সুমহায়না চৎমিন্নবসি চুমদি চুমদ্রবনি।

চাউথোই করিগী ?

রাধিকা মীনা য়াম্না লক্লরে। লক্লফমসু থোকপনি। থোঙ্গালসু থংননা লৈরগা !

চাউথোই অদুগুম্বদো হৌদোরক্কনুবা, মীনা ঙাঙনবৈ বাবু !

রাধিকা ঐবু অঙাং মচারো ?

চাউথোই  নঙ কলেজ তম্মে ঐ খঙইনে। অদু কৈদৌরবা ?

রাধিকা  খঙঙদি হৎঙকঅনু ।

চাউথোই  রাধিকা।

রাধিকা  কৌবিরক্কনু।

চাউথোই  অদু ওইরগা লৈহৌরোদনা।

রাধিকা  লৈহৌরগে ?

চাউথোই  অশেংবরো ?

রাধিকা  অশেংবনি। ঐ চৎখিবনা ফরেদা , ঐ চৎলে।

চাউথোই  চৎলো চৎলো  (ঙহাক লেপ্পী)। অস, হায়রমদ্রসু ফদৌবা।

মমা  কদায়দা অমুক চৎলুরিনোনে ? কনানো হনখ্রিসিনা ?

চাউথোই  রাধিকানি। থৌরাং খরা তেংবাংঙুরাউ হায়রুবা ।

মমা  হৈমা রাধিকা।

চাউথোই  কৌরুরনুদা ইমা। ঐখোয় গীতা হল্লক্লিব্রো?

মমা  হল্লকএ। নমান্নবা খরসু লাকহৌরবনিনে।

চাউথোই  রোমেশ য়াওরকপ্রা ইমা ?

মমা  করিগী য়াওরক্তদগে। মানবু ইহান হাল্লি। তু আ মাঙ্গোলদা ফম্মী ময়ামসে।

চাউথোই  য়ূমদা- কৈদাসিদা ইকায়খ্রেদা ।

মমা  করিগী ইকায়রুনি হায়গে ইচাশিদি।

রোমেশ  (লাউনা) য়ূম্মু ওইনা তরাম্না ওকচরেনে। কম ওন, মেনি মেনি হেপ্পি রিতর্নস ওফ দ দে।

চাউথোই  থেঙ্ক য়ু, থেঙ্ক য়ু ভেরী মছ।
(ময়াম খুবাক খুয়)

রোমেশ  করিগীনো মায়থোঙ মকশিল্লিদি ? নোঙমতসু মোমোন নোকউ কৈদৌরগে ?

চাউথোই  নঙনা অদুম হায়না হায়রদি  ঐদি কপনীংঙকএ !(ময়াম নোকই)

রোমেশ  সি উবরা ? অমুক্তা লৌশিনবিয়ুসে।

চাউথোই  করিনো ওম্বোক্লা থাখ্রেদা ?

রোমেশ  চেখাওদু হাংদোকউ য়েংসিনে।

চাউথোই  (হাংদোকই) এহ ! করিগী শেনয়ামনো সিদি ?

রোমেশ  ওফিসতগী পীরকপনি। নঙগী তলবনিনে। কয়ানো অমুক্তা থীয়ু।

চাউথোই  চামা চৎপী চামা। লুপা লিশীং তরা। ঐগী থবক্কীদমক ব্রানোমখিবা লৈতে । শেনজা-থুমজা তৌবীখিদে। লৈবাক অসে অচুম্বা তৌরে। অচুম্বনা জয় ওইরে। মসিনা অচুম্বগী অহানবা খূদোলনী।
(ময়াম খুবাক খুই)

মমা ইচাগী তলবসিবু কয়ানোনে ?

চাউথোই লুপা লিশীং তরানী ইমা।

মমা লিশীং তরা ...

চাউথোই ইমাদা অমুক্তা কচ্চগেসে। তেক্তা কায়দনা মীয়ামগী সেবা মতম শাংনা তৌজবা ঙম্লবা অশীববাদ পীবিয়ু ইমা (খুরুম্মী)।

মমা ইচানা নীংজবদো ঈশ্বরনা থৌজানবীবা ওইসনু। হৌগৎলো হৌগৎলো ।

রোমেশ ঙসিদি করিগী পিনো ইমা ?

মমা নুংঙাইবগী পিনিনে। ঙসিদি ইমা য়াম্না নুংঙাইরে ইচাশা। নখোয়গী মরূপ চাউথোইসে নখোয়গী নরক্তা ঙসিদগী ইমানা শিন্নরবনিকো। ইচাশা, নখোয়গী মরূপসে মপা ঙন্না কায়নখিবনিকো। নখোয়গী নরক তিনবা ঙম্লবা ইমনা ব্রানা হোৎনখিবনি। ঙাকপি শেনবিবা মপুং ফাখিদ্রবা ইচাসে অশোয়বা কয়া লৈগনি, নখোয়না ঙাকপিয়ুকো।

রোমেশ ইমা। ঐখোয়গী মরূপ চাউথোইদি মীঙোন্দা লানজদবা, অচুম্বা পামজবা মীনি। মহাক্তি পূকচেল চাউই, মীনুংশি খঙই, মীওইবগী থোইদোক হেন্দোকপা গুণ কয়ানা লৈতেংই। হৌজিক মতমগী তাৎ-পাৎ, চিরোল-খারোল মঙোন্দা চঙদে। অসিগুম্বা পূংফমসিদা চাউথোইগুম্বা মরূপ অমা ফংজবদি ঐখোয়গী খ্বাইদগী লাইবক ফবনি ইমা।

গীতা এহ্ ! রাধিকা, থেঙইদা । চঙশিল্লকও।

রাধিকা য়ারেদা। ওঝাগী বার্থদে প্রজেক্ত অমখক পীবা লাকচবনি। মসি অমুক্তা লৌশিনবিয়ু ওঝা।

চাউথোই করিনো সিবো ?

রোমেশ খঙনীংঙগদি হাংদোকও, য়েংসিনা।

চাউথোই এহ্ ! সিদি সনাগী লীক ! সিদি ঐ করিদা শীজিন্নগদৌরিবা ?

রাধিকা ঙকশমদা। (ময়াম খুবাক খুই)

মমা নংঙাইরে ইচাশা ঙসিমুক নুংঙাইবা ইমা অমুক্তা থেংনখিদ্রি। ঙসিদি ইচা চাউথোইগী কুনমঙাশুবা মপোক কুমওন পালোন্নি। অসিগগুম্বা নুমিৎ অসিদা মহাক্কী খূদোলপোৎ ওইনা পীয়ু হায়দুনা নঙগী ববানা শিন্নরম্বনি সে।

চাউথোই (হাংদোকই) সিদি ববাগী খুৎই লাইরিক্কি ইমা।

মমা করম্বা মখলগী লাইরিক্লো ? নঙনা চহী কুনমঙাশুবা নুমিৎতা শিন্নৌ হায়রম্বনিনে ?

চাউথোই মমিংদি ঃ ইচাশিংদা ববানা হায়রি অশুম্না ইরি ইমা।

গীতা কদায়, ঐসু য়েংগে তামো।

চাউথোই　য়েংউসে ! ইথক্তগী নত্তে নঙ্গীসুনিনে।

গীতা　ঐখোয় ববা ঙসি হল্লকএদনা।

মমা　চেখুমদি উরে। করি হায়রিবনো অহানবা চেনাদু পারকউ। ঙসিদি মতম কুইনগী তুংদা লাইরিক অসিগীসু মঙাল উবা নুমিৎনিনে।

চাউথোই　মরূপ রোমেশ ! চেখুম অসি হাংদোকপিয়ু। অহানবা চেনাদু অমুক্তা পাবীরকউ। ঐবু অমুক্তা তেংবংবীয়ু। ময়েক্লিদা ঐ ববাগী শক্তম উরক্কে।

রোমেশ　চাউথোই ঐ পারক্কে। ঐসু পানীংবা লৈ। ঐসু মপা লৈত্রবা মীশক্লিনে।

মমা　রোমেশ ! পারকউ তপ্না তপ্না পারকউ।

রোমেশ　ইমাগী অয়াবা লৌজরগা অহানবা পাড়াসি পাজরক্কে।

ইশৈ খাঞ্জেল　*ঐগী ময়েকশিংসে পাবা মতমদুদা / ঐদি মোংফমদা লৈরগনি / ঐগী লাইবক্ননি / ইচাশিংনা ঐগী মোংফমবু ঙাকপিয়ু /মদুগীদমক চিক্লবা অহীংসিদা/ তুমদুনা লৈরিবা ইচা অনীগী/ মায়খোঙ য়েংনা য়েংনা ময়েকশিংসে ইরিবনি/ হয়েং ইচাশিংনা চাউরক্কবা মতম/ তাইবঙপান পুন্সিগী কল্লক-মীহৌ ফাওরক্কবা মতমদুদা/ববানা হায়নীংবা কয়া লৈ/ লমজিং লমতাক্লীংবা কোঙ্গাইনি/ মদুগীদমক ইরিবনি / ঐ খঙই / অহিংবনা শিগ্রবশিংবু নিন্দা তৌগল্লি / অশিবগী ৱাকৎ অহিংবনা তাগন্দে / অদুম ওইনমক ইচাশিংনা মপা ঐনা হিংলিঙৈ মীকুপ/ মপা ঐনা ঙাক শেন্দুনা তুল্লিঙৈ/ মতম অসিবুদি নোংমা শোয়দনা নুংশিরক্কনি / চমম্নরকপা, ৱারকপা খাংঙমদবা/ থাংখাঙ কয়াদা মপা ঐবু নীংশিংলক্কবাদি / ববানা ইচাশিংদা হায়রিঃ ৱাখল লম্ফাংনগনু; নথৌদা পুক্নীং চঙউ, নোল্লুক্না চংলু, ভক্তি কাউগনু, নমান্নবগা নিঙাই শঙদানগনু, নিশা নকশিন্নগনু, লমচং কাম্বা মীদগী তান্না লৈয়ু, মতমগী লায়না-তিন্না চঙহনগনুঃ- চেকশিল্লু, চেকশিল্লু, ইচাশা /*

রোমেশ　মসি ফাওবনা অহানবা লামায়নি ইমা।

গীতা　তামো রোমেশ ! নচলদা লাইরিক্তু অমুক্তা শিন্নবিয়ু।

রোমেশ　সে গীতা চেকশিন্না থম্মুকো।

চাউথোই　ববাদু চেৎনা কোল্লু গীতা।

গীতা　ববা ! নচাশিংবু অদুক কুইনা থাদোকপিবা করিগীনো (কপ্পি)?

চাউথোই　ঐখোয় চাউরে ববা ! ববানা তাকপীবা লম্বীগী খোঙফম অমা লান্না থাংঙোইনে নচাশিংনা।

মমা　ইচাশা, করিগী কপ্পি। নখোয় ববা শিদ্রিনে ঙসিসু। নখোয়গী ৱাখলদা লাকইসিদি ! নখোয় লোয়না ল্যাউ, ইমাগী তুং ইল্লকউ। নখোয় ববাগী মোংফমদা চংলুসি। মিকুপ খরদং ৱা ঙাঙদনা তুমীন্না লেপ্পুসি।

রোমেশ — ইমানা হায়রিসি ; ময়াম অমুক্তা পূন্না চৎসি।

চাউথোই — গীতা, কদায় লাইরিক্কু চেকশিন্না থমগে।

গীতা — ঐসু য়াম্না পানীংই তামো।

চাউথোই — পূন্না অদুম পামিন্নগদবনি। ইবুং থমগে হায়বনে।

গীতা — ঐ অদুম থমগে তামো।

চাউথোই — য়াদে অমুক্তা পীরখোনে।

গীতা — ঐ ঙাইহাক্তা পায়খিগেবা তামো।

চাউথোই — অমুক্তা পীরকখো হায়বনে।

গীতা — ঙস্মোয়য়ে।

চাউথোই — মসিগী অঙাংসিদি (মুল্লি) ।

গীতা — তামোনা ঐখোয় ববা মুনপ্লে ইমা।

মমা — তুমীন লৈরোনে নখোয় ববাগী মোংফম মনাক য়ৌরে। য়েংউ ইচাশা মাঙদা লৈরিবসে ! কয়াদা ঈং-তপ্পা কয়া চীং-লেম্না পোখারিবা !

চাউথোই — অচিকপসে ব্রা ঙাঙবগুম তৌরি। অচিকপদগী খোঙ্থাং লিশীং নিলবগুম তারী। কয়াদা অর্থ থোকখিদ্রবা য়াহিপনো ! লৈরাং খুদিং য়ানীংদবগুম হৈনীংদনা লেপ্পী। মোংফমসে য়াম্না নীংবা কায়না উৎব্রেদা।

গীতা — ইমা ! ববাদুবু মতৌ করম্না মনূং মতম চাদনা শিন্ত্রিবনো ?

মমা — ব্রাহংদু হংলক্কনু ইমগী পাউখুম লৈতে। মীকুপ খরদং তুমীন্না লেপ্লো ইচাশা !

*অরোইবগী যন্ত্র ঈশৈ*

[redacted]

# মঙাশুবা তাঙ্কক

*অহৌবগী যন্ত্র ঈশৈ*

রাধিকা ওঝা লৈব্রা ইমাবোক ?

মমা ঙন্তানা উগী মিস্ত্রী খরা থিরুনি হায়না চৎখিবনিনে। মোরাসিদা ফম্মু। নঙগী লাইরিক তান্নগদবা লৈব্রো ?

রাধিকা লৈয়ে ইমাবোক। গীতাসু চখোকখিব্রো ?

মমা মাসু ইমাবোক্না থবক অমখক থাখিয়ে। নঙ ওঝাদি হল্লঅনি, ঙাইহাক্তং ঙাইরো। ইমাবোক্কা সুম ৱারী শাসি।

রাধিকা উগী মিস্ত্রী থিরীবু করি শাদৌরিনো ইমাবোক ?

মমা কা মচা অমত্তং তোপথোক্কনি হায়য়ে। মমান্নবা লাকপদা ফমফমবুদি লৈত্রবনিনে। নঙদি হন্দক্কী পরীক্ষাসি ফমদৌরিনিকো ?

বাধিকা মানি ইমাবোক।

মমা নমানদি লুহোংবিরনি হায়রিনে নঙবো ?

বাধিকা কনাদা ?

মমা খঙদেনে। মমৌ ওইজগে হায়রকপসু ওস্থোক্লা য়ামগ্রমালেদা। অৱাং লৈকায়গী তাদা অহঙ্গাওদুসু নহান নোংমা লাকখিমালে। ইমুংদুদি কোনুংদৌনা পানবনি, পঙগনুকো।

রাধিকা মতমগী নিশাদা লাইচুরবা মচানুপাদুগী হায়ররিবা।

মমা হৌজিক্তি ফরমালেদা। তাঙ্গা হায়সি য়াম্না লুবনিকো।

বাধিকা হৌজিক্কী মতমদা যুম পানবা ইরাই লাইদেদা ইমাবোক। অনৌ-অনৌবা লায়নাগী লায়চৎ মরকসিদা মরী মখোঙ খঙদনা হেক্তা যুম পানবা যাবা নত্তে।

মমা হোয়নে হৌজিক মতমগী এইদসকা হায়দো। চেকশিল্লগদি পাক হেক চঙবা

[redacted]

ঙমদে হায়নৈনে।

রাধিকা — য়াম্না চেকশিনবা চেকশিন্দবদা লৈবে ইমাবোক। মতম চানা চেকশিল্লগদি শুকচঙ চঙহন্দবা ঙম্না লায়নানি। হৌজিক মতমদদি ঐখোয় লোঙ্গা অয়াম্বা চেকসু চেকশিন্নরেদা।

মমা — ইচাশিং য়ূম পানবা মতম ওইরকপসিদি থব্রায় ব্বায়হে !

রাধিকা — ওঝাগীবু করি তারিগে ইমাবোক।

মমা — মাগী কা মচা অমত্তং শানি হায়না লাংইসে লোইশিল্লগা খন্নবা হায়দুনি।

রাধিকা — থবকসু ফংঙবনিনা তানদি চারবনিদা।

মমা — নঙ ওঝাগী থবকসিবুরানে ?

রাধিকা — লুপা লিশীং তরাদগী হৌবা থবকসিবু অরাইবরো ইমাবোক?

মমা — এ ! নঙ ওঝাসু থোঙ্গাললোমদা চঙঙকএ তু ।

রাধিকা — ওফিস অমুক চৎতোয়রা খঙদেনে।

মমা — ঙাইহাক য়ৌগে হায়ররনিনা। চাক ঙন্নবা ইমাবোক্না ইঙ্গাং শেম্মীসিনি।

চাউথোই — নঙগী করি অথুবা লৈরে ?

মমা — মাগীদি করি ওইরুনি লাইরিক্লীদনা। নঙগী মিস্ত্রী হায়দুবু ফংঙব্রো ?

চাউথোই — উন্নরুরে ইমা। হৌজিক্তি মখোয় মীগী য়ূম অমা কন্না শারি। হাপ্তামুক্কী মতুংদা হৌসি হায়রকই। য়ূম্ফ মসে থোন্দৌ ব্বাৎপগা, তান্দুম চারে।

মমা — রাধিকাগী লাইরিক হায়দো ঙাইহাক তাকপীরো। ওফিসসু ঙাইহাক য়ৌগদবা নৎত্রো ?

চাউথোই — ওফিসকী থবক্তি লৈথোকওইদা ইমা।

মমা — থেঙখিনি ইমা চাক থোংঙুরগে। ফম্মুকো ইবেম্মা।

রাধিকা — হোয় ইমাবোক।

চাউথোই — ফানসিদা ফমসি লাকওদনা।

রাধিকা — ওফিস চৎতৌ ওইরদি থেংঙনিদা। কোন্ন অমুক লাকঅগে।

চাউথোই — হৈমা চৎলগে হায়রিরো?

রাধিকা — চৎলগে, ঐগীসিদি তপ্পা য়াইদা।

চাউথোই — অদু ওইরগা থোঙ্গাল ফাওবদং থিন্দোক্কেদনা। করি অরুবা লৈরগেনে ?

রাধিকা — *হেমলেটকী* পোইন্ট অমা তাকতৌ ব্বাৎলিদনা।

চাউথোই — এহ ! অদুদি কোন্না পরীক্ষা লোইরবা মতুংদা তাক্কেদা।

রাধিকা — এ পরীক্ষা লোইরগদি করি কান্নদোইবা ?

চাউথোই — খঙজিনবগী পান্দমসিবু পরীক্ষানা লোইরব্রনে ?

রাধিকা ঐ করিমত্তা খঙদে। ওঝানা হায়রিমখৈ য়ারে।

চাউথোই থোঙ্গালগী পার্ক মচাসিদা ঙাইহাত্তুং ফমসি।

রাধিকা ওফিস চৎকনি হায়দায় ?

চাউথোই ঙক্লিদনা, ইমাসু চাক থোঙখিবতা ঙাইহিরি।

রাধিকা লাইরিক তাকঅগে হায়রিরো ?

চাউথোই লাইরিক্কী ব্রা নত্তেদা। ঐগী ঙকশমসিদা অমুক্তা য়েংঙু।

রাধিকা উরে।

চাউথোই মীনা ঙাঙনরিসিদি নঙ তারিরোইনে ?

রাধিকা করি হায়না ঙাঙনরিবা ?

চাউথোই করি ওইরুনি। চাউথোইগী মপোক কুমওন পালন্দা রাধিকানা সনাগী লীকফাং অমা খূদোল তৌই অসিনিদনা।

রাধিকা ঙাঙনদসু মখোয়দি তৌ য়াদে হায়ব্রো ?

চাউথোই নঙ্গীসিসু ঐদি খরা হেনমল্লি হায়না খল্লিনে।

রাধিকা খনগনি ঐঙোন্দদি মদু ফাওবা ব্রাৎলিবনি।

চাউথোই এহ্ ! কয়াম ব্রাৎলিজাৎনো ?

রাধিকা ব্রাৎলিদা অদুবু নংগদবদি মান্দ্রে।

চাউথোই করিবো ?

রাধিকা ইমাবোক্না লুহোংবিরনি হায়বনি।

চাউথোই অদুদি য়াম ফৈনা।

রাধিকা অং য়াম ফৈ। থবকশু অচৌবা অমা পায়রেদনা ? য়াম্না মতীক চাবী অমগা লুহোংঙো।

চাউথোই হোয়দা মতম লৈরি। কোন্না খন্নবা য়াবা ব্রাদুবু। অদো...

রাধিকা ওঝা ঙসিদি ঐ ব্রা অমা হায়য়ুরা?

চাউথোই অদুম্না হৌরগা হায়বা ব্রাসে য়াম্না নাতে চাগন্দে, হায়রনু।

রাধিকা অদুদি নাতে চাবা ব্রা অমা ওঝানা হায়রোনে।

চাউথোই *হেমলেট্*কী পাড়াদু খন্নরসিরা ?

রাধিকা ঙসিদি *হেমলেট* তোকঅসি।

চাউথোই কদায়দনো ঙাইখোনেহে।

রাধিকা ঐগীসু য়ূম লৈজেয়ে।

চাউথোই করম্বনোনে?

রাধিকা নঙনা লৈহন্নীংদবদু নত্তবা।

চাউথোই রাধিকা। অমুক্তা ঙাইখোনেহে নঙবো (চঙশিল্লগা)।

রাধিকা কৈদৌরগে, অমুক কৈদৌরগে ?

চাউথোই  হায়ররোইদা কোন্না হায়রগে।

রাধিকা  এ ! অদু হায়বৈরো ?

*মরক্কী যন্ত্র ঈশৈ*

মিলন  গীতা, চঙঙকও। ঐ নঙ লাক্কনি খঙইনে। ফম্মু।

গীতা  সার ঐনা নহান থমজরম্বদি লুপা লিশীং মঙাখক্তনি।

মিলন  ঐ খঙইনে অদু কৈদৌরগে ?

গীতা  সারনা হনবীরকপদুদি লিশীং তরা ওইরমলে।

মিলন  মদু ঐনা হাপনীংনা হাপত্রবনি গীতা।

গীতা  লিশীং মঙাসি ইমানা হল্লুচো হায়না থিনজরকপনি।

মিলন  গীতা ! নঙগীসি ঐঙোন্দা ওইনবা মাল্লি।

গীতা  ঐনা সারদদি করি ইতীক লৈদুনা ওইনদৌরিবা ?

মিলন  নশক নতৌদুনা ওইতারেদনা নঙনা ঐবু পূমশুম শুমহৎলেদনা।

গীতা  সারগী ফাগীসি ঐদি নোক্লীংদেবো।

মিলন  সিবু ফাগী ওইরদি ঐদি মাঙজরেদনা।

গীতা  ওফিসসি লৈকোলমক্তি নত্তেকো সার।

মিলন  কৈদৌরে হৌগৎলদি?

গীতা  ঐ থোকচখ্রগে সার।

মিলন  মদুমকশু হায়মল্লিদা। অমুক্তা ফমথবিখো।

গীতা  ঐ শেল অসিগীদমক লাকচবনি।

মিলন  ঐ খঙই। শেনফম অসি ঐনা হাপখিবগী মরম য়াম্মি। অদুবু য়াম্না মরু ওইবা ব্রাফম অমদি গীতানা খঙফম থোকপনি। নঙগী নাদু ইহাঙ হাঙই য়েংবা নুংঙাইতেদা।

গীতা  সারগী ব্রাখলসে ঐদি য়াম্না ঙক্লা থোকই।

মিলন  ঙক্তবসু য়াইদা। নঙগী নিংথীবী মায়থোঙদা মীৎকী পি তাবা উহনখ্রগা ঐনা নঙগী কাউঙমদনা ব্রাখল খল্লকপসি ঙক্লীংঙাই ওইব্রনে ?

গীতা  ঐগীদমক করি খনবিরিবা সার ?

মিলন  গীতা। নঙ নুংশিবা হায়বদু করিগুম্বা কান্দা মশক খঙব্রবরা ?

গীতা  ঐদি খঙজদ্রি। সারদি মশীং নাইদনা খঙবিরমগদবা মাল্লে। ঐ থোকচখিবা য়ারেকো সার ?

[redacted]

মিলন — সে চেসিদা নঙগী এড্রেস ইরম্মু। দাইরিসিদা ওইরসু য়াইনে। নঙগী থবক অমত্তং য়েংবীগে তৌবনিদা। লৈফম খঙববু করি কায়গেনে ? য়াইদা চিংনরগা হেক তোকও।

গীতা — ঐ চিংনবা লৈজদেদা সার। সিদা ইরম্মগে।

মিলন — শেলসি পুখ্রো কৈদৌগেনে? নঙ অফবা ব্রাখল অমত্তা খল্লমালেদা ?

গীতা — ঐগী এড্রেস সিদা লৈরে সার। শেনফমসিদি ইমানা নুংঙাইররোইদা। অদুবু সারনা য়াদ্রবনিনা ঐগী সনা শাদোকপা তারেদনা।

মিলন — ভেরী গুড। ঐ নোংমা চখোরক্কে। ইমাগা ব্রারী শানীংবসু লৈ।

গীতা — ঐ অমুক চৎচরে সার।

মিলন — নঙগী এড্রেস খঙবা য়াম্না নুংঙাইরে গীতা। ফরে ঙসিগীদি সুম কায়নরসি।

গীতা — (মপানলোমদা থোরকই) অস ! তামো রোমেশ নৎত্রা! মানিনে চৈরকতৌ মানখ্রেদা।

রোমেশ — নঙ সিদা অমুক্তা লাকখো। গীতা, নঙবুনে ঐনা হায়রিসে। ঐনা সিদা লাকউ হায়রগা করিগীনো য়াম্না নীংজিং-মাংজিং খোঙ থাংইদি? ঐগী ওফিস কাসিদা ব্রারী অমত্তা শাসি। চঙঙকও!

গীতা — করি ব্রারীনো তামো রোমেশ ?

রোমেশ — হান্না অমুক্তা ফমখোনে। করি হায়রক্তৌ মাল্লি অদুম খঙঙম্মল্লি। নত্তে করিগীনো নঙনা ওফিসার মিলনগীদা তোয়না চঙইসিবো ?

গীতা — মিলনসু মীনি চঙবা য়াদ্রবা হায়রিসিবো ?

রোমেশ — পাউখুমদুদি ঐ পেন্দেবো।

গীতা — তামোগী ব্রাহংদুসু ঐ পেন্দেদা।

রোমেশ — ব্রাহংসি হংলক্কনি নঙ নশানা হান্না খঙদ্রো ?

গীতা — তামো রোমেশনা সুক য়াম্না চিংনবিরিসি করিগীনো ?

রোমেশ — নঙ মিলন হায়সি করম্না মীতানো মশক খঙলব্রো ?

গীতা — তামোগা য়ান্নদবা মীশক খুদিংমক ফৎত্রবা জাৎলা ?

রোমেশ — ও! নঙগীসিদি ঐঙোন্দা শিংনবৈ ব্রানিদনা।

গীতা — শিংনবৈ ব্রা নত্তেদা তামো। ঐনা হন্দক মরক ওফিসতা তোয়না লাকপসিদা তামোনা য়াম্না লান্না খনবিরমাল্লে। অদুবু তামো ঐ মরম লৈনা লাকখিবা ঙাক্তনি।

রোমেশ — করি মরম লৈরিবা ? নঙ মরমদুবু ঐঙোন্দা হায়রব্রো ?

গীতা — ঐখোয় তামোনা ওফিস কারিসি কাফমদি থোক্তবা নৎত্রা ?

রোমেশ — কাফম থোক্তবা হায়দি ...

গীতা — তামো থবক খল্লক্তে ঐ খঙই। ইমানা তামোবু নীংবা কায়খিগদ্রা খনবদগী

খল্লকএ হায়জিনবা নৎত্রনে ?

রোমেশ ওঃ! মদূ ইমানা নঙোন্দা হায়দোকপ্রা ?

গীতা হায়দোকই, মদুগী মরীদনি ঐনা লাকচরিসে।

রোমেশ মদূগী মতাংদদি ঐনা ফনবা মনুংদা য়াম্না কন্না হোৎনরি। নঙবু ৱারী শাবিয়ু হায়দে।

গীতা ৱারী শাবগীদি কৈগু কায়দেদা তামো।

রোমেশ ঐনা কায় হায়রিসিনি। নঙগী তামো থবক মায়থীপ্রিসে মসিগীসিননে।

গীতা মদূনা হৌগ্রেদনা। হৌজিক হৌজিক্কীসু খন্নবা তাবনি।

রোমেশ নঙসি শিংখিদ্রেদা গীতা। খজিক্তা হায়নরগা খঙনসিবা ।

গীতা তামোসু য়াম্না হেনজিন্না হায়বিদা।

রোমেশ ঐবো !

গীতা তামো রোমেশ, ফত্তবা মীসে ফৎত্রে হায়দুনা হুন্দোক্লুনা থম্বগী মহুত্তা অফবা অমা ওইরক্লবগী তাঞ্জা অমা লৌফম থোক্লনে ?

রোমেশ (শাউগৎলকই) নঙ মতুংদসু মাগা ৱারী শাখিনি হায়রিব্রো ?

গীতা মদূদি ঐনা লেপচবা তাবনি।

রোমেশ ঐনা হায়রিসি নঙ তাদেনে। নঙ মতুংদসু ৱারী শাগে খল্লি হায়বা ?

গীতা তঙাই ফদবা লৈরদি শাবা তাবনি।

রোমেশ ঐ খঙঙে তঙাই ফদবা লৈরে শারো য়ারে।

গীতা তামোনা চিংনরিদুদি নত্তেকো।

রোমেশ করিগী ওইরোইদৌরিবা? মানা নঙোন্দা নুংশি হায়রক্রো? মতেং পাংনীংই হায়রকইনি। তকশিল্লক্রো, লৈফম হংলক্রো ?

গীতা ঐ অমুক চৎলগে তামো।

রোমেশ ঐনা হংইসি অমুক্তা খুল্লমখোনে।

গীতা তামোনা অতৈদা চিংনবগুম; ঐনা সিদা ফম্বসি অতৈনা চিংনরম্বা য়াই।

রোমেশ নঙ ৱা ঙাঙবা য়াম্না হৈরে। নঙ হৈবদুদা হেনবা অমা য়াওদৌরী। নখোয় তামো লাকএ। ঐ লোইনা রিপোর্ট তৌনি।

গীতা তামোদদি ৱারী শাবিরুখিনু।

রোমেশ লাকএ তুঃ হৌজিকমক লোইনা তমদৌরিনি খঙঙব্রা ?

গীতা তামো রোমেশ, মদুদি ঙাকপিয়ু ।

রোমেশ নঙ হৌজিক্তা থৌনা য়াম ফদাইনে ?

গীতা ইমাগী থৌশিলসি তামোনা খঙব্রদি য়াম্না নুংঙাইরোইয়ে।

রোমেশ নঙ য়াম্না তৌঙম্বী ওইদৌরি।

চাউথোই গুড মোর্নিং, গুড মোর্নিং।

রোমেশ গুড মোর্নিং, লেঙশিনবীরকউ।

চাউথোই গীতা নঙনা কদায় চৎলুরিবা ?

গীতা ঐ সিদা সুম লাকচরম্বনি তামো।

রোমেশ অমুক্তা হান্না ফমথবিখো। ব্লারী অমা শাদবা য়াদ্রে।

গীতা তামোনা পায়বিরিদু ববানা ইরন্বা লাইরিক্তুরা ?

চাউথোই মানে। ঐদি মসিগা অদুম লোয়নরগা চৎলবনি।

গীতা ঐ অমুক্তা য়েংজগে। ঐ য়ুমদা সুম পাজরমগেনা ?

চাউথোই নঙনা পাহন্নীংবা মতাংবুদি য়াম্না য়াওই। অদো কোন্না পারোদা।

গীতা য়ুমদা থবকসু লৈহৌদে। ঐ পুজরম্মগে তামো।

রোমেশ চৎলগে হায়রিরো গীতা ?

গীতা চৎখ্রগে তামো। ইমাসু থবক চখোক্কনি হায়হৌই। ঐনা অমুক য়ুম শঙঙুদোইনি।

চাউথোই নঙনা পাবা হৌদোইসে লামায় তরাহুমদোইশুবদগীনি।

গীতা তরাহুমদোইশুবা লামায় ?

চাউথোই অং ! অমুক্তা হাংদোকউনে পরেং খরা পারকউ।

গীতা সিদা লৈরে পারক্কে তাম্মো।

ষ্টথাঞ্জেল *ঐগী ইচাশিংদা, মরুওইনা ইচানুপীদা ববানা হায়নীংইঃ ব্রাখলনা লমজিংবা পুন্সি লম্বী খরা লৈ/খরদি তপ্পা তপ্পা চঙলগা তহা তহা থোরকউ/য়াম্না থুনা চঙসিল্লগা তপ্পা থোরক্কদবা খরসু লৈ/মসিগীসু মথক্তা থুনা চঙশিল্লগা থুনা অমুক থোরক্কদবা, তপ্পা চঙসিল্লগা তপ্পা অমুক থোরক্কদবা লম্বী কয়া অমসু লৈতবা নত্তে/অদুবু পূম্নমক অসিগী মথক্তা শুকচঙ চঙশিল্লোইদবা লম্বী অমসু লৈরি/মসিদি য়াম্না চেকশিন্না নাহ্নোকহৌদ্রগদি চঙশিল্লুরগা অমুক হন্না থোবকপা ঙম্লোই/লম্বী অদুদি ঃ নীংবা কায়বা নৎত্রগা লায়না তিন্না কয়া পকলকপা য়াবা . . .*

*অরোইবগী যন্ত্র ঈশৈ*

# তরুকশুবা তাঙ্কক

*অহৌবগী যন্ত্র ঈশৈ*

মিলন — চঙলকও। (ফিংনা) রোমেশ নঙ অমুক্তা ঙাইখো। সিদা লাকখো হায়বনে।

রোমেশ — করিনো সার ?

মিলন — অমুক্তা ফমখো ৱারী শাসি।

রোমেশ — হায়বিরো, ঐ থবক য়াম্না চিল্লিয়ে।

মিলন — নঙনা হৌজিক তৌরিদু কৈনো ?

রোমেশ — ঐবু কৈদৌথ্রগে ?

মিলন — নঙনা ঐগী থোঙগী পার্দা ফৎ হায়দোক্লগা য়েংঙম্মীদু কনানো ?

রোমেশ — সার লাকঅবরা য়েংজবনি কৈদৌরগে ?

মিলন — ঐ য়েংঙগা ৱা অমফাও হায়রমদ্রিদি করিগী ?

রোমেশ — ৱা হায়বগী নত্তে। চুম্না লাকঅব্রা য়েংজবনি হায়বা।

মিলন — অদুগুম্বা লোনচৎতু ঐ পামদেকো।

রোমেশ — সারবু য়েংবা য়াদব্রা হায়রিসিবু ?

মিলন — খুয়েংদুগী ৱানি। মদু মী য়াম্না উশিত্তবগী খুয়েংনি খঙঙব্রা ?

রোমেশ — সারগীদুদি উশিৎপৈ ৱাঙাঙ নৎত্রেদা।

মিলন — নঙবুদি ঐনা কৈদৌবৈ উশিত্তোইবা ?

রোমেশ — অদুনবু ঐনা হায়জরিশিগা চপ মান্নদ্রো ?

মিলন — নঙ হীরম খুদিংমক্তা ঐগা শীংনরে রোমেশ।

রোমেশ — মদূমা ঐনা খঙদ্রিবা ৱানি সার।

মিলন — কৈদৌবৈ খঙদ্রিবা ! নঙনা হৌজিক য়েংঙম্মীদু ঐ নত্তে, ঐগা কন্নাগা ৱারী শারিগে হায়না য়েংঙম্বনি, ঐ খঙইনে।

রোমেশ কনানো কনাগা হায়দি ?

মিলন কনাগা হায়দি কনাগা ওইরুনি, গীতাগনিদনা।

রোমেশ সারগীসিদি ঐনা খঙদ্রিবা ৱারী অমা তমগে তাও হায়বনিদনা।

মিলন লৈথোক্লবা হোৎননু। ঐনা গীতাবু নুংশিবসিদা নঙনা সুক য়াম্না খোয়দৌ থিৎলিসি কৈদৌবেনো রোমেশ ?

রোমেশ ও! সারনা গীতাবু নুংশিবোইরে।

মিলন য়াম্না করেম্নরক্কনু, ঐনা হংঙিসে খুমউ রোমেশ।

রোমেশ ঐবু খুমজৌ হায়রগদি গীতাগী ৱাখল থাদোকপিয়ু সার।

মিলন এহ! অদুবু নঙগী নথৌরো?

রোমেশ সারনা অউবা খুদিংগী কাইহৌরিবসি করিগীনো?

মিলন অদু নঙগী নথৌ নত্তে হায়ৱানি।

রোমেশ সারনা য়ূম পানবিরিসি কয়ারক্তি শুরে?

মিলন নঙবু ঐ নৈনবিয়ু হায়বরো?

রোমেশ তঙাই ফদ্রদি নৈনবা তাবনি। মসি তঙাইফদবা ওইরকঅবনি সার।

মিলন রোমেশ নঙসি য়াম্না নুংঙাইরোইদৌরিবো।

রোমেশ সারবু মতম অমগী য়েক্তুমগী নিশাদু থাদোকপিশ্লরো ?

মিলন মদূদগী হেঞ্জিলকঅদি নঙ য়াম্না নাতৈ চাররোয় রোমেশ।

রোমেশ সিদগী হেঞ্জিন্দনবা হোৎনবিয়ু। য়াম্না হায়নীংঙাই লৈরিনে সার।

মমা ইচাশা ইমা অমুক্তা চঙঙক্কেকো।

মিলন য়ানি চঙবিরকউ ইমা। রোমেশ নঙ থোকখিবা য়ারনি।

রোমেশ ঙাইহাক্তং সু ম ফম্বীয়ু ইমা।

মমা হৈমা নঙ থোকঅব্রো?

রোমেশ ঐগী কাদা ফমজরমগে। ৱারী লৈরগা হোরেন ঙাইহাক্তং হেক চঙবিরকউ।

মমা ও থোকঅম্মো থোকঅম্মো (রোমেশ থোকখি)।

মিলন কদায় য়ৌবিরুরগে ইমা ?

মমা শ্রী শ্রী গোবিন্দা খুরুম্বনি। সে সে অঙাঙবা থরোসিনা ইচাগী ওইরো।

মিলন অস। সিদি ফজখ্রেদা ইমা।

মমা নহান ইবুংঙোগী লিশীং মঙা থিল্লম্বদু ফংঙেকো।

মিলন লিশীং মঙা হায়দি...

মমা ইচানুপী গীতা সিদা লাকঅমদ্রনে ?

মিলন ও ও লাকঅম্মী ইমা। লুপা লিশীং মঙাদুদি ঐনা মাগী ওইজরো হায়দুনা পীথোকখ্রবনি।

মমা করিনোনে হায়রিসিবো ?

মিলন মানবু তমদ্রনে ইমা ?

মমা ঐঙোন্দদি তমদ্রিনা।

মিলন মাগী মনাদু ইহাং হাংবদুদা নুংঙাইতদনা সনা মচেৎ অমা শাঞ্জৌ হায়না পীখ্রবনি।

মমা কয়াম কুইনগী ওইনা থংবীবনো ইবুংঙো? শেন্দোয়না কয়া ওইরিবা নচন্দুদা শিন্নখ্রবরো ?

মিলন শেন্দোয় শেল্লেপ অমত্তা পীরক্কদবা নত্তে ইমা। ঐনা নুংশিজদুনা পীরবনিনে।

মমা অদুক য়াম্বা শেনফমদুবু হৌনদেদা ইবুংঙো। ঐ নচন্দুদগী লৌরগা নোংমা থিল্লক্কে।

মিলন অদুদি হায়বিরুরনুদা ইমা। মাগী ওইজরো হায়দুনা ঐনা শেংনা পীখ্রবনি।

মমা ইবুংঙোনবুদি নুংশি তাকপীরিবা। মদূদি ইমাখোয়না ভাব তাবা ওম্বা ব্রা নৎত্রেদা।

মিলন য়াম্নসু হেঞ্জিন্না খনবিরুনুদা ইমা। ইমাখোয়নসু নচাবু হেক নুংশিবীরগা লোইরদুবু।

মমা নুংশিবা হায়বু হৌজিক লৈনরিসি মঙাই। সিদৈ হেনবা অতোপ্পা অমা অমুক লৈরিব্রনে ইচাশা?

মিলন ঐদি খরা শাংনা হীংমিন্নবা য়াবা মওং অমবু খল্লে। গীতাসি ওফিসকী থবক অমত্তগা হান্না তৌহন্নীংইবা।

মমা ইবুংঙো, ইচা ইবুংঙোনা নুংশিবিবৈ নুংশিবিবা থবক ইনখাঙকাদু অমুক্তা হোৎনবিরুহৈনু। মাগীদি হোৎবিনীংঙাই মবুং অমসু লৈরিদা।

মিলন ইমাগী ব্রাসিবু। ঐ জ্ঞান অমা ইতা তাদ্রেনে।

মমা মসিদি খিত্তং হাযরগা য়াম্না খঙফম থোকইদা ইবুংঙো।

মিলন ও! মখা হায়বিয়ু ইমা।

মমা ইমা থোকখ্রগে থেংঙে। হয়েংমক ইমা শেনফমদু থিল্লক্লবা তৌগে।

মিলম ইমানা অমুক ব্রানা লাক্ক্রগসু -

মমা (মরক থৎনা) ইচানুপীদি সিদা থারকঅরোই ইবুংঙো। ইমা চৎলে (থোকখি)।

মিলন (মথন্তা) করি অহলনোনে (ফোন তৌরকই) হলো, মানি তাকপিয়ু। পূং কয়াদকা য়ৌজরকউগে সার, ফনি ফনি। ঐ শোয়দনা লাকচরগে। ঐ ইশাগী গাড়ী য়াওরি। ফনি ফনি। (ফোন থমই) অদুনদি... মখোয়গী লম্বীরোমদনিসে চৎতোয়সে। তানদুম চারে। য়ূম খঙবা ওইনা মখোয়দা চৎলুগে।

চাউথোই	করিনো ইফিং ফিংনা লাকইদি?

রাধিকা	মরম অনীগীনি ঃ সিগী পরেংসিমতা বেখ্যা তৌবিয়ু।

চাউথোই	কদায়নোনে। (পাদুনা য়েংই) *ফ্রেলটি, দাই নেম ইজ ব্রুমন* অস, থবক চখোকঅমদাইসিদা মঙ্গল ওইদৌ মান্দেদা।

রাধিকা	কৈদৌরগে ?

চাউথোই	হায়রক্কে তারোসে। পরেং অসিগী অর্থদি অশোনবা তয়াং তশোইবা, পূকচেল লেপ্তবা নঙগী নমিংদি কৌরমগেকো নুপী; হায়বদি পূকচেল লেপতবা হায়বা ৱাহৈসে অতোপ্পা ৱাহৈ অমনা মহুৎ শিনবা তারবদি ৱাহৈ অদু নুপী হায়বসিনি। হেমলেটনা মমাগী পূকচেল লেপ্তবা মতৌদুদা মথন্তা শোঞবনি।

রাধিকা	মমাদদি কৈদৌবৈ পেন্দ্রিবা ?

চাউথোই	হেমলেটনা মপা নিংথৌ লৈতবগী পাউ তাবদা ময়ূম কোনুংদা হল্লকপা মতমদদি মখুরানা নিংথৌ ওইরগা মমানা মহারাণী ওইরল্লেদনা। অশেংবা মপুরোইবা কায়নবগা মাগী অনীশুবা লুহোংবগসি ওম্ভোক্লা থুমনঞ্লে। অদুনা হেমলেটনা মাগী মরূপ হোরেসিওদাঃ ববাগী সংস্কার য়াওবা লাকপা ওইরিরোই, ইমাগী লুহোংবা লাকপা নৎত্রনে হংখিদনা? অদুগা মসিমসু হায়খি ঃ ওম্ভোকপনিদা হোরোসিও! শার্দ্ধ কর্ম্মগী তল অদুনা চজিক ওইদ্রিঙে লুহোংবগী তেবলদো লৈতেংখ্রে। নঙ মসিগী অর্থ খঙব্রা ? এঃ কৈদৌরে তুমীন লৈরদি ?

রাধিকা	য়াম্না নুংঙাহতে।

চাউথোই	অং! হেমলেটকী খল্লুবদা ঐখোয়না নুংশিফম থোকই। মরাল লৈত্রবা থম্মোয় অদুদা নুপী হায়বসিমক্তবু থাজরক্তবা হৌখি। কায়নথংদা অমুক ওফেলিয়া থেংনরে ঃ *ফ্রেলটি, দাই নেম ইজ ব্রুমন।*

রাধিকা	করিনো ঐঙোন্দা ওনশিল্লকইসিবো ?

চাউথোই	নঙোন্দা নত্তেহে। সিদি মথায় থায়না মমাঙঙৈগী আ সমুদ্র ৱাংমদা ডেনমার্কী ৱানি। ঐখোয় শ্বায়দা চৎনবা ৱা নত্তে। ঙসিদগীদি তেনশিল্লসিনে।

রাধিকা	য়ারে।

চাউথোই	নঙ লাকপা য়াম ফরে রাধিকা।

রাধিকা	ওফিস চৎতোইরো ওঝা ?

চাউথোই	ঙাইহাক্তং য়ৌরুগে। ইমাসু গোবিন্দা খুরুম্বা চৎখি। ঐখোয় গীতাগা ইমা

হল্লকত্রিফাওদা লৈমিন্নরম্মু। য়াবা নত্রো?

রাধিকা  মাবু কদায় লৈগে?

চাউথোই  মাগী কাদা লৈরমগনি। চংঙো। ঐ চৎলুখিগে।

রাধিকা  ঐনা লাকপগী অতোপ্পা মরমদি হংবিরম্মনু চৎলো য়ারে।

চাউথোই  এহে ঐখোয় অনী ৱারী য়াম্না শাদৌ লৈ। ঙাওশিন্ননু।

রাধিকা  ঙাওশিন্নদৌরি।

চাউথোই  অং ঙাওশিন্নবদগী নঙ থাঙ্গৎশেংনা ঙাওজখিনি। (চৎখি)

রাধিকা  নথৌ লৈতে ঙাওদৌরি। (ঙাইহাক তুমিন লৈ)

গীতা  চঙঙকও।

রাধিকা  নমায়- নমিৎ ইপোম পোন্নীদুবু কপ্পুরিরো ?

গীতা  কপ্তেদা। ববাগী ময়েকশিংসে পারগা অঙাং ওইরিঙৈ থৌদোক অমখক সুম নীংশিংলকই।

রাধিকা  করি থৌদোক্নো ?

গীতা  ববাগী নঙ্গলদা নোংমা থা য়েংখিবগী ৱানিদা ।

রাধিকা  অদুদা কৈদৌরবা?

গীতা  অসিগী মতেকসে অমুক্তা পারকউনে।

রাধিকা  কদায়নো ?

গীতা  তু। সিদগীনা লোইবা ফাওবা ।

রাধিকা  পারক্কেসে।

খোঞ্জেল  *ঙসাইদগী ইচাতোম্বী গীতানা ববাগী নঙ্গলদা থাবল য়েংলম্মী/অর্থ খঙদ্রবা ঈশৈ ঙংলম্মী/ঐগী ইচাতোম্বীবু অর্থ থোক্তনা পংনুং নুঙাইবা/অর্থ থোক্তনা পংৱা মৱাবা/ মপুন্সিদা থোক্লরদ্রা মিপাইদবা ঙমদেদা/ববানা মাগীদমক ঈশৈ শক্লম্মী/খোঞ্জেল অমা তারক্লে- ফজৈ খোঞ্জেলসে/অমুক্না অয়ুক - অদুগা অমুক্না নুমিদাং/অমুকসু মীনোক্লি অদুগা অমুকসু তেংথাখোলনি/মতম অমগী য়েনিংথা অদুগা হৌজিক্না নাকেম্থা/মানি হৌখ্রবা খোল্লাউনি/হৌজিক্না ঈশৈনি/কনানা হরাওরি- মসিসু ঈশৈনি/কনাগী মীকপ্নি- মসিসু নুংওল্লি/লৈচিলদসু ঈশৈনি ঈথক্তসু তাম্থানি/মালংনা তহা তহা, লৈরাংশিংনা নোম নোম/থাবলনা শৈশক্লি ফজৈদা শৈহেকসে/কদায় ইচাতোম্বী তুল্ললেদনা নঙদি...*

রাধিকা  নঙদি মতমদুদা ববাগী ঈশৈদু তানা তানা তুমথোক্লবা ?

গীতা  অদু তারেদনা ।

রাধিকা  নঙ য়াম্না ৱানা উইবো গীতা।

গীতা নঙবু খরা নুঙাইরিব্রো?

রাধিকা ঐগী বা তোকখোনে। নহান ওঝানা চৈ হায়বু করিগীনো?

গীতা কনানা হায়রিবা ?

রাধিকা ঐনা হায়রিসিনিনে ?

গীতা মসিগী বাসি তোকসিসে।

রাধিকা নঙ কৈনো অমা ইতৌ তৌরেকো চেকশিনজৌ।

গীতা নঙদুম চেকশিনজৌ ইবেম্মা।

রাধিকা ঐবুদি কৈদৌরুনি হায়গে ?

গীতা নঙগা ঐগা কনানা হেন্না বাথোক চাউগে হায়দো য়েংনতারেদনা।

রাধিকা ঐগীদি বাথোক লৈরোইয়ে, নথক্তগী য়েংদৌ মঙাইরে।

গীতা মী লক্লজনু চুরুংজনি নঙ।

রাধিকা চুরুংবকা শঙজদ্রে। লৈরম্মো ইবেম্মা ঐ য়ুম চৎলুখিগে।

গীতা অমুক লাকতোই নৎত্রো?

রাধিকা য়ূম শঙমিন্নরম্মু হায়রম্মে ইবেম্মা।

গীতা অদু খরা থুনা লাকও।

রাধিকা ঐখোয়ফাও সুম চৎলুসিদনা।

গীতা ঐ সুম লাইরিকসি পারম্মগেদা।

রাধিকা পারম্মো, ঐ য়ুমদা ঙাওই হায়রমতারে,অমুক্তা চৎলুখিগে।

গীতা অমুক লাক্তৌনিনা থিন্দোকত্রেকো।

রাধিকা নঙ য়াম-হৈরেকো।

*শরক শি, কারগী থৌজিল্লকই*

মিলন করিগুম্বা অমত্তা হংজহৌগে।

রাধিকা হায়বিয়ু।

মিলন গীতাখোয়গী য়ুমসিবু?

রাধিকা মানি থোঙ্গালসিনি।

মিলন মাবু লৈরিদৌরা?

রাধিকা লৈহৌই, করিগী ওইরবনো ?

মিলন আ থোইদোকপা বারী লৈতে। চুম্লতা য়ূম খঙনীঙবা হায়তারে।

রাধিকা য়ুমদি অসিনি।

মিলন সোমনা চাউথোইগী-

রাধিকা (মরক থৎনা) নৎচদে, ওঝা চাউথোইদি লুহোংদ্রিনা।

মিলন ও সোরি, য়ুমসিদগী সুম থোরকপসিদা ঐদি ব্রাখল অমা তৌরুরে।

রাধিকা সোম্বু কনা ওইরবনো ?

মিলন খঙনবা কায়দে। ঐগী মিং মিলন কৌই। চাউথোইখোইগী ওফিসতা লৈবনি। সোমগী মিংনা ?

রাধিকা রাধিকা কৌজে।

মিলন য়ুমদি?

রাধিকা থোঙ্গাল অদুম থংনরে। ঐখোয়গী য়ুম্না তু আদগী অসিনি।

মিলন আদগী ঙাঙলৈনবা বিল্ডিং অসে ?

রাধিকা হোয়।

মিলন ও ! রাধিকাখোয়গীদি ফীভম য়াম্না ফৈনা।

রাধিকা অতৈ করি ?

মিলন মাবু অমুক্তা উননিংবনি অদুবু উনদ্রসু য়ারেদা।

রাধিকা য়ুমদা মথন্তা লৈবনিনা উনবদি নুঙাইরোইদ্রা খল্লিবা। ঐ কৌথোকচরকউরা?

মিলন হং কৌথোকউরনু। শোমগা খঙনবসিনা হেন্না নুঙাইরেদা।

রাধিকা অদুদি লেঙবিরদ্রা ?

মিলন শুব্রাইদা হোতেলকা লৈরদি চা অমমম থকমিন্নবা য়াবনি।

রাধিকা নাতৈ চাবা হোতেল অমত্তা লৈতেদা সার।

মিলন ঐগী এদ্রেজ-কার্ডসি পীরম্মগে।

রাধিকা গীতাদা পীজৌ হায়ব্রা ?

মিলন ঐ হায়জখিদ্রি। ঐদি রাধিকাদা পীজবনি।

রাধিকা থাগৎচরি, অদুদি সুম লৈজহৌরগেনে।

মিলন অদুক থুনা হলহন্নিংইদুবু করিগীনোনে ?

রাধিকা য়ুম হংববু অদুক কুইবরো ?

মিলন মরম লৈরমতারেদনা।

রাধিকা মরম লৈহনগুমসি। ঐসু চঙজখ্রগে।

মিলন রাধিকাগী য়ুমদা চা কপ অমত্তং পীথকপা ঙম্বীরিব্রো?

রাধিকা ঙসিদি কয়া খুদোং চাদৌ মান্দে।

মিলন য়ারে য়ারে। হায়ফেত্তং নোকপিরকপদুনা চাদগী হেন্না পেঞ্জরে।

রাধিকা অদুদি লেঙবিখিবনা নুংঙাইরনি।

মিলন হোয় নুংঙাইনা হঞ্জখ্রগে। সী ইয়ু এগেইন।

*গাড়ী থৌখি*

রাধিকা  মথন্তা। কয়াদা কনগ্রবা মায়নো? য়ুমদগা চংহৈরোইদা ঐ, গীতাদা তন্থু তম্মুখিগে। (ওহাক লেপ্পী) গীতা, নঙবু অমুক তুম্মব্রো ?

গীতা  চঙঙকও।

রাধিকা  চঙঙকওই থোরকও ইবেম্মা।

গীতা  চঙঙকউ কৈদৌরগে ?

রাধিকা  থোরকওম্মি । ঐ য়ুম য়ৌরুদ্রিয়ে।

গীতা  (থোরক্তুনা) কৈদৌরগে ইফিং ফিংইদুবো ?

রাধিকা  ঐগী তুং ইল্লকউ লাউনে।

গীতা  কৈদৌরগেম্মী ?

রাধিকা  আদা থৌগ্রিবা কারসি উব্রা য়েংউ।

গীতা  কনানো অসিবো ?

রাধিকা  খঙদেনে কনা ওইরিদৌনো অসিবো ?

গীতা  মীনা কার থৌজরগা কৈদৌরগে ?

রাধিকা  অসি হুলহনখিনবা হোৎনবদা কয়াম ব্রায়। নখোয় য়ুমসিদি শঙবা য়াম্না ব্রায়। শঙদবসু য়ারোইদৌরিনা।

গীতা  করিনোনে হায়রিসিবো ?

রাধিকা  নঙবু মিলন খঙদ্রো ইবেম্মা ?

গীতা  এ! অসিরো ?

রাধিকা  কার্ডসি য়েংঙুসে।

গীতা  মাদি কদায় চৎলুরিবা ?

রাধিকা  কদায়দা ওইরুনি। তাঞ্জা য়েংবা সিদা লাকইনিদনা।

গীতা  চরদা।

রাধিকা  মতৌদি য়াম্না লৈ, লায়দি লায়রমদৌ মাপ্দেহে। কার উখিদ্রে, করিনো সুম য়েংইসিবো। মানা লাকঅম্মীসিবু করিগীনো?

গীতা  নঙনা ওইনা হংহৌরবা নৎত্রো ?

রাধিকা  এহ!

*অরোইবগী যত্র ঈশৈ*

# ঙ্খ রেৎশুবা তাঙ্কক

*অহৌবগী যন্ত্র ঈশৈ*
*স্কুটর থৌজি ল্লকই*

চাউথোই　এহ রোমেশ, লেঙসিল্লকও লেঙসিল্লকও!

রোমেশ　কা শাদৌরিব্রা করিনো যুম্ফম থোল্লিসিদি ?

চাউথোই　শাগে খল্লস্বনি অমুক তোকএদা। কদোমদৈনো তৌরকইসিবো ? ফমসে।

রোমেশ　ঙসিদি ছুটিনিনে। ইচেখোয়দা চৎলুবনি। ইমাখোয়দি ?

চাউথোই　নুপী ময়ামগী মিটিং লৈমাল্লেনে।

রোমেশ　ও ও। আ স্কুল-লম্পাক্তা ময়াম লৈহৌবদু ওইতাইরে।

চাউথোই　গীতা, চা লোল্লকউ।

গীতা　হোয় তামো।

রোমেশ　অসিবু ৱারী খরা শাদ্রো?

চাউথোই　শাগে খল্লম্মীনি। ইমানসু খরদি ঙাঙঙমাল্লে।

রোমেশ　য়াম্লা নাতৈ চাদবা পাউ অমবু তারীনে।

চাউথোই　করি পাউনো?

বোমেশ　কোন্না হায়গেদা।

চাউথোই　হায়রোই খল্লদি হৌদোরক্কনুবা।

রোমেশ　কোন্না খঙঙক্কনি কৈদৌবগে?

চাউথোই　অদুগুম্বদু ঐ য়াম্লা নুংঙাইতেনে। ঐগী ইতৌসি য়েংবা ঙম্মিব্রা ভায়।

রোমেশ　এনিৱে। ওফিসার মিলনসি খরা চেকশিনসি।

চাউথোই　ৱাফম অমদি অদুম লোৎশিল্লেনে ? ফরে লোৎশিল্লো।

রোমেশ　নঙদি য়াম্লা শাউগল্লি, ঐ চিংনৈনে।

গীতা চা লৈরে তামো।

চাউথোই গীতা, রাধিকাদু লাইরিক পুরগা লাকউ অমুক্তা হায়রুচো।

গীতা হায়রুগে তামো (থোকখি)।

চাউথোই চা পায়সি। ঐ নঙোন্দা য়াম্না সেরিঅজলি হংনীংবা ৱাহং অমা লৈ, রোমেশ।

রোমেশ করি মতাংনোনে ?

চাউথোই ঐগী থবক্কী মতাংদনি।

রোমেশ কৈদৌরগে ?

চাউথোই ইশেং শেংদবা অমা লৈবা সুম মাল্লিবা।

রোমেশ এহ্! ওফিসকী থবক হায়দুদি অদু ঙাক্তনিদা!

চাউথোই পাউখুমদু শম্মল্লিদা।

রোমেশ কোথরকঅনুদা চা হাউনা থকইঙেদা। গীতানা কৌবা চৎখিদুবু কনানো?

চাউথোই সিদা রাধিকা হায়না কোলেজ তম্বী অমথক লৈয়ে। ঙসি ওফিস চত্রিঙৈসিদা মাগী লাইরিক খিত্তা তান্নবীগে তৌবনি।

রোমেশ মশক ফজরমদৌ মাল্লি।

চাউথোই নঙসু পাখৎনি য়েংখোদনা।

রোমেশ হয়েংৱাই ঐখোয় অনী খৎনরকঅদি?

চাউথোই খৎন্নীংদ্রগা য়েংদমক য়েংউ, মীৎচি খৎচিল্লুনু।

রোমেশ হোয়নে। অদু হান্না খঙহৌগে তৌনিদা। কাসি শারিঙৈদা খরা ফজনা শাহৌরসি। ঐসু খরা পাংঙক্কে।

চাউথোই শাররোই রোমেশ। তরঙদনি ঐনা হিংঙিসে। হিংবসি ঐ য়াম্না নীংহন্নরকপগুম্বা অমা তৌরে। ঐ পুঙতন তল্লজাৎনি।

রোমেশ তূমীন লৈরোসে, থোঙ্গাল্লোমদা অঙাংশিং চঙঙকএ। ঐসু ইমাগা ৱারী অমত্তং শানহীবনি। আঃ মীটিং তৌফমদা ওইনা চৎলুরগে।

চাউথোই চৎলগে হায়রিরো ?

রোমেশ অঙাংশিং লাইরিক তৌহৌরো, সুম থোকখ্রগে।

গীতা চৎলদ্রা তামো ?

রোমেশ চাসু থকতোকএ, অমুক য়ৌখ্রগেনে।

চাউথোই তু মতৌ লৈবিসিনা রাধিকা। ঐখোয় লৈকায়দৈনি।

রোমেশ ও ও রাধিকা হায়বা।

চাউথোই সিনা ঐগী মরূপ রোমেশ, ঐখোয় ওফিসারনি।

রাধিকা ও, মিংদি ঐ হান্না তাজখ্রে।

রোমেশ খঙনবা য়াম্না নুংঙাইরে। অদু ফম্বীহৌখো, ঐদি অমুক চৎলগেনে।

রাধিকা ফনি তামো।

চাউথোই  অদুদি ঐ সুম লৈজহৌরে।

ইরামেশ  লৈহৌরো, হয়েং অমুক উন্নসি। (স্কুটর থৌখি)

চাউথোই  ঐখোয় গীতাদি ?

রাধিকা  ইমুংদা লাইব্রেরিক পারুনি হায়না চঙখ্রবনি।

চাউথোই  নঙ লাইব্রেরিক পুরকত্রো ?

রাধিকা  পুরক্তেদা।

চাউথোই  ফম্মু। ঙসি ওফিস ছুটিনি লাইব্রেরিক ঙাইহাক তাকপিগে হায়রগা।

রাধিকা  নহানমখৈ নিংথী নুংঙাইনা তাকউ য়াদবদুদা পুরকত্রবা।

চাউথোই  থাজরক্তবা হায়বসে অচৌব শক্তি অমনি। মসিনা অশেংবা কয়াবু বন্দী ওইহন্দুনা কৈশুমশঙদা থম্মী।

রাধিকা  থাজনীংঙাইবু করি লৈরিগেনে ওঝা ?

চাউথোই  চপ মান্নেয়ে নঙনা ঐবু থাজরক্তে হায়বগী অর্থদি ঐনসু নঙবু থাজরনু হায়বা নৎত্রো?

রাধিকা  অর্থদু অদোমদা শেরান্ননা পুথোকপিনুদা।

চাউথোই  ঐনা নঙোন্দা হায়গে খল্লিবসু মদুমক্কি রাধিকা। ঐবু থাজবা মাঙহনগনু। ঐ থাজববু পাম্মি।

রাধিকা  ওঝানবু থাজবা করি লৈরিবগে?

চাউথোই  ঐদি য়াম্না থাজৈনা। অচুম্বনা জয় ওইগনি হায়বসে ঐগী অচেৎপা থাজজবনি। অচুম্বা, অফবা, ফজবা, নুংশিবা ঃ পরেং অমত্তগী লংলানি। অদুনা ঐদি লৈ কয়ানা লৈশাৎ তম্লকপসে থাজৈ। প্রকৃতিগী অমগা অমগা থানবা য়াদ্রবা খোঙচৎনি। অদুবু শাৎলনি খঙনা পোমশাৎনরিবনা হরাউ মথোই কাবদি খোয়দৌ শিকই, য়ানীংদে।

রাধিকা  ওঝাগী ব্রাখলদসু লৈরাং কয়া শাৎলি হায়বদি ঐসু থাজৈ। অদুবু লৈরাংশিং অদুগী মরক্তগী খতু কাংদনা শাৎপা শিঙ্গারৈগুম্বা অঙৌবা কুন্দোদি য়াওরমগনি থাজদে।

চাউথোই  হোয়। ঐগীনা চিতাথক্কী লৈরাং ঙাক্তনি। নঙগীনা কুন্দোখক্তগী ব্রাখল লৈকোলনি। নঙগা ঐগা মিৎয়েং তিন্নদে, মোংফমসু তিন্ননি থাজদে। মসিমদি নঙসু থাজরমগনি, নৎত্রা ?

রাধিকা  লাইব্রেরিক তাক্কে হায়দায় ?

চাউথোই  হায়বনি। নহানমখৈদি তাকপিয়ু হায়রম্বনি। হৌজিক্তি তাকচগে হায়দৌদা ঙাইসল্লক্লমলে। মদুসু য়াবিবা য়াবিদবা মফম খঙবা নৎত্রেদা।

রাধিকা  ওঝানা হায়রিসিবু করিনো?

চাউথোই ঐগী লাইবকসে থীদ্রা রাধিকা ?

রাধিকা ঐনা ননাকসিদা ফন্বগীরো?

চাউথোই ঐ নুংঙাইতনবা ব্রা ঙাক্তা।

রাধিকা ঐবুদি নুংঙাইহল্লেনে।

চাউথোই এহ্ ! নঙবুদি কৈদৌবৈ ব্রাদোইবা ?

রাধিকা (কল্লপ) ঐবুদি কৈদৌবৈ ব্রাদোইবা ? ওঝানা ঐবু ব্রাখল য়াম্না নুংঙাইনা থম্বীরে। ইশাগী ফীরেপ অমত্তসু ব্রাখলনা লাম্বা ফংহন্দবা। পৃক্লীংসিবু লক্লরিবরা, লাক্লরিবরা, কাইহৌরীবরা, কায়হৌরীবরা ঃ ব্রাখল কয়াসিনা অহীং কয়া তুমহন্দে, চমম্নহল্লি, পল্লেপফম খঙহন্দে।

চাউথোই রা. ধি... !

রাধিকা হৌজিকসু খঙহৈরোই ঃ লম্বী অমত্তা উৎপিদ্রি। তায়ওন্নবা লাক্লগনা নিন্দা তৌফম শোয়দনা ওইগনি। ব্রাখল থেনবীনি লক্লবীনি। পুকচেল লেপ্তবীনি শন্দোকপীগনি নৎত্রা?

চাউথোই থোঙ্গাললোমদা ইমা চঙঙকএ, তুমীন লৈরো।

রাধিকা চৎলগে।

চাউথোই ঙাইখোদনা।

রাধিকা চৎলগেদা!

মামা রাধিকা। নুপী ময়ামগী ঈহৌসিদি নখোয়দি পাউ ফংদব্রা ইবেন্মা ?

রাধিকা ফংজে ইমাবোক। নুংথিল ওইনা থোকঅগে তৌবা।

চাউথোই হৌজিক্তি মাগী লাইরিক অমখক তান্নবিবনি ইমা।

মমা ও নচানিপানা লাইরিক কন্না তাকহৌরি হায়না ময়াম্না ঙাঙনৈ তানীংদেয়ে। ময়াম্নগা খরা ঙাঙনজনীংবনে, ঐদি খৎনরমবনি। সখিখোয়দু মচিন য়াম্না বেং বেং ঙাঙইনে।

চাউথোই চৎলগে হায়রিরো নঙবো?

রাধিকা চৎলদদি (থোকখি)।

মমা নুংথিলদি খরা থোরকউ ইচাশা। কদায়, গীতানা কদায় চৎপ্রে?

চাউথোই ইমুংদা লাইরিক পারিমাল্লে ইমা।

মমা (কৌই) গীতা।

গীতা (ইমুংদগী) করি হায়গে ইমা?

মমা থোরকউ ইমা ব্রা হায়গে।

গীতা (থোরক্তুনা) অমুকশু চৎলুখিদোইরা ইমা?

মমা মিটিংসু লোইহৌদ্রিয়ে। ইমাদি ননে তম্ফানা মখোয়দা চাক চাসি হায়হৌরে, ইমাগী চাক হাপ্পুরনু। নবুংগী মফি মরোলদু মোৎপরা খরা শুদোকউনে।

গীতা — হোয় হোয় ইমা।

মমা — ইমা অমুক্তা থোকউখিগে চাউথোই।

চাউথোই — থোকপিরুরো ইমা।

গীতা — তামোগী ফি শুদৌ লৈব্রো?

চাউথোই — হয়েং হংচিংকুম্বা শুরশিদা। ববাগী লাইরিক্কু পাবা লোইরব্রা?

গীতা — লোইদৌরে তামো। লামায় তরেৎ-নিপালদা ঙায়রে।

চাউথোই — পীরকউ কদায়। ফম্মু। মতাং অমখক পারক্কে তাওকো।

গীতা — পাবীরকউ তামো।

খোঞ্জেল — *ইচাশা! পুন্সিগী অচিকপা মীকুপ কয়াদা/পোক্লক্কনি ব্রাখল কয়া থম্মোয়নুংদা/লম্ফাংনগনবা থম্মোয়গী ব্রাখল খুদিং/পুল্লীংনা বিচার তৌ/চুমথোক্লবা হোৎনৌ, কয়ারক হন্না, অখাঙ কন্না/অসিগুম্বা ব্রাখলসি হন্না হন্না লাক্কনি/মথোৎ-কারকপা যৌবনগী মতমদনা/লাক্কনি শকওং কয়া থোক্লো-নোংলৈ-নুংশিৎকুম/ঈথক-ঈপোমগুম, অখাক অরাউগুম/খুদুম চন্নবা হোৎনৌ ইন্দ্রিয়বু/থম্মোয়গী থৌনা, পৃক্লিংগী পাঙ্গল/মীৎয়েংগী শক্তি খক কাউথোক্কনু/ঙমদ্রগদি পুবা-থাংবা নথন্তগী ব্রাখলদা/হায়দোকউ অরাবদু অতোপ্পদা/লোৎশিনগনু, খন্নৌ, তানৌ, নৈনৌ/অরুবদু লায়থোকহল্লু/অবাযবদু লুহনগনু/ফম্মিন্নৌ-নৈনৌঃ পুন্নমক লায়থোকহল্লু...*

চাউথোই — ফজদ্রা, নুংশিদ্রা, ববাগী পাউতাকসে। মচা ওইবা নঙ-ঐবু নাউকোল্লু তন্নমদনা লাইবক থীব্রগসু। নঙ-ঐগীদমক্ত ইদুনা থম্বীরম্বা ব্রাহৈশিং অসিনা খোঙথাং খুদিং শেন্নবীরি। ববাদো নঙ-ঐগী নাক্তগী থাপ্লা খক চথোকখিবা লৈতেনে।

গীতা — ঐসু অদুমক খঞ্জে তমো।

চাউথোই — অদুবু নঙদি ববাগী ব্রাহৈশিংসি তাদবগুম তৌই গীতা!

গীতা — তামোনা ঐবু লান্না খনবীবে!

চাউথোই — (শাউনা) ঐ লোইনা তাবে গীতা। নঙনা ওফিসার মিলনগী কাদা তোয়না চঙবা; ওফিসারদুনা ঐখোযগী থোঙ্গাল ফাওবদা লাক্লম্বগী অর্থ করিনো?

গীতা — মদৃদি তামো-

চাউথোই — (মরক থৎনা) ঐগী চীন্থক্তা খুমগনু চীন্থীবী! ঐ নঙবু কয়াম পেন্দে খঙব্রা? ঐনা নঙবু ইচিলসিনা চৈনীংদদনা রোমেশতা কয়ারক হন্না হায়হল্লবা নৎত্রা?

গীতা — তামো। নচন্দি ইচুম চুম্না অদুম লান্না উবীরনি। অদুবু...

চাউথোই — (মরক থৎনা) ঐ নঙগী ব্রা তাবা পামদে। মিলননা নঙগী ব্রাখল খল্লি হায়বসিমদি শেংলবা নৎত্রো? নঙবু হৌজিকফাও খঙদ্রিব্রো?

গীতা  মীনা নুংশিরকপগীদমক ঐবু হাৎলগে হায়রিরো তামো?

চাউথোই  ও, নঙসু খঙদি খঙইদনা। অসিগুম্বা ৱারীসে শাংনা শাবা হৌনদে। ইবুংনা পাউতাক য়াম্না পীবগীসু থোইদোক্তে। নঙ অঙাং নৎত্রবনি। ইমা লৈরী। নঙ ঐগী মাংদা ববাগী পাউতাকসু তাদুনা লৈরেদনা। অসিগুম্বা পাউসে মতুং তাহনগনু। সে, লাইহিরিকসি পার্দৌরিব্রা? ইয়ুং চঙশ্রো য়ারে।

গীতা  (তপ্না) ঐ চাক থোংঙুরগে তামো (চঙখি)।

চাউথোই  ঐগীদি হাপ্পু হাপ্পুরনুদা। (মথন্তা) কনানোনে ঐখোয়গী থোঙ্গাল্লোমদা! (কারগী খোঞ্জেল তারকই) মিলনগী কার মানখ্রেদা ! এহ্, খামখ্রেনেহে ! অং ওফিসার মিলন শোয়দ্রে। ঐ হেক্তা থোকপনা ফরব্রা? অং ঐখোয় শীংজঙদু কদায় চৎখ্রে! সিদা লৈরেনে। করিনো মীৎসি চোংখ্রেদা। হুং থোকঅবা অমা লাকঅনি -

মিলন  (মথন্তা) এহ্! চাউথোইনিনে! শাউনা থোরকপা মাল্লিদা !

চাউথোই  য়াম্না মোন্দা নুংঙাইনা লাকপিরি সার। গাড়ীদগী থোকপিরকও মপান্দা ৱারী শাসি।

মিলন  করিগী শীংজঙনো, শীং খায়রম্মীরো?

চাউথোই  অমুক হংদসু থোরকও ৱারী শাসে। ঐ তাঞ্জাসি ঙাইরকপা কুইরবনি। য়াম্না থুনা অমুক্তা থোকপিরকউ।

মিলন  চাউথোই।

চাউথোই  ঐ নশক চপ চানা খঙবা মীনি মিলন। নঙগুম্বা শেঞ্জাবা শেঞ্জাও পায়বা খরনা নৎত্রো লৈবাক মাঙহল্লিবসিবো? মীনা থবক মচা অমত্তং ফংজনবা কোয়চেল চেল্লি। তলব চাউনা চারিবা ওফিসার নঙগী তলবতুনা পেন্দে। লৈবাক মাঙহনবা, নঙ সিদনা কৈদৌবা লাকইবা। থোরকউ লাউ ৱা ঙাঙনসিনে।

মিলন  মদূমক্তি খরা হেনমল্লিদা চাউথোই।

চাউথোই  হেনমনবা হেনমন্দবা নঙ থোরকউ হায়বনে। নঙ নহানসু তাঞ্জা য়েংলগা লাকঅম্মী হায়। ঙসিদি নঙ হিংনি খল্লিব্রো? নঙবূ থোরকও হায়বনে য়ু ৱদি রবিশ! (কারদা খোঙনা কাওই)

মিলন  অস চাউথোই নঙ হেনমল্লিকো।

চাউথোই  কারসি শীংজঙসিনা য়াম্বুৎলগে। নঙ থোরকউ য়াদ্রেনেকো। য়াদ্রগদি (কারগী মীংশেল থুগায়) থোরকউ, থোরকও-

মিলন  অস ! ঐ ৱা হায়গে ঙাইখো চাউথোই।

চাউথোই  করি ৱা। করি ৱা ! (থুগায়) মসি মতুপ তরেৎ থোক্লা ককথৎকে!

রাধিকা  (চেনশিল্লকই) করিনো তৌরিদুবো, ওঝা অমুক্তা ঙাইবিখো।

চাউথোই মসি লৈব্যাক মাঙহনবা ভূতনি রাধিকা।

রাধিকা শীংজঙদু অমুক্তা থাদোকপিয়ু। সে ঐঙোন্দা অমুক্তা পীবিয়ু ওঝা।

চাউথোই ঐবু খামদবা ফৈ রাধিকা।

রাধিকা কদায় চৎপীরুবনো তৌরিসিবো?

মিলন ঐ ব্রা হায়গে চাউথোই।

চাউথোই ঐ নঙগী ব্রা তারোয়। নথব্রায় মাঙড্রিগৈঙে হনখ্রো সাহেব।

রাধিকা করিনো অমুক্তদি তাখিসিদনা।

চাউথোই রাধিকা নঙ অহে অপা য়াম্না শাখ্রেদা !

মিলন মিলন নচন্নুপীনা ঐঙোন্দগী লুপা লিশীং মঙাখক পৃখিবনি। ঐ মদু লৌবা লাকপনি।

চাউথোই করি ! ঐখোয়গী গীতানা?

মিলন নঙনা ওফিস কারকইদুসু নঙদি থবক খনবদা য়াওদবনি।

চাউথোই ঐবো?

মিলন নঙগী শাশিন্নবা তলব লুপা লিশীং তরাদুদা ঐগী অশেংবা লুপা লিশীং মঙা য়াওখিবনি। অদুনি ঐনা লৌবা লাকইসে।

চাউথোই অমুক্তা ভাইবিখো সার।

মিলন ভাইবরোই ঙসিগীদি চৎলগে।

রাধিকা ঐখোয়দা চা অমত্তং থকউখিনি কৈনো।

মিলন হা ! হৌজিকপু চা থকউখিদ্রনে?

রাধিকা চা অহাওবা অমত্তং ইখুৎনা লাঞ্জখিগে।

চাউথোই রাধিকা !

মিলন লাকওনে অদুগা কারদা তোংখৎলকও।

রাধিকা (ফক্সী) য়ারে। ঐখোয় থোঙ্গাল খঙইকো তামো?

মিলন য়ূমসু খঙইদা (কার থৌখিবগী ঈফেক্ট)।

চাউথোই (মথন্তা) রাধিকা ! (য়ুমলোমদা চঙশিল্লকই) গীতা, গীতা।

গীতা (ইমূংদগী) করি হায়গে তামো?

চাউথোই নঙ অমুক্তা সিদা থোরকখো। থোরকঅব্রো?

গীতা (থোরক্তুনা) কৈদৌরগে তামো? শীংজঙদুনা করিগীনো?

চাউথোই (শীংজঙ থাদৈ) গীতা।

গীতা করিনো ঐঙোন্দা শঙত্রিক য়েংইসিবো তামো?

চাউথোই নঙগী নাপ্পগী সনাগী নাইলদুদি কনানা শাবী?

গীতা তামোগী অহানবা তলবতুনা শাবনে, ফজদ্রবো?

[redacted]

চাউথোই  ফজৈদা। ঐগী অহানবা তলবতুনা !

গীতা  ঐ কৌরিবু করিগীনো তামো ?

চাউথোই  শীংজঙসি থমজিল্লু। ঐ থোঙ্গালগী পার্কতা ঙহাক্তা ফম্মুখিগে।

গীতা  হৌজিকপু পার্কতা ফম্মুখিদ্রনে তামো? চাক লোইরে।

চাউথোই  ঐ ঙসিদি চাক চাররোই। কনাগুম্বা অমত্তা লাকপ্রা য়েংউখিগে।

*অরোইবা যন্ত্র ঈশৈ*

# নিপালশুবা তাঙ্কক

*অহৌবগী যন্ত্র ঈশৈ*

চাউথোই — থৌরাং লোইশিল্লু গীতা। ঙসি ইবুংগা ওফিস চৎকদবনি।

মমা — নঙবু ওফিসতা নিংঙাই-শঙদনব্রনে চাউথোই?

চাউথোই — মপুঙ্গিদা অশেংবা অমত্তা ঙাঙঙক্রুবা ওফিসার অমনা অশেংবা পাউ অমখক ঐঙোন্দা পীবিরম্মী ইমা। ঐ ঙসিদি য়াম্না নুংঙাইরে।

মমা — কনানা করি পাউ পীরম্লিবা ?

চাউথোই — কোন্না তমজগে ইমা। ঙসিদংদি ওফিস চৎলুখিগে।

মমা — (চিংনানা) করিনোনে হায়রিসিবো ?

চাউথোই — লোইদ্রিবরা গীতা ?

গীতা — লোইরে তামো, চৎলসি।

চাউথোই — চৎচরুখিগে ইমা, ঐখোয় ঙন্না হল্লক্কনি।

মমা — ইচাশিং মঙ্গল ওইরকউ। চৎলুরো চৎলুরো।

গীতা — রিক্সোদা চৎসিরা তামো, আদা অহাংবা অমা লাকএ।

চাউথোই — য়াইনে য়াইনে।

গীতা — শোমদা লাকপিরো রিক্সো। আ কংলা পার্কলোমদা চৎসি।

চাউথোই — তোংঙসিরা ?

গীতা — য়ারে তামো, (রিক্সো হোরোন খোংই)।

চাউথোই — ঙসি ঙরাংসি নচে রাধিকা ঐখোয়রোমদা লাকঅমদেকো।

গীতা — লাকঅমদে; চৈবিখ্রবো ?

**চাউথোই** চৈদেদা।

**গীতা** অয়ূক ঙস্তাদি কি নাম্না শেৎলগা কদায়দনোমা চৎখিবনি।

**চাউথোই** চৎসনুদা। ঐ ব্রা অমা হায়গে গীতা।

**গীতা** করিনো ?

**চাউথোই** ওফিসার মিলনগী শেনফমদো নঙনা ঙসি পীরমগদবনি।

**গীতা** শেনফম হায়ববদি ...

**চাউথোই** ঐগী শেমজিন শাজিনবা তলবতা হাপলকপা মাগী লুপা লিশীং মঙাদো।

**গীতা** (ঙক্লা) তামো।

**চাউথোই** নবুং থব্রায় নুংঙাইরম্মোই খনগনু গীতা। ইবুং কৈসু খন্দেদা ।

**গীতা** (কপ্নীংনা) ঐ, ঐ হায়ফম খঙজিল্লক্রে তামো।

**চাউথোই** করিমত্তা খল্লুনু ইচনসিদি। নবুংনা মতীক চাদবগীদি নত্তেদনা, অচুম্বা পান্নুবগীনি। অচুম্বগী চন্নফম পীবিদবা মীশকশিংদো নোংমদি খঙগনিদনা।

**গীতা** তামো (কপ্নি)।

**চাউথোই** কপকনু গীতা। নপিদু তৈথোকউ। নরাল লৈত্রবী নঙগী পিদু ইবুংদা উহনগনুনে। ঐখোয়গীসু মতম লাকখিনিদা। ওফিসার মিলনদু ঐসু ঙসি উন্নগে খল্লিবনি। ঙসিদি মা মঙক য়াম্না হাইগৎলক্তবা ফৈ।

**গীতা** তামো নঙ ঙসিদি শোইদনা মী খৎনরুরনি।

**চাউথোই** অং। মখোয়সু খরদি হেনমনবনি।

**গীতা** ববাগী ব্রাহে পরেং খরদং পাজরক্কে তামো। পূক্লীং অমুক্তা ফাথবীয়ু।

**চাউথোই** অং নঙনা পানীংবদো পারকউ।

**ইথাঙ্গেল** *ইচাশা! খরনা ঙাকপিয়ু খরনা কাউথোকউ/লমন শিংনৌ লমন খুম্নগনু/অতোপ্পনা তিংখং লংশিল্লম্বা লক্ষীদো/নঙনদি তরু তশেংনা শেংদোকউ/লক্ষী মপান্দ চন্দন পাক্ষী থাজিল্লু/মীনা তিংখং লংশিল্লম্মী হায়না নঙনসু তিংখং হুনজিল্লগদি/তিংখংগী তিংখং ঙহাক্তা ঙায়দুনা/তাইবঙ লক্ষীসে চৎফম লৈররোই...*

**চাউথোই** অচুম্বগী নুমিৎ তাখিদনবা অরানবদি মাঙহনখিবা তাবনি।

**ইথাঙ্গেল** অরানবদি চুমথোকউ /মী খুদিংমক মী ওইহনবা য়াই/ফরম্বনা ফত্তবা ওইবা য়াবগুম/ফত্তবসু অফবা ওইবা য়াবনি...

**চাউথোই** ফত্তবা মরা তাপ্রে। মসিদি ফুক্তোক্তবা য়ারোই।

**খোঙ্গেল** ঐ খঙই/ঐদি অশিবনি/অচিকপা মোংফমনি/অচিকপগী খোম্থাংগুল্লবা/ঐগী ব্রাহৈশিংসে/হিংহৌরিবা ইচাশিংনা/থওইনা তাবীরোই...

**চাউথোই** ও! ব্রাহে অদুমক ববানা ইরম্না ?

গীতা  সিনে তামো। মখাদসু চৈখে অমা চিংশিল্লম্মী।

চাউথোই  য়ারে। খুমজিল্লো। স্বাইদা লেপ্পসি রিল্লো। সে সে -

গীতা  ঐঙোন্দা অচোয়বা য়াওরিয়ে তামো।

চাউথোই  য়ারে য়ারে। ঐ রোমেশকী কাদা ফম্মমগে। ওফিসার মিলনগী শেনফমদো ঙসিমক শেংদোকপিরম্মু। চঙঙো।

*(ঙাইহাক তুমিন লৈ)*

গীতা  ঐ অমুক্তা চঙজরক্কে সার।

মিলন  ও! য়ানি। ফম্মু। করি লৈগে?

গীতা  ঐখোয় তামোদা করি হায়দোকপিরুরবা?

মিলন  নখোয় তামো হায়দি শীংজঙ পায়বদুরো?

গীতা  ঐখোয় তামোবো?

মিলন  মসিগী ৱারীসি শাগুমসিদা গীতা।

গীতা  ফরে শাগুমসি। তামোনা লানখিবা পূম্নমক ঙাকপিয়ু সার। সারগী লুপা লিশীং মঙাদুনা সনাসি ওইনা লৌবিহৌরো।

মিলন  সিবু সনা কয়ানোনে?

গীতা  মোহর অমনা শাবনি সার। অশামনগদি লুপা লিশীং তরুক খরা হেন্না চঙই। অদুবু ওইজরসনু। থম্মোয় মশক খঙদনা মপাম্বোঙগী ৱাহৈ খরদা থাজরুবা ঐগী ইরাল ওইফম থোকপনি।

মিলন  ঐদি অসিগুম্বা ৱারীসি শাগুমসি হায়প্রে। নঙগী অতৈ থবক চংকদবা লৈত্রব্রা?

গীতা  ফনি সার। ঐ থোকচরগে (থোকখি)।

মিলন  য়ারে।

*ঙাইহাক লেপ্পী*

গীতা  তামো।

চাউথোই  রোমেশতো হৌজিকফাও লাক্ত্রিনে। সিদা ঙাইহাক্তা ফম্মগেরা?

গীতা  ঐ চৎলম্মগেদা তামো।

চাউথোই  ফরে চৎলম্মো। ঐ রোমেশ ঙাইহাক্তা ঙাইরকখিগে। (মিলনগী কাদা লাকই) ঐ চঙজরকপা য়াগদ্রা সার? ঐ অমুক্তা চঙজরক্কে?

মিলন  করিনো?

চাউথোই  মিনিট অনী অহুমদং দিসটর্ব তৌজগে সার।

মিলন করিনোনে চঙকঅগা হেক্তা ফম্মীসিবো ?

চাউথোই অহাংবা চৌকিসি লৈবাক মীয়ামগীদমক থারিবনি। শেঙ্গা-থুমজ্জা য়াদবা মীগীদি ফম্ফম য়াওদবরা হায়বীরিসিবো ?

মিলন ঐগা করি তান্নসিগে ?

চাউথোই সার ঐ মতম খরদং অয়েংপা ওইজগ্রে। অদুবু সার থবক্কী চাংয়েংদুগী ফল অদুখক্তংদি খঙজনীংগ্রেদা।

মিলন মদুদি অরোনবনি ঃ তোপ কনফিদেন্সিয়েলনি। কদায়দৈ খঙবা য়ারদগে ?

চাউথোই অরোনবা! তোপ কনফিদেনসেল ! অদুগা লৈপাক মীয়াম্নদি ইফোং ফোংনা খঙলবা।

মিলন করিনোনে ?

চাউথোই করিনো খঙদেনে। হৌজীক্কি মীসিদি লাইগুম্বা ঙাক্তা। সারনদি কা মনুংদ কনামত্তা উররোই খঙগুরোই হায়না খঞ্জবা। অদুবু যাদেদা সার, তোপ্ত্রো হোনা উইদা।

মিলন মদু ইথক্তগী দায় নত্তে।

চাউথোই সারসু অমুক্তা [illegible] শেঙ্গা [illegible] মুখপা ঙমগদগে ?

মিলন ঐ হৈনদ্রেবো ! ঐসে মিটিং [illegible]।

চাউথোই ঐগী অচম্বা ব্রাহংসিগী পীউখুম পামই সার। শেঙ্গা থুমজাসি লৈতবদা করি কায়বগে? মসি লৈরমদ্রগাদি ঐ হন্দক থবক শেংনা ফংগদবা নংত্রা ?

রাধিকা ঐ অমুক্তা চঙজরক্কে ?

মিলন লেঙসিল্লকউ লেঙশিল্লকউ। ঐ মন্ত্রীগীদা অথুবা মিটিং অমা লৈরে। ব্রারৌবা য়াদে। রাধিকা, অরুবা ব্রারী লৈরিকো ।

রাধিকা ফনি সার ঐ ঙাইজরমগে (মিলন থোকখি)।

*ঙহাক তুমীন লৈ*

চাউথোই নঙ মাবু ঙাইহৌখিদ্রা ?

রাধিকা করিগীনো ?

চাউথোই করিগীনো অদুম্না খুল্লিবদি ?

রাধিকা অং ঙাইহৌখিনি, য়ারব্রা ?

চাউথোই নঙ সিদা কৈদৌবা লাকপনো ?

রাধিকা ঐবু ওঝানা লাকপগী মরম হংজখিব্রনে ?

চাউথোই নঙ ঐগী পাউ অমা তারব্রা ?

[redacted]

রাধিকা কনানা তমদোইবা ?

চাউথোই ঐগী থবক্তু য়ারমদ্রে।

রাধিকা ইমানদি মঙ্গল ওইরকই হায়দায়নে ?

চাউথোই অদুবু ওইরমদ্রে রাধিকা।

রাধিকা হুং।

চাউথোই নঙ নুমিদাংবাইরম ঐখোয়দা অমুক্তা লাক্কেরা ?

রাধিকা কৈদৌবা ?

চাউথোই ঐ চৎলম্মগে, নঙ মাবু ঙাইহৌরো।

রাধিকা ঙাইমিন্নখিসিদনা।

চাউথোই হুং মানা নঙবু চিংনখিনি। চৎলম্মগে (থোকখি)।

রোমেশ (মপান্দা) এহ ! চাউথোই অমুক্তা লাকখোনে।

চাউথোই ঙসিদি য়াম্না থেংঙকইনা ?

রোমেশ করিগীনো শকফম অদুক হঞ্জিল্লিদি ?

চাউথোই রোমেশ ! ঐগী থবক্কী বাফমদু চুম্না হায়বিরম্বনা ফৎত্রা ?

রোমেশ অদুগীনি ঐনা কোয়চেল চেল্লুরিবসে। স্তে ওর্দর পুরকএ।

চাউথোই করিগী স্তে ওর্দর...

রোমেশ লান্না থোকখিবা ওর্দরদো চৎনবা য়ারোই হায়না থিংইদনা।

চাউথোই অতোপ্পগী থম্মোয় শোক্কদবা খোঙথাঙদুদি হন্দোকপিয়ু রোমেশ। মদূদি পোস্ট মোরতেম্নি, করি কান্ননি ?

রোমেশ ঐগী কাদা অমুক্তা থন্নখিসি লাউনে।

চাউথোই হুং, ঐ চঙঙরোই। ঐসে ঙসি ফাওবদা ওফিস কারকইবোই নীংখিতারে। মীয়াম্না ঐসে অঙাওবা ওইনা উরমতারেদকো।

রোমেশ ঙাইহাক্তংদি ফমখিসি। ঐ য়ুমফাওবা থিনজগে কৈদৌরগে।

চাউথোই ঐ সিদা কুইনা লৈনীংদ্রেদা রোমেশ।

রোমেশ চাউথোই নঙনা হায়রিসি করিনো ?

চাউথোই ঐ কৈসু নুংঙইতবা লৈতে ভায়। লৈহৌরো মতম খরা য়েৎপ্রে। বারৌবা য়াদেনে। খূৎ অমুক্তদি শোক্লসিদনা।

রোমেশ চাউথোই...

চাউথোই লৈহৌরো । মীয়ামগী সেবা মতম শাংনা তৌবা ঙম্বা ওইরকউ। ওল দ বেস্ট!

*মরক্কী যন্ত্র ঈশৈ*

মমা নঙগী ভাম্বোদি ?

গীতা খোঙ্গালগী পার্কতা মথন্তা ফমহৌই ইমা।

মমা নুমিৎ তাশিন্নকএ কৌরকওদনা।

গীতা থাউমৈ অমুক্তা চুখৎলমখিগে ইমা।

মমা ঐ চুখৎলগে য়ারেনে। চৎলো, ইমানা লাকও হায়য়ু।

গীতা হোয় হোয় ইমা । অদা মথন্তা তুমীন্না ফন্নগা নুমিৎ তাবা ঙাইহিরিসি ওইহিরিনি ।

মমা কদায়নোনে ?

গীতা তু ঃ আদে অসে।

মমা অদু নও চৎলো, কৌরুরোনে।

গীতা এহ! হৌগৎখ্রে। যূম্লোমদা লাকএ ইমা।

মমা অদুদি ঙসিদি নবুং অসে ৱারম্মনি। চাকখুম ঙন্না চঙনবা তৌরো। করি ইনশাং লৈরি ? বোরা খিত্তং হৌগেরা ?

গীতা হোয় ইমা। ঐ থৌরাং তৌরুরগে।

মমা (কৌই) চাউথোই । করিনো অমুক চপ লেপতনা লৈরীসিবো? লাকও চঙঙকওনে। ইমাগা ৱারী শাসি লাকও।

চাউথোই ঐখোয় গীতাদি ?

মমা চাকশঙদা লৈনে কৌরকউরো ?

চাউথোই হুং, সুম লৈজসনু। মাগী সনা অমত্তং হান্না শাবিননবা হোৎনসি।

মমা লাকও ইমূংদা ইমানা মৈ চুখৎলে।

চাউথোই য়ারে ইমা চঙজকরঅগে। (মথন্তা) অস ! ঙসিগী থাবলসিদি !

মমা ( ইমূংদগী) লাকওনে লাকওনে, ইমা মৈ থাগৎলগে।

চাউথোই (তপ্না) ইমা।

মমা কৈদৌরগেনে ইবুংঙো ?

চাউথোই করিগীনো ঙসিদি ঐ পূক্নীংসে ওহোক্না হামচৎনখ্রেদা !

মমা নপূক্নীং ইরাং লাংগনু। মতুং চাম্মরক লৈরি ইচাশিদি।

চাউথোই মমানা মচাগীদমক থৱায় কয়াদা ৱাবগে হায়বদো ইমানা ঐঙোন্দা উৎলে। ঐগীসু ৱাশক লৈঃ ইমানা হিংলিঙে উহন্নীংবা ঐগী পুক্সিগী থাক। মদূবু মফমসিদদি ওইথোকখিদ্রনে ?

মমা চাউথোই । অৱা অনা হায়বসিদি পুক্সিগী লোনচৎনি। অদূবু মসিনা পঙ্থুংদি নত্তেনে।

চাউথোই ইমা, নঙসে অহনগী মতম ওইশিন্নকঅবনিনে। পোক হৌরে, পাঙ্গল হল্লে, হিংনবা লাছেং, চিন্তাগী পোৎলুম কয়াগী মম্নি পরেংনা মায়থোঙদা তারি। পীক্রবা পোদোন মৈরিগী মঙানসিদা পূম্নমক উরে। খল্লম্বগা

[redacted]

ওইরকপগা অনীগী তায়ওন্নবা মরক্তা নীংহন্নরকপা মায়থোঙ অমগী নুংশুক-নুংজানবা মতৌ...

মমা    নীংহন্নগনু আশা তৌখিবা তাবনি ইবুংঙো। ইমাবু ব্রাহ্মণগনুনে চাউথোই।

চাউথোই    হোয়দা ইমা, করিগী নীংহন্নগদবনো ! অঙন্বা শুরগা চন্না অদুম হিংবা হায়দুনি। অচাওরমদা হিদান্নবা মখোয়গা চাংদন্নবিদ্রগা লোইরে। রিক্সো থৌরগসু নুংঙাইনা হিংবা য়াবা পুন্সিসিবু।

মমা    রোমেশনবু করিসু হায়রক্ত্রা ?

চাউথোই    থবক তৌজখিবশিংদু য়েৎপিরগুমসিদা ইমা। হৌজিক্তি মখোয়না মায় পাকপা মতমনি। ঐখোয়গীসু মতম লাকপ্রা য়েংখিবা তাবনি।

মমা    চাউথোই ঙসিদি ইমা ব্রা অমা হোদোক্কেনা।

চাউথোই    করিনো হেক্তা হায়বিয়ু ইমা।

মমা    খঙদেনে হৌদোকউরগা ব্রা মাঙদনা তোকঅদরা ?

চাউথোই    ইমাগী ব্রাসি খঙদ্রেনে।

মমা    নঙ  ইমাদা কোইনু। ইয়ূংসে মীনগা য়ামদবগা ইমাগী ব্রাখলসে ওম্বোক্রা পীকশিনখ্রে। ইমানা পাঙ্গল খরা কল্লিঁঙেদা...

চাউথোই    (মরক থৎনা) ইমা ঐ থোঙ্গাল ফাওবদ সুম থোকউখিগে।

মমা    হা, করিগীনোনে ?

চাউথোই    ঐ কুইরোইদা ইমা। থুনা অমুক চঙঙক্কে। (থোকখি) অস ! মপানসিদি থাবল য়ান্না ফৈয়ে ইমা !

মমা    ওম্বোকপা অঙংনিদা !

*ঙাইহাক তুমিন লৈ*

চাউথোই    কনানো ?

রাধিকা    ঐনি।

চাউথোই    রাধিকা ?

রাধিকা    মানি।

চাউথোই    কদায়দা অমুক চৎলুরিবা ?

রাধিকা    হৌজিক্তা হল্লকইয়ে।

চাউথোই    ঐ ব্রা অমা হংগে ঙাইখোনে।

রাধিকা    থেঙঙে চঙশ্লগে।

চাউথোই    নখোয় থোঙ্গালফাও লেপ্লীগে তপ্না চৎলুনে।

রাধিকা    নঙবু কৈসু লেপ্লিয়ু হায়দে।

*অরোইবগী যন্ত্র ঈশৈ*

## মপানশুবা তাঙ্কক

*অহৌবগী যন্ত্র ঈশৈ*

মমা ইবুংঙো নঙ চখোরকইদনা ?

রোমেশ হোয় ইমা। য়াওশঙনি হায়না সুম কোইথোরকপা।

মমা সিদা ফম্মু। ইমাসু সুম থোক্কে তৌরম্বনি।

রোমেশ চাউথোইদি ইমা ?

মমা সুম থোকখিবনিনে। অঙাংশিংগী কুম্মৈ য়েংঙমদৌরিব্রা, মথন্তা লবূক লম্বাংদা ফম্মমদৌরিবরা খঙদেনে। চা লোল্লকউ গীতা।

রোমেশ মানা ওফিস লাক্তবসি ওহ্লোক্লা নুংঙাইখিদ্রেদা ইমা।

মমা নুংঙাইতবৈ ৱাদি করি হায়রুরনি। নোংমনা মফম অমদা, নোংমনা মচি অদা, মথন্তা তরক তরক। ইম্যাখোয় পোত্থাফম খঙদেদা রোমেশ।

রোমেশ ঐদি মাগা য়াওশঙ কোয়মিন্নরুগে হায়না লাকইনি ইমা।

মমা লাপ্না চংথোকঅম্মোয় ইমা কৌরুখিগে। গীতা,

গীতা করি হায়গে ইমা ?

মমা নবুং রোমেশ লাকই চা পুরকওনে।

গীতা আউ, ঐ চা শেম্মীয়ে ইমা।

মমা চা থকঅম্মু রোমেশ, ইমা অমুক্তা থোকউখিগে।

রোমেশ ফনি ইমা।

*ঙাইহাক তুমীন লৈ*

গীতা    চা থকসি তামো।

রোমে    নঙদি য়াওশঙকা অমত্তা থোক্কদ্রা ?

গীতা    য়াওশঙকা অমত্তা নীংশিংদ্রেদা। চা পায়বীয়ু।

রোমেশ    থারে। গীতা নঙ ঐবু লান্নদি লৌখিদেকো।

গীতা    ঐসু শেংদোক্লীংবা লৈবনি। তামো রোমেশনদি ঐবু লান্না লৌবিখি।

রোমেশ    লান্না লৌবা নত্তেদা।

গীতা    লান্না লৌবনি। ওফিসার মিলন্দা ঐগী লনাই ওইবা বাথল করিসু লৈতে। তামোনা ওফিস চৎপদুদা তথী তথী তৌবিরক্তনবা খনখিবদি লৈ। ঐ তামোগীদমক থবায় য়াম্না বাখি। থোকহন্নীংদবা থৌদোক থোরকদ্রা চিংনবদগী ঐ ওফিসার মিলনগী খোঙথাং খুদিং মীকুপ নাহ্ম শিংনা শেন্নখি। মদুদা তামো রোমেশনা ঐবু য়াম্না লান্না উবিখি।

রোমেশ    মতমদুদা মিলননা নঙোন্দা থন্বা বাখলদুদি নঙ খঙব্রা ?

গীতা    করিগী খঙদনি। অদুবু ইশানা খঙনা লৌখিবা ফিরেপতুদা তামো রোমেশনা অততাই ওইনা মীপাইখিবগী মরম্ব করিগীনো ?

রোমেশ    ঐদি মিলনবু চিংনবৈ বানিনে।

গীতা    চিংনবৈ বাদি ঐদি তামো রোমেশপুসু চিংনৈনা।

রোমেশ    গীতা !

গীতা    চাদু হান্না অমুক্তা পায়য়বীখো ঈংখ্রনি।

রোমেশ    নঙদি ঐবু য়াম্না বারৌনা লৈরম্মীনা গীতা ?

দীতা    ঐনা লান্না খনবগী ওইজগে। তামো রোমেশসু ঐবু খোঙথাং খুদিংগী চিংনবিখিবা অমদি লৈখি। মদুমক্তনা সার মিলনগী অশাউবদা ঘী হৈজিনবগুম থোকখি। মসিমত্তংদি ঐ থোকহন্নীংখিদবনি।

রোমেশ    মিলন্না নঙবু থাদোকঅম্বগীরা নঙনা শাউরিসিবো ?

গীতা    মদুদি য়াম্না থাক হন্থব্রবা বাহংনিদা তামো।

রোমেশ    চৎব্রগে ?

গীতা    ঐ খঙদে। অনীংবা অমগী লাকপীবা ওইরমগনি। হনবিনীংবা মতমদা হনবীবা তাবনি।

রোমেশ    নখোয় তামো ওইবনিনে। ফরে ঐ কোন্না উনরগে।

গীতা    চাদি থকপিদ্রমালে ?

রোমেশ    বা মতাসিদা চাকা নীংশিংবা শংদ্রে।

গীতা    স্কুটর য়াওরক্তব্রা তামো ?

রোমেশ    কদায়দে ! য়াওশঙ নুমিত্তবু। মরম ইরে লৈতনা ঐবু মায় খরা ঙাংহল্লে। চৎখ্রগে।

গীতা    মায় ঙাংদনবা লাকঅমদবসু য়ামনি। সুম লৈজহৌরে।

রোমেশ নওদি মায়দু ঙাংঙুরনু। ঐদি নওবু পোকমিন্নবা ইচনওয় খনখনিকো।

*মনকী বন্ন দীশে*

চাউথোই ইমা নংব্রো ?

মমা নথক্তা অচিকপা লল্লাংসিদা করি থল্লিনোনে? নমায় নমিংভুনা রঙ্গিনো পুংলোই লোইরেনে ইবুংঙো।

চাউথোই ও য়াওশঙনি হায়রে। অঙাং মরোল মরোল লাকঅগা পঙতেতা তৈশিল্লম্মী, মথোঙ মরম খঙবজাং নত্তে। হৌজিকসু মরাম অমা লাকঅম্বনি, তু! আদা চেনখ্রিবা শঙ্কু অসি ওইরমগনি।

মমা অদু য়ুমদা চৎসিনে। রোমেশসু ঙাইহৌরিয়ে।

চাউথোই এহ্ হল্লম্মনিদা। গৌরী মথকসিদা কম্বীয়ু ইমা।

মমা নুমিৎসু তাদৌরে চৎলসি কৈদৌরগে ?

চাউথোই নুমিৎ তাবা ঙাইহিরিনিনে ইমা, কম্বীয়ো।

মমা ওম্বোকপনিদকো ইবুংঙো।

চাউথোই তারমদাই নুমিৎকী নোংচুপ চীংয়াগী ঙাক্রোম্নবা স্বরূপ মচুগী মশেক মঙালদো য়েংখিসি ইমা। নোংপোক চীংয়াদনা লমতা পূর্ণিমাগী মপূং কারবা থাঙ্গা! ঙসিসি য়াওশঙনিকো ইমা!

মমা মানি! য়াওশঙ হৌবা নুমিৎনিনে।

চাউথোই মায়কৈ মরিদা, *হরি হরি বোলো, হে হরি,* অঙাংশিংগী অরায় অখুম্না-নীল্লরনি, হরাউ মথোই কাররনি। শোক্নবা ঐগী থম্মোয়সিনদি...

মমা (মরক থৎনা) করিনো নওনা ঙাঙভিদুবো, নওবু ইমাগী হাখল নুংঙাইহনগনি হায়দায়নে চাউথোই ?

চাউথোই অঙাং ওইহিরিঙে মতমদো নীংশিংলকইবা। নুংশিকো ইমা, অসিগুম্বা মতম অমা লাক্কনি থল্লুদবা মতমদো!

মমা য়ুমদা চৎলসিবা ইবুংঙো।

চাউথোই ওম্বোক্লা হানা হোৎনরকখিদা! ওম্বোক্লা পিদোন্না হিংঙকইদা। পূম্নমক অমত্তা থোকখিদেদা।

মমা নঙ ইমাবু হাহনগদৌরে চাউথোই।

চাউথোই নীংশিংলিব্রা ইমা, অসিগুম্বা য়াওশঙ নুমিৎ অমদা ঐনা ইমাগী মকমদা মোজাকুরিৎ অমত্তং লৈবীয়ু হায়না ওইনখিবদো!

মমা অদুবু নীংশিংলগা কৈদৌদগেনে ইবুংঙো ?

চাউথোই ইমা নঙ মোজাকুরিৎ লৈবিবা ঙমখিদেকো।

মমা চাউথোই!

**চাউথোই** ইমাম্নবশিংনা অহন-অহনবা শেংলকপদো, ঐনা কিরুপ কিরুপ য়েংখি। নৈ শঙ্গবা খুদৈ অমগা, লাঙগুং অমুবদা কোরী যন্ত্র অমা ঐগী ওকশমদা ! মদুসু ফজখিকো ইমা, লাম্নরবা ঐখোয়গীসু ! ইমা নঙনা নচাগী লৈতেং ময়ামদুদা য়েংবগী পেনবা নাইখিদে ! য়াওশঙগী ফিরাল মচেং অমগা ঐগী নীঙুদা পুনশিনবিখি। ঐনা হয়াউখিবসিনা হয়াউখিবসিনা ! নুমিৎচুপ্পা কোইচেন চেন্দুনা শাম্নখি।

**মমা** য়ারে তোকও । ইমা লোইনা নীংশিংই।

**চাউথোই** মতমদুদা মখোয়না লোকখিবগী অর্থদো ঐদি ঙসিতা খঙলক্কি ইমা। করিসু অহোংবা লৈতে। ঙসিসু মখোয়না জীপ কার তোংদুনা ওক্সিস চংলি, মথোল কয়াগী ময়ূম মকে শাগংলি। অদুগা ঐনা ...

**মমা** চাউথোই...

**চাউথোই** অচুম্বগী খোঙথাংসি ওহ্নোক্না তপশ্রেদকো ইমা। সমাজগী থম্মোয়সি হোংদমাম্লেদা ! মসিদগী করি আশা তৌনীংঙাই লৈরী।

**মমা** কদায় নঙ ববাগী খুৎই লাইরিক্তু পীরকউ। নঙ পাদ্রমালে, ইমা পারকে তাউসে।

**খোঞ্জেল** *মহৌশানা কৌরি নঙগী থম্মোয়বু/উংলি কংলা উপাল ফাওবদা/য়েম্নিং হনবগী শতম/পুক্নীং হম্বগনু/নৌথোকহল্লু, বাখল লৌশিংগী পাজল/নীংহম্নগনু-খঙ্গানগনু, লেপকনু- চঙশিল্লু...*

**মমা** অসিগুম্বা পরেংশিং অসিগী অশেংবা অর্থ খঙনবা হোংনৌ। পারগা খঙদ্রবা, খঙলগসু হোংনদ্রগদি বাহৈশিং অসে খুমজিল্লবা চেনা মনুংদগী থক হেন্দোক্লোই। মখা পরেং থরসি অমুক তাউ-

**খোঞ্জেল** *চেকশিল্লু ইচাশা/ইশা-ইশাগী পুক্নীং-থম্মোয়বু/খায়দগী চেকশিন্না শেম্নদবা/য়াদবা মতম অমা লাক্লে/অকনবা ফিরেপ অমগী যুম্ফমদা/থরায় য়াওনা হোংনবসি নত্তবা/লম্বী লৈতে তাইবঙপান্দা/মায়থীবা অমনা লম্বী মাংহনগনু/হৌজিকসু মতম লৈরি/করিগী চপ লেপ্লিবা...*

**মমা** ববানা হায়রিসে নঙ মুন্না তাউনে। বাহৈশিংসে নঙগী থম্মোয়দা অদুম হিংহল্লু, করিগী লৈখা তাগদৌরিবা? সি য়েংঙু কয়াদা চেকশিন্না ইথ্রবা পরেংনো ?

**খোঞ্জেল** *ধর্ম্ম-কর্ম্ম অমদি সাহিত্যগী লাইরিক পাবদা মতম মাঙহনবনি খনগনু। বেদ-শাস্ত্রনা তাক্লিবনিঃ অইবঙপালসিদা জাতি অমথক লৈবনি, মদু মীওইবনি। মীওইবগী ধর্ম্ম অমথক লৈবনি, মদুনা মীনুংশিনি। থরায় পানবা পুম্নমক্কী লোল অমথক লৈবনি, মদু থম্মোয়নি।*

**মমা** ইমা অমুক্কা পারকে, পুক্নীংদা য়েকশিন্নবা হোংনৌ-

**খোঞ্জেল** *তাইবঙপালসিদা জাতি অমথক লৈবনি;*

চাউথোই  মদু মীওইবগীনি।

খোঞ্জেল  *মীওইবগী থম্মী অমথক লৈবনি;*

চাউথোই  মদুনা মীনুংশিনি।

খোঞ্জেল  *থবায় পানবা পুন্নমক্কী লোল অমথক লৈবনি;*

চাউথোই  মদুনা থম্মোয়নি।

মমা  অং চিনবাদি পুরে, অদুবু ঝাহেশিংসি নঙগী লৌশিংদা তিনশিল্লবরা মদুদি ইমা খঙদ্রি। বাহে খুদিং লম্বী ঙহাক্তনি ইমা পারক্কে, নঙ খুম্মকউ -

খোঞ্জেল  *অশাউবা থদোকউ, শাউদবা তম্মু।*

চাউথোই  ঐ শাউদে।

খোঞ্জেল  *মায়থীবনা পল ওইহনগনু, নীংহন্নবনা লম্বী মাংহনগনু -*

চাউথোই  ঐ নীংহন্নদ্রি, থেংনখিগে খল্লি।

খোঞ্জেল  *হেনজিনবা ঝাখলনা থবক্তা মোংহলগনু -*

চাউথোই  ঐ হেনজিনবা থক খল্লোই।

খোঞ্জেল  *অচং-চত্তা জীব খুদিংমক নুংশিয়ু -*

চাউথোই  তাইবঙপান্বিবু ঐ তশেংনা নুংশিজে।

খোঞ্জেল  *য়েক্রববু নুংশিবা ওয়বা হোৎনৌ, অরানবা তৌরকপশিংবু পূকচেল চাউনা ঙাকপিয়ু-*

চাউথোই  অরানবা তৌরকপশিংবু ঙাকপিবা (তুমিন লৈখি)...

মমা  কৈদৌরে চাউথোই!

চাউথোই  ঐ খল্লিবনি ইমা।

মমা  (কল্লপ) লাল্লি খল্লগনা নঙনা চুমথোকউ। পরেংসিমা অঙাঙবা মুক্তা ককথৎলো। পুন্নমকসে চন্নফম লৈদ্রে খল্লগনা নঙ ববাগী হকচাংগী খুৎই লাইরিকসিসু মৈদা দান তৌথোকত্রো!

চাউথোই  (কল্লপ) ইমা! লাইরিক্তু ঐঙোন্দা অমুক শিন্নবীরো! অহীং নুংথিল অনীমক্তা চেংনা কোন্দুনা থমজরিবা ববাবু মৈদা দান তৌথোকত্রো হায়বা।

মমা  নঙ ববানা হায়বা ঝাদি নঙ করিগী ইন্দে।

চাউথোই  করি ইন্দ্রিবা? ববাগী ঝাহেশিংসে লৈরমদ্রগদি ঐবু ঙসি করি ওইরমগদগে, ইমা নঙ খঙ্গবা ওন্না? ঐগী পূক্লীংগী অঋাক-অরাও পূম্বা ঝাহেশিং অসিনা নুংহিক্লনা জীবন-সংগীত ওন্থোক্লি হায়বসে নঙবু খঙদবরনে।

মমা  নুমিৎ তাশিল্লক্লে চৎলসি ইবুংঙো।

চাউথোই  য়ারে, চৎলসি ইমা। ববাদি লৈরিনে ইমা। ফমেন্দা ফমদুনা মচা ঐথোয়বু ঝারক-ঝাতেম্বা তোক্ত্রি। মদুমক্তনা ঐসে, ঐ ওইরিনি ইমা।

**মমা** — লৌরী মথক্তো তপ্না চৎলু নাছনি। চাউথোই...

**চাউথোই** — ইমা।

**মমা** — ওসিদি ইমাগী বাখলসি ওহোক্লা নুংঙাইগ্রেদা। নঙ ওসিনি ইমাদা অপাম্বা হায়নীংবা অমম্তা হায়ুদনা।

**চাউথোই** — ঐদি সহরগী মতাই ওইরপ লৈরিবা ঐখোয়গী য়ুমসে খরা থাগুক্লা লৈবা অচিকপা খুজং অমদা হোংদোকনীংগ্রেদা ইমা।

**মমা** — অদুদি কদায়দগী ! নঙ ববাগী মোংকম থাদোকপদি ইমা ওন্নোই।

**চাউথোই** — মতম খরদং ওইরসু ঐদি থাদোক্লীংই ইমা।

**মমা** — য়াওশঙ হেক লোইবগা তীর্থ চৎলুসি। নঙ করি করি লম য়েংনীংই। ওসি নুমিদাং খল্লু অদুগা হয়েংমক ইমাদা হায়ু।

**চাউথোই** — ইমানা খনবীবা মকম লৈরমগনিদা।

**মমা** — ইমাবুদি বৃন্দাবন চৎনীংইনে। কুইরবনি খল্লিবা।

**চাউথোই** — য়াই ইমা। নবদ্বীপ, বৃন্দাবন, মথুরা, আগ্রা, হরিদ্বার, ঋষিকেশ লোইনা য়ৌরকপা য়াই। হয়েং তপ্না খন্নরসি।

**মমা** — হৌজিকমক খন্নরুবা য়াইনে। য়ুমদা চঙশিল্লসে।

**চাউথোই** — ইমা চঙবিরম্মো ঐ থোঙ্গালগী পাৰ্শিদা য়াওশঙগী কুম্মৈ ঙাইহাক্তা য়েংজরকখিগে।

**মমা** — কুইরকঅনু ইমাগা বা তান্নগদবা লৈ, চঙঙকওকো (চঙখি)।

**চাউথোই** — কুইরকওইদা চঙঙকঅদৌনি ইমা। (মথক্তা) আদা লাকইবা কারসি মিলনগীদু নৎত্রা ! মানিনে ! ঐ উপালগী মরুমসিদা ঙাইহাক্তং নাথৈদুনা য়েংগে।

*কার য়ৌরকই*

**রাধিকা** — অদূ য়ৌরবনিনা লৈজহৌ আরেনে।

**মিলন** — লাই খুরুম্বগী নির্মল খরা পুখোদনা। ইমাখোয়দা পীয়ুসে।

**রাধিকা** — সিনা য়ারনিয়ে। লৈহৌরগে।

**মিলন** — বাহেদু য়াম্না নুংঙাইতেকো।

**রাধিকা** — অদুবুদি ছুটি কারগা অমুক উনদৌ লৈরেদনা।

**মিলন** — ওফিসতদি চাং নাইনা কাবা তাবা।

**রাধিকা** — অদুবুদি সারগী য়াথংনিদনা।

**মিলন** — লৈহৌতারেনে ?

**রাধিকা** — অদুসু সারগী য়াথং। *(নোকমিমৈ)*

*কার য়ৌখি*

চাউথোই  রাধিকা।

রাধিকা  ফনানো ?

চাউথোই  ঐনে।

রাধিকা  এ, ওঝা ওইরে।

চাউথোই  পার্কসিদা ঙাইহাক্তং ফমথিসি লাও।

রাধিকা  ঐদি চঙনীংঙেবো।

চাউথোই  ঐগদি থেংনবতা ঙাইরিদনা। পূর্ণিমাগী থাসিসু থোরকপদা ঙাইরি, য়েংউনে।

রাধিকা  করি হায়দৌ লৈগে ?

চাউথোই  নঙ ওফিসকী থবক অমা ফংঙবা ?

রাধিকা  চাংয়েংদা মকোক ওইদবা ঐদি  অদুম ফংঙেদনা। অচৌবা নত্তেদা।

চাউথোই  পরীক্ষাদি থাররোইদবা ?

রাধিকা  পরীক্ষাসু অদুম ফম্লি। থবক ফংঙবনিনা পরীক্ষাগীদি থোইনা খল্লেদ্রা। ঐ ওঝাদা লাইরিক নৈনসি হায়ররোই, ঝারুরনুদা।

চাউথোই  থবক্কীদি লুপা কয়া চঙগ্রবা ?

রাধিকা  য়ামদেদা। লিশীং য়াংখৈখক তিংই। ওঝাগীসু খরা পীরম্মদি-

চাউথোই  (মরক থৎনা) ঐগী ঝাদি নীংশিংঙকঅনুদা।

রাধিকা  ঐগীদি কৈদৌবে খঙনীংইবা ?

চাউথোই  নঙ ঙসি নুমিৎ চূপ্পা কদায় চৎলুই ?

রাধিকা  সার মিলনগা মাগী কারদা লোক্তাক পাৎ য়েংঙুইয়ে।

চাউথোই  লোক্তাক পাৎতু ফজহৌরিকো ?

রাধিকা  ঙসিনদুম হেন্না ফজরম্মে।

চাউথোই  ঙসিগী থাবলসিদি ফজদ্রা ?

রাধিকা  ঙসিগী থাবলসিনা হেন্না ফজগদবগী মরমদি ঐ খঙদে।

চাউথোই  অদুবো ?

রাধিকা  অমুক্তা হায়বীয়ুনে।

চাউথোই  ঐনা সিদা ফন্নি। নঙনা অদুদা ফন্নি। তাইবঙগী হরাউ-কুম্মে থোঞ্জেলনা মায়কৈ মরি নীল্লি। নঙ-ঐগী মীৎয়েং পম্খেদনা-

রাধিকা  বসন্তগী মপূং ফারবা থাজনা ঈংনা মেংনা থোক্লি।

চাউথোই  ঐনা নঙোন্দা করি হায়রীবা, নঙনা করি খুল্লিবা ! নঙনা করি হায়গে খল্লিবা, ঐনা করি খুমগদবা; ঐদি করিমত্তা শেম-শাহৌদ্রে।

রাধিকা  ঙসিদি ঐ ঝাহং অমা হংগে অদুগা চৎগ্রগে।

চাউথোই  করি ঝাহংনোনে ?

রাধিকা  কনাগুম্বী নুজা অমগা পাখং অমগা নুংশিনরে।

[redacted]

চাউথোই অং।

রাধিকা অদুদা ইখঙ খঙহৌদনা নুজা অদুনা ঙসিমক নুংশি-লৈপূন ওইরসি হায়রক্লবা-

চাউথোই অদুদা কৈদৌরবা ?

রাধিকা অদুদা পাখং অদুনা করি খুস্লক্কদবা য়াম্লি ?

চাউথোই পাখং মখল য়াম্মি। অদুবু ঐদি অসুম্না খুমহন্নীংই: ঐদি ঐচ অই ডি টেষ্ট তৌথোকখিনি। অদুগা অমনা, ঐদি ইমাগী লমন শীংগনবা বাংলি; পুন্সিগী ফিরেপ মফম খঙখিনি।

রাধিকা থাবল্সি নখন্ত য়েংহৌখিগেরা ?

চাউথোই অং ! ঙসিগী থাজসে লৈচিলনা মীকুপ অমত্তসু খনজিন্দবা ওইসনু !

*অরোইবগী যন্ত্র ঈশৈ*

## তরাশুবা তাঙ্কক

*অহৌবগী যন্ত্র ঈশৈ*

রাধিকা পাবুংগী মূর্তি সিদি শাবা লোইশিল্লকএদনা ?

গীতা ইচে রাধিকা ফমসি লাও। কুইরেদা উখিদবা ।

রাধিকা ওঝাবু চংথোকখিব্রো ?

গীতা চংথোকখি খঙনা লাকইবা নংত্রো ? সিদা ফম্মো।

রাধিকা কদায় চংখিগেনে, ঐদি খঙসু খঙদনা।

গীতা ইমাগা তীর্থা চংখিয়ে।

রাধিকা এ ঐবুদি করিমত্তা খঙহন্দবা।

গীতা ইচেনা থবক য়াম্লা চিনবদুদা হায়দ্রবা। তামো হংইবু করি লৈগে ?

রাধিকা (শাউনা) হংবা য়াদ্রবো ?

গীতা য়াদে হায়বা নত্তেদা ইচে।

রাধিকা খঙদেদা গীতা । ওঝা নংত্রসু নঙনা হায়বিবা য়াবনি।

গীতা ঐদি থোঙ্গালফাও থোক্তবা কুইরেদা। য়াওশঙ মনুংকাদু ঐ য়ুমদগী হেন্দোক্তে।

রাধিকা ওঝাগা ইমাবোক্কা চথোকম্রগা নঙবু কনাগা লৈরিনো ?

গীতা মামতোনগা ইনেতোনগা লৈয়ে।

রাধিকা হৌজিক্লা কদায় চথোকপ্রিবা ?

গীতা ইনেতোন্দি কৈথেল চংখি। মামতোন্না লুহোংবা অমা চংখিবনি। নুমিদাংবাইরম হল্লকনি হায়রম্মী।

রাধিকা ওঝাথোয়বু করি করি লম রৌরক্লনি হায়রমগে ?

গীতা পুরিদগী খষিকেশ ফাওবগী মনুংদা চংকনি হায়রম্মী। মপূংদা নবদ্বীপকা বৃন্দাবনগদা লৈগদবা মাল্লি। ব্রাখল থরা চাউথোক্লবা ইমানা সুম থনবা

জ্বাংনিদা।

রাধিকা শেংনা কয়াম পুখিবা ?

গীতা অকক্কবা খঙদে। ময়াম্না পঙপাঙদা পাঙবিরকপনি।

রাধিকা কনা কননা পাঙওকইবা ?

গীতা মামতোনখোয়দগী লুপা লিশীং মঙা লৌমাগ্লে। তামো রোমেশনা লিশীং অহুম পাঙবিরকই। তামোনা নহানবাই লাইরিক তকশীখিবা ছাত্র মচাশিং অদুনসু অঙম্বা খরা খরা মতেং পাঙবীরকপনি। অদুক কুপথনা হংজিদুবু করিগীনো ইচে ?

রাধিকা ওঝানা ঐবুদি তাকউনু হায়ব্রা ?

গীচা ইচেসু খঙনা খঙনা লাক্তবা মাল্লিদা। ইচেনা ঐখোয়দা চঙকখিগ্রিসি কুইরেনে।

রাধিকা ওঝা চৎখোক্তনি খঙগদি ঐ কৈদৌবৈ লাকওইদৌরিবা ?

গীতা কননা খঙগনি। ইচেনা য়াল্লিবা সনাদু উহন্নীংদবগী ওইরম্বসু য়াইনা।

রাধিকা ঐগী সনাসি কৈদৌরবা ?

গীতা সার মিলননা খুদোল তৌরকপা নৎত্রো ?

রাধিকা নঙদি করম হায়না খঙইবা ?

গীতা সুম চিনংবৈ ঝানিদা। চুম্মু চুমব্রো ?

রাধিকা অদু অমুক হংদসু শেংনা হেক্তা হায়যুবা গীতা।

গীতা সার মিলননা পীরকপবু শেংঙবরো ?

রাধিকা হংঙিসিনদি শেংঙম্বা তারেদনা। নঙোন্দসু হান্না পীরব্রো ?

গীতা ঐঙোন্দা পীরম্বা নত্তে ঐনা পীখিবনিদা।

রাধিকা করম হায়না? মরমদু শেংনা হায়যুনে।

গীতা ঐনা শাখিবা সনানি ইচে। লুপা লিশীং মঙাগী মহুত্তা মদু ওইনা পীখিবনি।

রাধিকা লুপা লিশীং মঙাদি করিগী ?

গীতা মরম লৈরমগনি। মসিগী ঝারীসি তেনশিল্লসিদা ইচে।

রাধিকা সনাসি লৌহৌরগেরা ?

গীতা করিগী ?

রাধিকা নঙনা পামজনা শারুবনি হায়দায়নে ?

গীতা ঐনা পামজনা ইচে রাধিকাগীদমক শারুবনি, কৈদৌরগে?

রাধিকা হুং, নঙ মসি লৌহৌরো গীতা, ঐ য়াম্না নুংঙাইরোইদৌরে।

গীতা লৌথোকপিরুনু ইচে। ঐদি মদু পুন্সিসিদা শোকঅরোয় খনগ্রবনি।

রাধিকা অদু ওইরগা কৈদৌবৈ হায়রকইনো ? ঐদি য়াম্না নুংঙাইতেবো ?

গীতা ঐখোয়না হেন্না নুংঙাইতেদা ইচে। তামোনসু ইচেবুদি য়াম্না ঝারৌবনি।

রাধিকা নখোয় তামোনা ঐবুদি কৈদৌবৈ ঝারৌম্নীবা ?

গীতা খঙদে শেল পীজরগা থবক তৌবগী ওইরমদ্রীনি।

রাধিকা থবক্সি তৌরগা মাবু তেংবাঙগে তৌবনি হায়রসিদি খঙবীগেংনস্তেলে।

গীতা মদুগী তেংবাঙদুনি তামোনা পামজনা তুমীন্না চংত্রিদো ?

রাধিকা মদুবু শেংনা হায়রম্লনে ?

গীতা হায়রমদ্রগাসু ঐনা খঙবা লৈ। তামোদি লৌনম্না পাজংসে য়াদবনি।

রাধিকা ঐগীদমক করিমত্তসু খম্বীদবা অদুগা খনথসু শাবা। অসুক কুইবসে রাহে কয়া অর্থ থোকহন্দে।

গীতা ইচেনা তামোগী অবাবদি খঙসু খঙদনা ।

রাধিকা বাবা য়াদবা মদুগা করিসু মরী লৈনদে। থাজসু পানথংলা শিখবা নাইদনা। পূক্নীংসু হৈনীংবা হৈনীংদবা লৈ। খোঙথাঙ কয়া লেপ্তনা চংপা য়াই, অমুকসু লেপ্না য়াই, অমুকসু হৌবা য়াই, মসি তায়বঙ লোনচংনি। অদুবু নখোয় তামোদি ইতোপ তোপ্নি। করিগুম্বা অমত্তসু তাংদাংবা খঙহন্দে। মাগী খশ্নোয়সে হৌজিকফাওবা ঐ বেখ্যা তৌবা ঙমদে। অদুগা অমুকসু ঐবু লৌনশ্মী হায়রিবা।

গীতা মী লাকই ইচে, কোম্ন ঙাঙনরসি।

রাধিকা কনানো চঙঙকইসে, রোমেশ নংত্রা ?

গীতা মানি ইচে। ইনেতোন হল্লক্ত্রিফাওদি সুম লৈমিন্নখিসিকো।

রোমেশ রাধিকা নংত্রো ?

রাধিকা মানি, লেঙশিল্লকউ।

গীতা সিদা হেক্তা ফম্বীয়ু তামো।

রোমেশ য়ারেদা । ইনেতোনখোয়দি চখোকখিব্রা ?

গীতা অং, কৈথেল চংখিবনি, হল্লকঅনি। করি পাউ লৈগে তামো ?

রোমেশ ইমাখোয় বৃন্দাবন য়ৌরে হায়দনা টেলিফোন তৌরকই।

গীতা ও, বৃন্দাবন য়ৌরে হায়বা ?

রোমেশ অং। নবদ্বীপ হান্না য়ৌরুবা মাল্লি। হকচাং ঙমদা লাক্তবা খোইদোকপা য়াওদে হায়রকই।

রাধিকা অদুবু কয়াম কুইনা লৈরকখিনি হায়গে ?

রোমেশ হরিদ্বার, ঋষিকেশ য়ৌরুরগা দিল্লীদা নোংমা নিনী লৈরকখিনি হায়রকই। য়ম য়ৌরকদবা নুমিৎমক্তি পল্লক্তে।

গীতা ঐ চা লোল্লুখিগে তামো।

রোমেশ চা লোল্লুরনু ঐ পাউসী অনীংবদগী লাকপনি। মূমদা থবক অমথক লৈহৌন্নি চংত্রগে।

গীতা ফরে তামো অদুদি সুম লৈহৌরে।

রোমেশ লৈহৌরো । রাধিকা সুম ফমহৌখো, ঐ অমুক চংলে

রাধিকা ফরে য়েবীরো। (শরক শি) অসিনা নঙগা করি হায়নরিবা ?

গীতা করিনো অমুক হংঙকইদুনা ?

রাধিকা য়াম্না চম্নবুনি উই। অদুবু মাগী অপাম্বদু মতম চানা খঙদোকহৌবদি কৈ।

গীতা উরিবদু চুম্বনি ইচে। তামোগা তিন্নরগা লাম্না খম্নবা হৌনদে।

রাধিকা থোজালোমদা কার অমা লাকখিবগুম তৌগ্রা ?

গীতা অস অনী অসি মায় চায়দবনি। ওনশিন্নগ্রেনে, ইচে নঙ অমুক্তা থোকউবা।

রাধিকা নঙসু থোকউসিদনা।

গীতা ঐদি তম্লি হৈনদেদা।

মিলন (কল্লপ) ওক্তু য়াম্না হাইগৎতবা কৈকো।

রোমেশ মদু খঙনা চৎনসি, ওক্তু য়াম্না হাইগৎলে।

মিলন য়াম্না উশিঙবে বারো ?

রোমেশ করিনো ইচম চম্না রিক্সো ওাইজরিবা ঐগী ইনাক্তা প্রপ প্রপ লাকঅগা খৎনবা হৌবিরিসিবো ?

মিলন ঐনা, নঙ সিদা লাকপগী করিনো হংবা নৎত্রো ? মদুদা নঙনা খুম্নীংগুম খুম্নীংদগুম অকাওবা শারি করিগীনো ?

রাধিকা করিনো ঙাঙনরিসিবো ?

রোমেশ কৈসু ঙাঙনবা নত্তেদা। রিক্সো ঙাইখো, বাজারদা চৎসি।

*রিক্সো খোংই*

মিলন মী উশিঙবা শারদনা। নঙনা শোমদৈ থোরকইসিনা করিগীনো ?

রাধিকা গীতাসে মথন্তা ঙাইবদুদা সুম লৈমিন্নরম্বনি। ঙাইহাক্তা লৈহৌখিগে সারসু হল্লো, করি অরুবা লৈগে ?

মিলন গীতা মথন্তা ঙাইরে হায়দি করিগী ?

রাধিকা মখোয়গী ইমাবোক্তা ওঝাগদি বৃন্দাবন চৎখিয়ে।

মিলন বৃন্দাবন।

*বৃন্দাবনঃ লাইশোন ঈশে অমা তম্নগ্রা শকলকই*

মমা মসিনি বৃন্দাবনগী কেশিঘাট যমুনা তোবর্বান হায়বদো। অয়ুক অঙনবদা যাত্রীক কয়াগী স্নান তৌকম্নি। বারত্রা ঙাইহাক্তং পোথাসিরা ?

চাউথোই ঙাইহাক্তা চিক্লা কমগে ইমা। থোঙচং অমগী নুংঙাইরদি ইশা ইথক্তা নীংতম্না বাখল খঙবা ফংবদুনি।

মমা বৃন্দাবনসি উরগা পুক্নীংদা করি ফাওই ?

চাউথোই মফমসি ওইহৱে ধর্ম্মগী পাক্কবা লমদম পুন্যভূমি হায়বদো।

মমা নখোয়না অঙাং ওইহৱিঙৈদা তন্নকপা সিনধু গঙ্গাগী সভ্যতা হায়দু মসিনিনে।

চাউথোই ঐ নীংশিংলি ইমা। বৃন্দাবন্দগী গোকুল তাবা লৈব্রী, মথুরাদগী বৃন্দাবন য়ৌবা লৈব্রী, পূরক্লীং হনা নীংথিজে। মহৌশাগী ফজবা শক্তম খরা অদুম লেঙদনা লৈরী। অদুবু অতে নীংশিং থৃদম অয়াম্বদি সহরগী ফুরা দলান অয়াম্বনা থৃদুম চনশিনখিবগুম তৌই। রাধাকুণ্ড, ললিতাকুণ্ড, রাসলীলা শান্নফমগী অকোয়বসি মহৌশাগী ফজরবা হৈপাল লৈপাল, উরী-হারীনা কোয়শিল্লগদি অঙকপা ফংনা পূক্লীং নৌথোক্কদবা মাল্লি।

মমা লাউনে। ময়াম হিদা যমুনা তুরেল লাম্থোকইসি য়াওহৌসি। অসোমগী তোবর্বান মথকসিদা ঙাইহাক্তং চীক্লা ফম্মুসি।

চাউথোই য়াই ইমা লাম্থোকসি।

*মাজি ঈশৈ, হিহোনবগী খোল্লেল*

মমা ঈশিংসিসু মহৌশাগুম্না লূবদু নংত্রেদা।

চাউথোই অচৌবা সহর দিল্লী, আগ্রা, মাথুরা, বৃন্দাবন লোইনমক যমুনা তুরেল্ল মপান্দা লৈ। অদুনা মোৎশিনমনবগী চাংশিসু নোংমা নোংমগী হেনজিল্লকপা জাংনি। নবদ্বীপ, কলকতা য়ৌবদদি গঙ্গাগী ঈশিংসু হায়নীংঙাই লৈত্তনা মোৎহৌরেদনা।

মমা নবদ্বীপকা বৃন্দাবনগসি করম্বনা হেন্না নুংশি ?

চাউথোই অমমমনিদা ইমা। নবদ্বীপকী লৈরক মচাশিং অদুসু অঙকপা শক্তি অমা য়াওনা পূক্লীং নুংশিবা জাংনি। ধর্ম্মনা মরায় চাইথরকপা পাপনা মঙক হাইগৎলকপা মতম অমদা চৈতণ্য মহাপ্রভুনা ঙসিদগীনা চহী চামঙা য়াথেরোমগী মমাঙদা সঙ্কীর্ত্তন শক্তনা কোয়চৎ চৎলম্বা লৈরক ঙাক্তনি। মহৌশাগী ফজবদি নবদ্বীপতনা খরা হেন্না লৈবা মাল্লি।

মমা তপ্না কুমথরকও। অম্বাইগী লৈঙোই মথকসিদা ফমসি।

চাউথোই হিহোনবগী ভাড়া পীরম্না ইমা ?

মমা হোরেল লাম্থোকপদা পূন্না পীগদৌবনি। ম্বাইদা হেক্তা ফমসিসে।

চাউথোই কেশিঘাটকী ঈরুজফমসিসু মতম অমদদি অঙকপা ফংনা ফজরম্বা জাংনি। দলান পরেংসিদা হুক খোংলিবা ময়ামসে অচম্বা অমতা য়াওদে। হৌজিক্তি তেক কায়রবা লানবনগা চপ মান্নরে। খোঙজাও অয়াম্বা কিম্বুরে, চোঙাবনশিংগু লোইনা নীংখায়রে। সরকারনসু মীংয়েং চঙবীদম্না খঙদেনে।

মমা নঙনা পায়রিদুবু করি লাইহিক্লো ?

চাউথোই ববানা ইরল্বা শৈরেং লাইহিরিকুনি। খুৎই লাইহিরিভুদি গীতঅনা য়াদনা তৌহৌরে।

মমা নঙ ববানা মমাঙগী বৃন্দাবন চৎখিবা ইখিবা শৈরেংসু য়াওরীদ্রাই ?

চাউথোই য়াওরী ইমা, ঐ গুসাইদগী য়েংগুম্মীবনি।

মমা অমুক্তা পারকউ ইমা তাগেদনা।

চাউথোই ঐ পারক্কে ইমা-

খোঞ্জেল *চাক্লিবগী চাক্লিবা ওাক্তা/করিমক্তা গুনীংদ্রবা হায়বদুরা/মদুমকসু খঙই ওইরমদেনে/পাম্নোম পাঙলগী মমল লোইদ্রে/মতোং পুম্না চুপথোক্লবা তুংদা/কান্নদ্রে হন্দোরকপা মকু ওাক্তনি/তিংথোরক্লিবা খুৎয়াম্না কোয়শিল্লে ঐবু/শকখঙদবা কনাগী খুৎতবু হাপ্নসিগে/লমলানবা ঐগী ওমজবা দানসিবো/পুম্নমক্তা হাপচবদি ওইথোক্লরোই/মপোক তরা পোক্তুনসু/ঐগী পুক্নীংগী তীর্থ যাত্রা/ইশাপ লঙশিনবা লাক্লিবরা/ভিক্ষারী ঈশ্বর-ভক্ত লিশীং লিশীংগী/লোইবা নাইদ্রবা মহাশাপ ফংনবা...*

চাউথোই ববাগী শৈরেংসি মফমসিদা অর্থ খঙলক্লে ইমা। শ্রীকৃষ্ণগী রাসলীলা শান্নফমসিদা ওহ্লোক্লা বানা হিংঙম্মীদা মীওইবা !

মমা অদুম্না হায়বদু তৌহৈরম্মোইদা ইবুংঙো।

চাউথোই মখোয়গী ফীবমসি য়েংশিনবিনবা শক্তি অমত্তংদি চোংথোরকপা ফৈ - মী ওইরো, ঈশ্বর ওইরো। নংত্রনে ইমা ?

মমা অমুক লাহ্লোকঅসিরা ? হি অসি লাকইঙেদা লাহ্লোকঅসি ইবুংঙো।

চাউথোই ঐখোয়বু ধর্ম্মশালাদা লৈবনা ফরোইদ্রা ইমা ?

মমা সিদা ইনক নকএনে। কুঞ্জবীহারি কুঞ্জদা লৈরগদবনি।

চাউথোই অশোম্ব ব্রাংমদা লৈহৌবা চাক্লিবা ময়ামদো ! হে মীওইবা ! হীংবদা বারবা মীয়ামসিগীদমক খম্ববা মতম ওইরেদকো। নঙনা ঈশ্বরবু থাজরবদি ঈশ্বরনা হায়রি ঃ মীওইববু নুংশিয়ু মীওইবগী সেবা তৌ । অদুবু কদায় নঙগী সভ্যতাদি ? খরনা দলান মথক্তা অতিয়া য়েংখৎপা, খরা অমনা মোংফমদা য়েংথদুনা চিন্তা তৌবা।

মমা কনাদনো নঙনা মুরুম মুরুম শোল্লিদুবো ?

চাউথোই হি তোংমিন্নরিবা যাত্রীকশিংসিদনি ইমা।

মমা নঙ ববাগী শৈরেং মতেক অমত্তং পারগা তাহল্লুদনা।

চাউথোই অং পাগে ইমা -

[redacted]

খোণ্ড্রেল *চেহুরী, চেহুরী যমুনাগী ঈচেলসে পূকচেল তপ্না / তাউথরী, তাউথরী হিনাওসে লমলানবা যাত্রীক ঐখোয়বু পুদুনা/অরাম-থৌরাংবা জগৎকী নি/কন্নক-মীহৌবা তাইবঙগীনি/চংনিঙবা ধর্ম চংলু/অশাঙ্বা নীতি চংলু/চাক্রি ফিনিগী তিংখোরক্লিবা খুৎ/মায়থীবা শীবা হৌনদে হে মীওইবা/মীনুংশি, বাহৈখক্তনা য়ারোই/পূক্লীংদা ফাওবনসু মপৃং ফারোই/শৈরেংদা শীংথাবনসু মহয় য়াম্লরোই/চাক হায়বসে মীনুংশিনি অরাম্বদা/ঈশিং হায়বসে ধর্মনি থৌরাংবদা...*

মমা তপ্না কুমথৌ ইবুংঙো, অমুক নাম্বনি।

চাউথোই ঐখোয়গী লৈফমদা চংলদ্রা ইমা ?

মমা চংলসি, ঙাইহাক্তং পোথারুসি বারে।

চাউথোই ইমা পোত্থবীরমগেরা ? ঐ লৈফমসু খঙঙে, অদুম লাকঅগে।

মমা কদায় চংখোকউগে হায়রিনোনে ?

চাউথোই যূমদা টেলিফোন অমুক্তা তৌখিগে।

মমা ইমা ঙাইগে, তৌরুরোনে।

চাউথোই ইমা বারগদি পোথাবীরম্বনা ফরোইদ্রো ?

মমা চংমিন্নরসিদা ইমা ঙাইগে, য়াবরা হংঙুরো। দুকানসিগী ফানসিদা ফম্ম্মগে।

চাউথোই (হিন্দীদা মরোল খরা হংই) হলো হলো । পায়রকইসি কনানো ? ...রাধিকানি হায়বা ! ...মিনিট তরাগী মতুংদা অমুক তৌরক্কে, ঐখোয় গীতাদু অমুক্তা পায়হনবিরকউ। ...ঐখোয় গীতাদু অমুক্তা কৌবিয়ু হায়বা, ...বৃন্দাবন্দগীনি, ...মদূদি কোন্না ঙাঙনগদবা বানি রাধিকা। ...বারৌবা বারৌদবা করিমত্তা লৈতে। নঙগী লোনচংতো পামদবা। শেল পীজরগা থবক তৌরিদুদি। নঙদি য়াম্না থোইচং বাংচংনৈ, ঐগী থম্মোয় শোকপা থবক য়াম্না তৌই। কান্নদে ঐখোয় গীতাদো অমুক্তা কৌবিয়ু। ...করি ? কৌরোয় হায়বা ? অদুদি নুংঙাইবা পাউ অমত্তা তন্বীয়ু। ...ঐখোয় গীতাদা ঐগী নুংঙাইবা পাউ অমত্তা তন্বীয়ু হায়বা। কলকত্তাদা ঐ, ঐচ আই ভি টেস্ট তৌরকঅ, পোজিটিব ওইদ্রে। ঐসে ঐচ আই ভি পত্ত্রে হায়বা।

*অরোইবা যদ্র ঈশৈ*

# তরামাথোইশুবা তাঙ্কক

*অহৌবগী যন্ত্র ঈশৈ*

মিলন — রাধিকা।

রাধিকা — করি অথুবা লৈরে সার ?

মিলন — লোইশিল্লো ওফিস চৎমিন্নপ্রসিদনা ?

রাধিকা — ঐ খরা তপ্লা লাকচগে সার, ঙনসু ঙল্লিদনা।

মিলন — ঐনা ঙল্লকইসি মরম লৈরমগনিদা।

রাধিকা — মরম লৈরগনা সোমদা ঙাইহাক্তা লেঙশিনবীয়ু।

মিলন — য়ারেনে নঙসু ফম্মুদনা।

রাধিকা — সারনা ওফিসতসু ঐবু পঙকৌতা কৌহ। য়ূমদসু পঙলাক্তা লাকপীরিসিবু কনাগুম্বনা উরগা ফজরিব্রা ?

মিলন — করিনো মকোক্তে অমুক হৌদোরকইসিনা ? ফজবা ফজদবা নঙ ঐ থুংনরগদি করি অকায়বা লৈরিবগেনে ?

রাধিকা — অদুবু থুংনদ্রিফাওবদি থুংনদ্রিদনা সার।

মিলন — নঙ ঐ মতম অমা লেপথোক্লরসি রাধিকা। অহল-লমননসু অর্দস্টেন্ডিং অমদি লৈনরেদনা।

রাধিকা — সারনা অহল-লমন থাবীরকইদ্রবু করিগীনো ?

মিলন — চুম্না সুম ইমাখোয়গা খঙননীংবগী ওইরিনিদা। অদুবু কৈদৌরগে ?

রাধিকা — মসিগুম্বসি ঐদি য়াম্না হৈনদেবো ?

মিলন নঙবু ডিটরমিন তৌরে হায়দারনে ?

রাধিকা অদুবু কন্দিসন অমদি লৈরিদনা।

মিলন ঈ টেস্ট তৌবা হায়দুরো ?

রাধিকা অদুবু তৌবিরম্রো ?

মিলন অদুদি নঙনা নুংঙাইত্রগা ওসিমক চৎলগা য়েংথোকউবা য়াই।

রাধিকা সারখক্তা চৎপীরুবা য়াই কৈদৌরগে ?

মিলন অদু তৌরগদি লুহোংনবা থৌরাং হৌবা য়াগেকো ?

রাধিকা ঐসু মীনি। হায়দোকখুবা যাদি ওঙ্কনিদা সার।

মিলন ওকিস চঙঙ্গিঙেদা য়েংথোকউবনদুম করেনে। ঐসু অমুক্তং য়েংথোক্লীংববুদি কুইরবনিদা। হন্দক্তি তান্দুম চারে রাধিকা। ঐ চৎলম্লগেনা ?

রাধিকা ঐ খোজালকাওবদং থীন্দোকচগে।

মিলন রাধিকা।

রাধিকা ঙাইহাক লৈতনা ঐবু সারগী ওকিসতা কৌবদো ঐ য়াম্না ইকাইজে, মীনা য়াম্না ঙাঙনৈকো।

মিলন নঙনা পামদবা অমত্তা চখজরোই ইবেন্মা। আই, আদা খোজাললোমদা চঙঙ্গিবসিবু চাউথোইখোয়গী ইমা নৎত্রো ?

রাধিকা মান্নিনে। বৃন্দাবন্দগী কৈদৌঙে থোরকই জাংনো ?

মিলন অদুদি লৈহৌরো, ঐ খরা হাল্লন্মগে।

রাধিকা ফনি সার। (কার থৌখি) ওঋাখোয় থোরকঅবোইরে। ওকিস চৎপসু ঙনমল্লি, ঐ অমুক্তা হংঙুখিগে।

মমা গীতা ইমাগী চন্দন উপু পুথোরকউ। এ, বৃন্দাদেবী মখোঙদা ঈশিং সনাবুল অথনবা অমা লৈরেদনা, ফরে ফরে।

গীতা সিদা চন্দন উপু লৈরে ইমা।

মমা লাইনিংথৌ সনামহী লৈমরেল মমাঙদা থাউমৈ থাম্লব্রো ?

গীতা থাল্লে ইমা। ইচে, ইচে রাধিকা চঙঙকও।

রাধিকা কৈদৌঙে য়ৌরক্কে ইমাবোক ?

মমা ইমাবোকখোয় ঙরাং য়ৌরকএ। ফম্মু ফম্মু।

রাধিকা য়াম্না থুনবু হল্লকইনে ইমাবোক।

মমা ইমাইপেম্মা সি কাওবা নঙহৌরোইদৌ শম্নামুক্তা ঙায়। নঙ ওঋাগী থবক্কী পরীক্ষা অমা ঙসিসে থোকইয়ে।

রাধিকা ওঋাগী থবক্কী পরীক্ষা ...!

মমা হোয়নে। দিল্লীদা লৈরিঙেদা য়োমেশনা টেলিকোন তৌরক্লুনা খুদক্তা ত্রিকেট ককঅগা অদুম হল্লকঅবনে। নচেগীদি করি খাইখিনি গীতা ? ইমাগী

চন্দন খরা পুবিখো ইবেন্মা। ইমাবোক করিমত্তা লৈরকপা নংদেদা। তুলসিগী উরীক অমগা পুখো।

গীতা — ইচে রাধিকা, সিদা চণ্ডুকখোনে।

রাধিকা — অং, চণ্ডুকে। ঐ অমুক্তা চণ্ডুখিগে ইমাবোক।

মমা — চণ্ডু চণ্ডু।

গীচা — সিদা অমুক্তা ফমখোসে, ইচে।

রাধিকা — করিনো ময়োম্দুবো ?

গীতা — ইচেদা পীনবনে। বৃন্দাবনদগী চন্দননে, উরীকনে, গঙ্গাজলসিনে, রাধাকৃষ্ণগী যুগোলরূপসিগা পুবিখো।

রাধিকা — ঐবু লম্বোইবী ওল্লো হায়রিব্রা গীতা ?

গীতা — দরকার য়াম্না লাকঅনি। লুহোংদৌরে হায়দাইনে ? সি পায়সিনবীরো।

রাধিকা — ওঝাবু কদায় চখোকখিগে ?

গীতা — ঐখোয় তামোদি শুরাং হেক য়ৌরকপগা তামো রোমেশনা লৌবা লাকুনা অদুম চৎখ্রে।

রাধিকা — রোমেশখোয়দা ?

গীতা — অং, পরীক্ষাগী সেন্টরগা নক্লরে হায়। নোংমা নীনিদি অদা গোখানি হায়রম্মী। অদুনসু কৈদা। সিদা লৈরগা মথা শানবনি।

রাধিকা — ওঝানা থাদৌ পরীক্ষাবু করি ফমগীনো ?

গীতা — ফমদি খণ্ডদে। এম সি এসকী পরীক্ষানি হায়। হায়া অমুক য়ৈখোকখিবনি। হুন্দক খণ্ডলেপ লেপশিল্লকপা ওইরম্লে।

রাধিকা — য়াম্না চাউবা ফমগী পরীক্ষানি। মঙ্গল ওইরকঅদি ফনিদা।

গীতা — ইচে রাধিকা, নঙগী লুহোংবগী মতম লেপ্লরব্রা ?

রাধিকা — কনাগা হোংদোইবা ?

গীতা — সার মিলনখোয়গী অহল-লমন লাকঅম্মি হায়দায়নে ?

রাধিকা — গীতা নঙগীসি য়াম্না নিন্দা তৌনা হংবা মাল্লিবো ?

গীতা — কৈদৌবৈ নিন্দা তৌদোইনো ? ইচেনসু য়ারে হায়দায়নে ?

রাধিকা — য়ারে। সার মিলনগা ঐগা লুহোংবা য়াদে হায়বা লাইফাও লৈব্রনে ?

গীতা — করিগীনো শাউগৎপীরিসিবো ? ইচে নংব্রসু ঐখোয় তামোগী মরাইবক্তা তম্বা অমা মরাইনা লৈজরমগনি।

রাধিকা — মিলনদু নঙগা য়াম্না লুহোংনীংব্রো ?

গীতা — হোংনীংই। ইচেনা মুনবিগ্রেদনা।

রাধিকা — গীতা নঙ ঐগা ৱারী য়াম্না শাগদবা লৈকো।

[redacted]

রাধিকা — রোমেশ নংত্রো ?

রোমেশ — এহ্‌, রাধিকা। কদোম্দৈনো ইথা থাজদনা।

রাধিকা — য়ুম খঙনীংদনা চুম্না সুম লাকপনি। ঙসিদি ওফিসতসু লাকপা উদেনা।

রোমেশ — অং ঙসিদি ছুটি লৌরে। লেঙসিনবীরকও।

রাধিকা — রোমেশখোয়দি য়াম্না নুংঙাইনা লৈনা। কোনুংগা চপ মান্নরেদনা সিদি।

রোমেশ — কদায়দৈনোদা , পংথাদ থাগৎপীরে। য়ারে হেক্তা লেঙশিনবিরকও।

রাধিকা — মপান্দা সুম ফম্বসু য়াইদ্দা। কদায়দা চৎকে তৌরম্মীনো ?

রোমেশ — ইমা লুহোংবা চৎখিবনি। লৌবা লাকউ হায়রম্বা। করি ৱারী লৈগে ?

রাধিকা — ওঝা সিদা লৈখি হায়বা।

রোমেশ — আ মাদি পরীক্ষা হল্লকপদা ঙাইহিরি। ৱারে হায়না ইমুংদা পোখারিয়ে।

রাধিকা — তুমথগ্রবা জাৎলো। ঐ মাগা ৱারী অমত্তা শানীংবা লৈ।

রোমেশ — য়াম্না লুবা নৎত্রগদি ঙসিমক শাদ্রসু য়াইনা।

রাধিকা — য়াইদ্দা। অদু ঐ লাকই হায়দনা অমুক্তদি খঙহনবিগেরা ?

রোমেশ — য়াই , ঐ হায়জগে। সুম ফম্বীয়ুকো (চঙখি)।

রাধিকা — ফনি। (মথক্তা) ৱানা লাকঅগা অমুক উনবা ফংঙোইদৌরিজাৎলা। ৱাববুদি শেংনা ৱারম্মনি। অদুবু ... উন্নদ্রগসু ...

রোমেশ — (থোরক্তুনা) তুম্ববুদি তুমদে। আ মাদি ঙাইহাক্তুং চীক্না পোখানীংই হায়। করম হায়না তৌনি ? ঙাইহাক ঙাইবীখিগদ্রা ?

রাধিকা — হল্লসু য়ারেদা। ঐ লাকই হায়বদি খঙব্রেকো ?

রেমেশ — ঐঙোন্দা ওইনা ৱারৌদৌ মানশিল্লকএ। ইমুংদা অমুক্তা লেঙশিল্লকউসে। করিমত্তা হঙ্গোইবীনু, ঐগী ড্রোইংরুম শোমদা। হেক্তা চঙবীরকও। চাউথোই, চাউথোই... (ঙাইহাক তুমীন লৈনৈ)

রাধিকা — ঐ চৎলগে, পোখাবীহৌরো।

চাউথোই — অদু হায়বা লাকইরা ?

রাধিকা — অদু তারেদনা। থোকখ্রগে।

রোমেশ — মাঙ্গোলদা ঙাইহাক্তুং ফম্বসু য়াইয়ে। ঐসু লুহোংফমদা ইমানা ঙাইরম্মনি, অমুক্তা চখোকউখিগে।

চাউথোই — নঙগীদু চখোকউরোনে। ঐখোয় থোঙ্গালগী লম্ধাংসিদা ফম্মমগে।

রাধিকা ঙরাং থুংঙৈ হায়বা ?

চাউথোই অং। লম্বাংসিদা ফমসি। ঐ সিদা লৈ হায়দি কমহায়না খঙইবা ?

রাধিকা অয়ূক ওঝাখোয়দা চঙজুই। পরীক্ষা কমদৌখি ?

চাউথোই ফজনা তৌরম্মী। হাননা সেলেবস পীথোকঅগা তৌবনিদা। *হেমলেট*সু সিলেবসকী মনুং চল্লি। নঙনা নোংমা হায়খিবা ৱাহংদুমক লাকই।

রাধিকা মতম চানা লমন খুন্বা ঙমদবগী মরমদুরা ?

চাউথোই অং মদুমক ঙসি হংলকই।

রাধিকা মরম অমদি নোংমা পীগে হায়খিকো, নীংশিংলিবরা?

চাউথোই নীংশিংই, ঙসি পাউখুম ওইনা পীরম্মে।

রাধিকা ঐসু অমুক্তা খঙজহৌগে। করম হায়না ইবীরম্মী ?

চাউথোই হেমলেটকী খ্বায়দগী লাইবক থীরিবসি, লৈখিদ্রবা মপাবু কাউথোকপা ঙমদবা, অদুগা হীংহৌরিবা মমাবু ঙাকপিবা ঙমদবা অসিনি। য়াম্নমক অমুক লাইবক থীরিবনা মপাগী থৱায়না ওল্লকপা ভূত্তু তশেংনা থৌজাল হৈতে, শান্তি পামদে, নহা ওইরিবা হেমলেটতা লনম খুম্মু হায়দুনা তকশিল্লী। অদুবু হেমলেট না হাৎকদৌরিবা মপা অদুদি মমানা ঙাক শেন্দুনা লৈ, মমানা মখুরা নিংথৌগী মহারাণী অমুক ওইরি । অতোপ্পা অৱাবা অমনা পুল্লিচুপ্পা মপাগী লমন খুম্নবা লাইনীং ওইজরিবা হেমলেটনা শোয়বদগী অতোপ্পগী মপা অমুক হাৎলুরে, মদুসু মমান্নবা লিয়ারটসকী, মহাক্লা নুংশিজবী ওফেলিয়াগী মপা, পোলোনিয়স। ৱারী অসিদি নঙসু খঙলমগনি।

রাধিকা ৱারীবুদি খরা খঙঙে।

চাউথোই অতোপ্পা য়াম্না সাইকোলোজিকেল ওইবা ৱাফম অমনা ঃ হেমলেটনা মখুরা নিংথৌ ক্লোসিয়েস হাৎপা তারগদি, মহাক্লা নিংথৌ ওইবা তাই, বিকোজ হী ইজ দ প্রিন্স ওফ দেনমার্ক। অদু ওইরগদি মহারাণী ওইরিবী মহাক্কী মমাদু মহাক্কী মহারাণী ওইবা তারকই। মহাক ঙমগদ্রা য়েংউ। কয়াদা লুপ্পবা সমস্যানো ? ওদিপস কমপ্লেকস হায়দু মসিনি।

রাধিকা ওঝা মদুমক য়ৌশিন্না ইরম্বা ?

চাউথোই করিগী ইদনি। *হেমলেট*কী ৱাদা নত্তেঃ হন্দকী পরীক্ষাসে ঐ সোয়দনা মায় পাক্কনি থাজে।

রাধিকা সোয়দনা মায় পাকলক্কনি। ঙসিদি ওঝাগী মায়থোঙসে য়েংবা য়াম্না নুংঙাই, মহৌশাগা মান্নদে।

**চাউথোই** মদুগী মরম অহুম লৈ। অমনা পরীক্ষাসি শেঙ্গা-খুমজা য়াওদনা ঙসি হুয়েংসিগী মনুংদা হায়দোক্কনি হায়বা অমা; অতোপ্পা অমনা, লৈখিদ্রবা ববানা ঐবু খোঙথাং খুদিংগী শেন্নবীদুনা ঙসিগী ঐগী পরীক্ষাসি ফময়হনবীবনি হায়বা বাখলগী মঙাল অমা ফংলকপা; *হেমলেটকী* শিল্লবা মপাগী থবায়না ওল্লকপা ভূত্তো ঐখোয় ববানা ওইবিরমদবসি ঐগী পুন্সিগীদি অঙকপা মঙ্গলাশীবর্বাদকী মশক্তি। ববাগী বাহৈশিংসি ঐ ঙসাইদগী পারম্লিবনি। পারক্কে নঙসু তাউ।

**খোঞ্জেল** *নীংবা কায়বা/অদুগা নিশাদা লাইচুগে খল্লিবা/নত্তে, নঙ লমহেনগদৌরেনে/ইপাগী ইবুংঙো, ঐ ননাক্তা লেঙদনা লৈ/চখোকখিগনুনে, মহৌশা লাইরেম্বীনা হাংদোক্লবা লাইরিক অমগুম/নঙগী মীংমাঙদা করি বাংলিবগেনে ঙসি ইচাগী/নঙনা লম হেল্লবা/কপকনি ঐদি অহীং চুপ্পা/নঙগী থোঙনাও মপান্দা তোংদুনা/কপকনি নঙগী অপোকপগী লাইবক যীপ্লবা থবায়না/লম্ফে চংকনু, চপ লেপকনু। হৌগংলু/চঙশিল্লু, খেংনৌ, মায়োক্রৌ/চাম্মরক মায়থীসনু, খেংনৌ মায় পাক্তিফাওবা/খেমজিল্লু নঙগী ববাগী চাক্লবা থবায়...*

**চাউথোই** বাহৈশিংসি নুংশিদ্রা ? *হেমলেটকী* মপানদি লাউরি ঃ খঞ্জাননু চঙশিল্লু, থাঙশাঙদু পায়খৎলু, লমন খুম্মু, নঙনা নঙগী অপোকপবু নুংশিবা তারগদি লমন খুম্মু, কাউথোক্কনু হেমলেট ঃ লমন খুম্বা।

**রাধিকা** খেন্নবা খঙজরে ওঝা। অদু, ওঝানা ঙসি য়াম্না নুংঙাইবগী অতোপ্পা মরম অমদি হায়খিদ্রি। হায়গদবা অমা বাংলি।

**চাউথোই** ও। অহুমশুবা মরমদো ? নঙ লুহোংদৌরে হায়বা পাউ তাবা।

**রাধিকা** ও .. ঝা..

**চাউথোই** ঐ য়াম্না নুংঙাইরে রাধিকা। ঐ থম্মোয় শেংনা হায়রিবসিনি ঃ ঙসিসে ঐগী খ্বাইদগী নুংঙাইবা নুমিৎনি।

**রাধিকা** খ্বায়দগী নুংঙাইবা নুমিৎ ওইরগা, মীৎলুদগী করিগী পিনো ...

**চাউথোই** পি মসিদি ঐসু মীওইবা অমনি হায়বা তাকপনি।

**রাধিকা** ও .. ঝা ..

**চাউথোই** ঐ নঙগী ফিরেপ্পু ইকায় খুম্লে রাধিকা। নুংশিবা অমদি থুংনবা অনী অসে খক তৎনহন্নীংদে। থুংনবগী পান্দম ফংনবগীদমক কায়নবা কয়াসু থোকখিবা য়াই। অদুনা ঐ নুংঙাইরিবসিনি ঃ কায়নবা খুদিংমক অবাবা নত্তে রাধিকা।

**রাধিকা** ওঝা নঙনা করিগুম্বা কান্দা ঐবু নুংঙাইহন্নবা বাখল অমত্তং খনবীখিবা লৈখিদ্রা ?

**চাউথোই** পুন্সিগী মীকুপ খন্দুনতা লাকখি - মদুবু অমত্তগী বারা ?

রাধিকা — মদু ফোঙদোকপীখিব্রা ?

চাউথোই — ফোঙদোক্রুপদি করিমত্তা খঙদে হায়দৌরিব্রা নঙনা ?

রাধিকা — ও .. ঝা ..

চাউথোই — করম্মসু ফোঙদোক্লুনি। ঐগী নৌনা লুম্ব্রাশিংদা চল্লবী ইমাগী থম্মোয়সে; মীকুপ অমত্তা ওইরবসু মপান নাইদনা চাউথোকচনবা হোৎনরিবা মীশক্তি। অদুনা নঙী লাইবক্কা, ঐগী লাইবক্কা মায়ওন খেৎনৈ রাধিকা।

রাধিকা — ওঝানা ঐঙোন্দা চাউরবা নমথাক অমা তৌবীরে।

চাউথোই — নঙনা অর্থ খঙদবননি, নমথাক ওইরিরোই রাধিকা, নঙসু খল্লু, মদু নমথাক ওইরিরোই। ঐদি নঙসু খঙলিবোয় খল্লুই। নঙগীদমক চাউরবা মফম অমা কল্লি হায়বসে। নঙসু খল্লিবোয় নীংলুই রাধিকা, নঙনদি খঙলিরোই : থেংলবা অহীং কয়াদা ইথক্তা হাংলবা লন্মাংদা ফমলম্মী, খল্লম্মী; নঙনা ঐবু ইম্বোকপা ঙস্বগী মীকুপ অমা লাক্লিঙৈ ঐ শিখিবনা ফে হায়না।

রাধিকা — নুপী ওইবী মপোকসে কয়াদা তোনথ্রবনো ওঝা। থম্মোয় অমগী মপু ওইরি হায়রগা মীবু অসুম্মা লাক্লবিবদি হৌনব্রা ? ঐবু হন্না হন্না চৈবীয়ু, নিন্দা তৌবীয়ু। অদুবু মখোক লোয়রবা থম্মোয়সিনা ওঝাবুদি নিন্দা তৌদনবা হোৎনজগে। নুপী ওইবীগী শোল্লবা য়ুমফমসিদা ওঝানা অচুম্বা শক্লা লেপ্পীবা তাবনি।

চাউথোই — রাধিকা কায়নবা হায়বসিদা অচুম-অরানগী অর্থ করি থোক্লিবগে ? অদুবু। ফিরেপ অদুমদি নঙগী থম্মোয়না লৌখিদনা ? লৌখিবা ফিরেপ অদুবু নঙগী থম্মোয়না হোংদোকপা ঙমখিগদ্রনে ?

রাধিকা — স্বর্গ লিশীং নীংখায়রক্লবসু নুপী ওইবীগী থম্মোয়না ফিরেপ অদুদি হন্দোকপা ঙম্বা ওইথোক্তে।

চাউথোই — পাউখুম অদুনা নুপা ওইবা থম্মোয়গী ঙমখৈনি। সে,করি মরমগীনো খঙদনা ঐগী থম্মোয়বু পুনশিনগে খনবীখিবা নঙগী সনাগী লীকফাংসে পুখো।

রাধিকা — করিগীনো মসিদি ?

চাউথোই — ঐগী পাউখুম লোইরে। মতুং তাবদি ব্রাহং পুন্নমক ব্রাহং ওইনা লৈজরসনু।

রাধিকা — ফরে । চৎলগে ওঝা,

# তরানিথোইশুবা তাঙ্কক

*অহৌবগী যন্ত্র ঈশৈ*

রোমেশ ঐবু কৌবীব্রা সার ?

মিলন লেঙশিল্লকউ রোমেশ, ফম্মু।

রোমেশ ঐসু চিনমনবসিদা সারগীদা নোং'ফাওবা চখোরকপা ঙমদে। লুহোঙবদি কুইরম্মরোই।

মিলন হোংদবসু য়ারিদা। চাউথোই এম সি এস পরীক্ষাদা মায় পাক্লকপা য়াম্না নুংঙাইরে। করি ডিপার্টমেন্টতা লৈগবা মাল্লি।

রোমেশ আর্ট এণ্ড কলচর ডিপার্টমেন্টতা ঙরাং জোইন তৌরে সার।

মিলন ও। ফরেদা। ঐ নোংমতং চা অমত্তা থকমিন্ননীংইনে।

রোমেশ মানসু শোল্লি সার, ঐ শোয়দনা শীঙ্গরক্নে।

রাধিকা ঐ অমুক্তা চঙজরক্নে সার ?

মিলন ও। রাধিকা চঙঙকউ।

রোমেশ অদুদি সার ঐ অমুক...

মিলন য়ারে । অদু ঐনা হায়বদু অমুক্তা শীন্নসি।

রোমেশ ফনি সার (থোকখি)।

মিলন (চীং লেম্না) রাধিকা, ফম্মুদনা।

রাধিকা হকচাং নুংঙাইবীদব্রা সার ?

মিলন কৈসু তৌদে। অদুবু য়াম্না হামচৎনবা অমদি ফাওরকই।

রাধিকা করি থোকখিবা য়াওগে ?

মিলন কৈসু থোকখিদেয়ে।

রাধিকা ফাইলসি অথুবা ওইরম্লে, সোই অমুক্তা তৌশিনবীয়ু।

মিলন অং। ওসিদি ঐ ওন্না হনগে। য়ূমদা পোত্থাবা পাম্মী। থা তরুকমুক্তং ছুটি লৌথোক্কে খল্লিবা।

রাধিকা লুহোংবগীবু অদুক শাংনা ছুটি লৌবদি য়ারক্কদ্রা সার ?

মিলন লুহোংবগীনি হায়গ্রব্রনে ঐবো ?

রাধিকা মদূ নত্তনদি অতৈ করি ?

মিলন রাধিকা।

রাধিকা অদুক শকফম হনজিল্লিদুবু করিগীনো সার ?

মিলন ঐ ব্রাফম অমা ফোওদোক্কে। মসিনা নহাকপু থোইনা শোকহল্লোই খল্লি।

রাধিকা সারগী ব্রাফমসিবু...

মিলন নঙনা চিংনবদুমক চুম্মে রাধিকা।

রাধিকা ঐনা চিংনবা হায়বদি...

মিলন নঙ - ঐ লুহোংবা হায়বদো ওইথোক্লোইদৌরে রাধিকা।

রাধিকা সার !

*মরক্কী অতেনবা যন্ত্র ইশৈ*

রোমেশ ইহে, ইমা লেঙশিনবীরকও।

মমা কদোমদনোনে ঐখোয় চাউথোইনা ফম্মী হায়বা কাদূবো ?

রোমেশ অব্রাংথংবা সোমদা লৈরে ইমা।

মমা মাবু করম হায়না ফম্মীনো, ইমা অমুক্তা য়েংগেনে। নঙবু থবক চিনব্রো ?

রোমেশ চিন্দেদা ইমা। লাকপীরো সিদা ইনক নক্লা লৈরে।

মমা মাগীসিবু কয়াম চাউবা থবক্লোনে রোমেশ ?

রোমেশ সার মিলনগা থাক হায়ফেৎ মান্নরে ইমা। (নোক্লগা) অচৌবা ওফিসার হায়দু ওইরবনিনে ইমা।

মমা চাউবা পীকপা হায়বদুদি মীয়াম্না লেপকদবনি, ইশা-ইশানা লেপচগদবা নত্তেদা।

রোমেশ সিগী কা'সিনি ইমা। ঐ অমুক্তা লৈব্রা য়েংজরক্কে।

মমা য়েংঙো য়েংঙো।

রোমেশ ঐ অমুক্তা চঙজরক্কে সার।

চাউথোই লেঙশিনবীরকউ লেঙশিনবিরকউ।

রোমেশ করিনো ফমফমদু শোইরেনে সার।

চাউথোই — এহ্। ঐদি অতে ওইরবোই নীংই, ওহ্রেক্রা ঙাওশিন্নরেদা অয় রোমেশ।

রোমেশ — মশান্দা অতে মী য়াম্না ঙাইনরি, ঐ অমুক্তা কৌশিঙ্গরকে।

চাউথোই — (ঙক্লা) কনানোনে ?

রোমেশ — মথন্তা লৈ য়ানি, ইমা লেঙশিনবিয়ু। ঐদি অথুরা অমথক লৈহৌরি, অমুক লাকচগে, ফম্বীরম্মুকো ইমা।

মমা — হোয় হোয়, ইমা লৈরমগে।

চাউথোই — লেঙশিনবীয়রকউ ইমা।

মমা — চাউথোই।

চাউথোই — নচা মঙ্গল ওইজরে, নখোঙ শোক্লা খুরুমজরি ইমা।

মমা — মঙ্গল ওইয়ু, মঙ্গল ওইয়ু। পুন্সি নুংশাংনা মীয়ামগী সেবা মপূংফানা তৌবা ঙমজরোকো।

চাউথোই — ইমা।

মমা — ঙসিদি করিগী পিনো ইবুংঙো ?

চাউথোই — নুমিৎ অসিতবু ঙাইরকপনি। ঙসিদি নখোঙ কোন্দুনা পেন্না কপচবা অসিখক্তা পীনবীয়ু ইমা।

মমা — ইমাগী চাউথোই, ইমাগী লাইরবা, ইমা পেল্লে। অচুম্বগী নুমিৎ তাখিদ্রি হায়বদো ঙসিদি ইমাদা নঙনা উৎলেদনা।

চাউথোই — ইমা, নৌনা লুপ্রা শীংদা চল্লকপগী মতম কুইনা লাংলক্লবা পুন্সিগী মৈশা, কুমজা কয়াগী মরুবা চিন্তাগী মায়থোঙদা কুইনা উবা ফংলুদ্রবনি। মায়থোঙ মকা লাম্না অমুক্তা নোকপিয়ু ইমা। পাপ চেল্লবা নচাগী মীৎসিনা অমুক্তা পেন্না য়েংজগে ইমা।

মমা — ইমা নোকখিরোই চাউথোই, মসিনা অরোইবা নত্তে। ইচুম চুম্না সমাজসিনা চন্নফম পীবিদ্রবা নমান্নবা কয়া লৈহৌরি। মমা লিশীংগী থম্মোয়দা তারিবা নোংথাঙগী অশাংবা দাকফমশিংদো ঙসি হায়বা নুমিৎসিদা কোক্লব্রনে ইবুংঙো ?

চাউথোই — সমাজসে মোৎমনখ্রে ইমা। মসিবু শুদোক-চমথোক্লবা অনৌবা থৌনা পাম্মী।

মমা — নঙনা মীয়ামগী থবকসি পায়রকপগী অহানবা পান্দমদি করিদা থল্লিবা ?

চাউথোই — শেঙ্গা-থুমজা মুখৎপনি ইমা।

মমা — ইমা য়ারে। নঙগী ফম্ফমদা অমুক্তা ফম্মু। ইমানা অমুক্তা য়েংনীংইসি মদূনিনে চাউথোই।

চাউথোই — ইমা। নচাগীদমক্তনি হায়দুনা থারিবা ফমফমসিদা ইমানা হান্না অমুক্তা ফম্বীরম্মু।

মমা — চাউথোই ইচাগী থম্মোয়না অদু য়ৌরগদি নঙ ববাবু হান্না অমুক্তা ফমহন্লুদনা

[redacted]

চাউথোই ইমা...

মমা নঙনা পায়রিবদুবু নঙ ববাগী খূৎই লাইরিক্তু নৎত্রো ?

চাউথোই মানি ইমা। মসি ঐগী ফম্ফমসিদা থমসিরা ?

মমা হোয়নে অমুক্তা থম্মুনে। অং অদূম্না ।

চাউথোই ববা নঙনা মীকুপসিদা হিংবীরম্লদিকো।

মমা কদায়, খূৎই লাইরিক্তু ইমাদা পীরকউ। নঙ ফম্ফমসিদা ফম্মো চাউথোই। মীকুপ অসিদা নঙ ববানা হায়নীংলম্বা ব্লাহৈশিংদো ঐ হায়রক্কে - পূক্লীং চঙনা তারো।

চাউথোই ঐবু সিদা ফম্মদ্রনে ইমা ?

মমা ফম্মো অং অদুনিদনা, লাইবক হাম্না কৎকদবনি। ইমা পারক্কেকো :

খোঞ্জেল *নঙনা করিগুম্বদা মায় পাক্লবদি মায়থীব্রবশিংদু কাউথোক্কনু/কাউথোক্কনু তেল্লবা মপোক অসিগী থৌংদাংদি লৈতা লাইরশিংগী সেবানা ওইগদবনি/নঙনা করিগুম্বদা ফিভম খরদং ফগাংলবদি নঙনা ব্লারি নঙলিঙৈ মতমদু খক কাউথোক্কনু : নীংশিংউ মদূদগী হেন্না ব্লাবা ইমূং কয়া ঙসিসু হিংলি হায়বা/অরাম্বা মীদি খোয়শাউনরি খক কাউগনু/নঙগী অব্লাংবা ফিদম কয়া অপীকপা ব্লাখলদা চিংথনবা হোৎনরি খক কাউথোক্কনু/অচুম্বনা ফৈ খঙনা খঙনা অরানবা হৈনবা কয়ানা নঙবু কোয়শিন্দুনা লৈ কাউথোক্কনু/চেক্সশিল্লু : মীওইবগী খ্রয়দগী তমথীবা য়েক্লবদি- মীনি, মী/চেকশিল্লু, নঙনা তেংবাঙখিবা মীওই কয়ানা নঙগী মাংনবা শীল্লকপা য়াই/অদূম ওইনমক নুংশিবিয়ু মখোয়বু, তেংবাঙউ ওইথোকপা য়াবা হীরম খুদিংমক্তা/অচুম্বা হায়বসিনা নঙবু ঙাক শেন্দুনা লৈগনি/মতম চুপ্পদা; চঙশিল্লু, কিগনু, থেংনৌ অদূম্মক মায় পাক্কনি...*

মমা পূক্লীং চঙনা তাহৌব্রা ইবুংঙো ?

চাউথোই তাজহৌরে ইমা, অদূবু অমুক্কা তপ্পা পাবিরক্কেরা ?

মমা অং ইমা খরা শমজীন্না অমুক পারক্কে :

খোঞ্জেল *কাউথোক্কনু, তেল্লবা মপোক অসিগী থৌদাংদি লৈতা লায়রশিংগী সেবানা ওইগদবনি।*

চাউথোই লৈতা লায়রগী সেবা... মপোক অসিগী থৌদাং ...

খোঞ্জেল *অরাম্বা মীদি খোয়শাউনরি খক কাউগনু/নঙগী অব্লাংবা ফিদম কয়া অপীকপা ব্লাখলনা চিংথনবা হোৎনরি কাউথোক্কনু।*

চাউথোই অব্লাংবা ফিদমবু... অপীকপা ব্লাখলনা...

**খোম্বেল** *অচুম্বনা ফৈ খঙনা খঙনা অরানবা হৈনজবা কয়ানা নঙবু কোয়শিন্দুনা লৈরি কাউথোকনু/চেরাশিল্লু, মীওইবগী খাইদগী ভমথীবা য়েক্রুবদি- মীনি, মী।*

**চাউখোহ** মীওইবগী য়েক্রুবদি- মীনি, মী।

**খোম্বেল** *চেকশিল্লু, নঙনা তেংবাঙখিবা মীওই কয়ানা নঙগী মাঙনবা শীল্লকপা য়াই অদুম ওইনমক ...*

**চাউখোই** ঐ খঙজরে ইমা, অচুম্বা হায়বসিনা ঐবু মতম পুম্নমক্তা ঙাক-শেন্দুনা লৈগনি।

**মমা** চুম্মে। মদূমক্কি সিদা ইরিবসে। অদূদি ইবুংঙো নথৌ থিহ্নগনু। ইমা অমুক চংলগেনে ?

**চাউখোই** ইমাগীদি করিমক্তা হায়নীংঙাই লৈত্রব্রা ? ইমানা অপাম্বা অমত্তসু হায়বিয়ুদনা।

**মমা** ইমা কোন্না তপ্না হায়রগেদা। নঙনবু য়ারক্কদ্রনে ?

**চাউখোই** ইমানা হায়বদা নচানা য়াখিদবা করি লৈরগেনে ইমা ?

**মমা** অদুবুদি লৈখিদেদা।

**চাউখোই** অদুগা ঙসিনা করিগী চিংনবিরিবা ?

**মমা** ইমা অমুক্তা খল্লকখিগে। তপ্না হায়রগেদা চাউথোই।

**রোমেশ** করিনো হেক্তা হায়বিয়ু, কৈদৌরগে ইমা ?

**মমা** হৈমা নঙদি তুমীন্না তারম্মিবা ?

**রোমেশ** অতৈদি তাহৌদ্দেদা ইমা। ঐখোয় ওফিসারবু সার মিলন্না অমুক্তা উননীংই হায়রিয়ে।

**চাউখোই** নঙগী মীংগৌসি নুংঙাইখিদ্রেদা রোমেশ। খোক্তা খোক'সিসে।

**মমা** মিলননা উনসি হায়দি করিগী ওইরমদৌ মাল্লি ?

**রোমেশ** চুম্না সুম নুংঙাইবা ফোংদোক্লীংবগী ওইরমদৌ মাল্লি ইমা।

**মমা** অতোপ্পগা নিংঙাই শাংদানবা য়াদেকো ইবুংঙো। ইমাদি হল্লগে রোমেশ।

**রোমেশ** ঐ রিক্সো মফমফাও থিন্দোকচগে ইমা। অদু, সার মিলনগীদা হায়ফেত্তা চঙবীরম্মু।

**চাউখোই** খঙই য়ারেনে। ইমা ঐ লৈজহৌখিগে।

**মমা** লৈহৌরো, লৈহৌরো। ওফিস মতম হেক লোইবগা য়ুমদা হল্লকউকো।

**চাউখোই** (ঙাইহাক লৈরগা) ঐ অমুক্তা চঙজরক্কে সার্।

**মিলন** লেঙসিল্লকউ। কঙ্গ্রেচুলেসন মিস্টর চাউথোই।

**চাউখোই** থেঙ্ক ইয়ু সার।

**মিলন** অমুক্তা লেঙশিনবিয়ু। ঐগী পাস্ট মীসদিদ খরা লৈখি খনবীরম্বা য়াই। প্লিজ ফোরগেট এণ্ড ফোরগীভ মি।

চাউথোই থোইদোক্লা মায়া খঙখিবা লৈতেদ্রা।

মিলন তাঙ্গা চাবা অমদা ঐ নোংমা শেংদোকচগে। এনিবে থবক চিন্নবিরমগনি। ঐ য়াম্না শক্না য়াকম অমত্তা হৌদোকচগে।

চাউথোই করম্বা য়াকম ?

মিলন ঐ থা তরুকমুক্তং ছুটি লৌদবা য়াদ্রে। মরকসিদা চাউথোইনা ঐগী ওফিসসিদা ফম্বীরম্নবা ঐনা শীঙ্গবা অমথক লৈবা।

চাউথোই ছুটি থা তরুক্তি সারগী করি অচিনবা ... ও, লুহোংবদি লৈকো ?

মিলন য়াকমসি কনামত্তদা হায়দোক্কনু চাউথোই। ঐ লুহোংবা য়াবা মীশক অমা ওইদ্রে।

চাউথোই তাকপীরিবা য়াকমসিবু...?

মিলন হায়দোকপদা নুংঙাইতবা অশেংবদুনি চাউথোই। নঙগী খম্ববা ঙম্বা য়াখলদুনা হায়জরিসিগী অর্থদু লাম্বা ফংনবা হোৎনবিয়ু। এট দ সেম টাইম, চাউথোইনা পূকচেল চাউনা রাধিকাগী পুন্সিগীদমক খম্বীদবা য়াদ্রে।

চাউথোই সার।

*মরক্তী যন্ত্র ঈশৈ*

গীতা ইথা থাজদনা, করি থবক লৈগে, ইচে রাধিকা ?

রাধিকা য়াহংদু নুংঙাইতেকো গীতা। নঙগী কাদা ঙাইহাক্তং ফমসি।

গীতা লুহোংঙমদাইসি থবক চিন্দ্রনে ইচে ?

রাধিকা ইমাবোকতি চখোকখিব্রা ?

গীতা তামোগী ওফিস য়েংঙবদগী হল্লকপদা ঙাইরী। ইমুংদা ফোথারিয়ে। করিগীনো ?

রাধিকা হুং কৈসু তৌদে। ঙসিদি, ইচে নঙোন্দা য়াকম অমা শেংদোকপা লাকইনি গীতা।

গীতা ওইজবা ফংগদবা করি চিথ- নাম্ববা লৈরীবগে ?

রাধিকা ইচেনা ওইজবা থিরিব্রা, কখোকইব্রা হায়বদো শেংদোক্কে লাকইবসিনি , ঐ কৈদৌঙেদসু লুহোংলোই গীতা।

গীতা ইচেনা লম্বী পূম্নমক্সু লোইনা থিংজিল্লগা হৌজিক্লা করি খল্লঅবা ?

রাধিকা (কল্লপ) চুম্মী, লম্বী পূম্নমক ঐনা থিংজিনখি, থিংজিন্দবসু য়াদবনি, থিংসু থিংজিনখি গনি। অপঙবী নঙনা করি খঙই ?

গীতা ইচে।

রাধিকা — ঐনা নঙগা মিলনগগী মরীসু থিংজিনখিদনা ? ঐনা মতম চানা চেকশিল্লমদ্রগদি নঙ মিলনগা থুংনরমগনি নৎত্রা ?

গীতা — মদুদা ইচেনা অতত্তাই ওইনা অয়েৎপা শীরগা ইচেগী তোংজবা করি লৈগে?

রাধিকা — তোংজবা য়াম্না লৈ। সমাজ, মীয়ামগী ওইনা তোংজবা লৈ। ঐগুম্বা অমনা মিলনগুম্বা মীশক অমবু চেক তৌরমদ্রগদি ঙসি মঙোন্দা পক্লিবা লায়না অসি পাক-শন্না শন্দোক্লম্বা য়াই।

গীতা — লায়না হায়বদি ...

রাধিকা — নঙ-ঐনা খ্বায়দগী চেকশিনগদবা লায়নাদো। অপঙবী নঙনদি ব্রারৌখি। অদুবু, নঙ তম্না চঙশিল্লকপা মীশক অদুগী খোঙথাংদু লেপহল্লমদ্রগদি-নঙগী ঈদসু নহান্না...

গীতা — (মরক থৎনা) য়ারে লেপ্পীরো ইচে। ইস। ঐগী হকচাং পুম্বসি তু চুংই ইচে।

রাধিকা — থোকখ্রগে গীতা, ইচেগী পুন্সিসিদি মওং অমনিদা। সমাজগী খুদোংচাবা কয়া ফংলোই খঙই। অদুবু থম্মোয়সিদি মীয়ামগীদমক কৎলবনি। ইর্চে চৎলে।

মমা — (ইমুংদগী) ইবেম্মা গীতা।

গীতা — করি হায়গে ইমা ?

মমা — কনানো হৌজিক্কীদো, নঙগা ৱারী শাবদুবু হায়বা ?

গীতা — ইচে রাধিকানো ইমা। থোকখ্রে।

মমা — ইমানা অমুক্তা লাকখো হায়য়ু।

গীতা — আ থোঙ্গাল য়ৌখ্রেদা ইমা।

মমা — ইহে, ওঙ্থোকপনিদা।

চাউথোই — রাধিকা নৎত্রা ? অমুক্তা ঙাইখোদনা।

রাধিকা — করিগীনো ওঝা ?

চাউথোই — ঐ ওফিসতা জোইন তৌবগী পাউ তারক্লনি খল্লি। লুহোংবা ৱার্তোন তৌরকউ। অপাম্বা পোৎপাং অমত্তংদি হায়রম্মুদনা।

রাধিকা — হায়বীনীংবদু মদূনা লোইরবা নৎত্রা ?

চাউথোই — নঙগী সনাগী লীকসি পুখিবা ফৈ রাধিকা। সার মিলনগী ঙকশমদা লৈজবনা হেন্না অর্থ থোক্লোইদ্রা ?

রাধিকা — মদূনা ঐবু নীংশিংনবা মরম ওইরগদি... , য়ারে পীবীরকও।

চাউথোই — সে, থাগৎচরি (পী)।

রাধিকা — য়াম্না নুংঙাইজরে।

*অরোইবগী যত্র ঈশৈ*

# অরোহবা তাঙ্কক

*অহৌবগী যন্ত্র ঈশৈ*

গীতা  য়াম্না ঙল্লিনা ?

মিলন  কদায়দনো ?

গীতা  ইচে রাধিকাখোইদা। ঐখোয় য়ূমদা চঙ্ডুগে হায়রীয়ো ?

মিলন  নখোয় তামোবু লৈহৌব্রো ?

গীতা  তামো রোমেশকী লুহোংবা ঙরাংদগী চৎখ্রে। লুহোংবদি হয়েংনিদনা।

মিলন  নঙনা চৎতৌদু চৎলো ঐ ইমা অমুক্তা খুরুম্মমগে।

গীতা  চঙবীরুরো, ইমাদি লৈহৌবনি।

মিলন  (চঙশিল্লক্লগা) ইমা নীংশিংবীরিব্রা ?

মমা  হৈমা। ইচা মিলন নৎত্রনে ?

মিলন  মানি ইমা, নচানা খুরুমজরি।

মমা  মঙ্গল ওইয়ু। ফম্মু ইবুঙো। গীতা, গীতা ।

মিলন  মাদি থোঙ্গাল্লোমদা সুম থোকখি ইমা।

মমা  ইহে। কদায়দা অমুক চৎলিনোনে ? ইবুংঙোনা কদায় কদায় য়ৌরুরবা ? চুম্না সুম চখোরকপ্রা?

মিলন  ইমাবু খুরুমজবা লাকচরিনি। ববাগী মূর্তি সু ঙসি মায়খুম হাইদোক্কনি হায়না তাজবা।

মমা  অদুগী পরেংনিনে ইমানা লেংলিবসে। ইমাখোয়না বৃন্দাবন চৎলিঙৈ মনুংদা নচন্না তৌরল্লিবনিনে। কদায়দৈ শেনফমনো হায়বসু থওইনা খুমদে। ময়ামগী মতেংনা হোৎনবনি হায়নে।

মিলন ঐসু অঙম্বা খরা হাপচম্বিবনি ইমা।

মমা হৈয়ো ইচানা কয়াম হাপপ্রবা ?

মিলন মূর্তিগী শরুক অসিমদি ঐনা শাহনজবনি ইমা।

মমা এহ্। ইমাখোয়দি ইবুংঙোগী লমন চাউনা তোল্লেদনা।

মিলন লমনগী নত্তেদা ইমা। ববাদি মীয়ামগী কবিনি। মীয়াম্বু লমজিং লমতাকপীরম্বা ববাগীদমক্তদি ঐখোয় পুন্নমক্না হোৎনফম থোকপনি।

মমা নঙনা পূকচেল চাউরকপসি ওঙ্গোক্না নুংঙাইশ্রেদা। ইমাদি নঙবু য়াম্না লান্না লৌরুরেনে।

মিলন লান্না লৌফম থোকপনি ইমা। ইথক্তা লৈবা অঙম অথৌশিংনা ঙাইহাক ঙাইহাক্কী ওইনা খনবসিদা ঐখোয়সু ইতৈ-তৈনা উবীবা তাবনি। ঐ নোংমা তাঙ্গা চাবা অমদা ইমাদা লোইনা লীথোকচগে। অদু ইমা, নচানা লুপা লিশীং অমখক্তং কৎচরমগে।

মমা করিনোনে ঙসি ইচানা তৌবিরিবা ময়ামসিবো ? য়ামল্লিনে।

মিলন নচাদি তঙায়ফদবা থবক অমখক লৈরে। হোরেন ববাগী মায়খুম হাংদোকপগী থৌরম অসি খরা থেঙজরকপা তারে । অদুদি নচা অমুক থোকচরখিগে।

মমা চৎলো চৎলো, নকোক ফাওবা চিক্কনু।

*কার থৌখি*

রাধিকা চা থকসি গীতা।

গীতা চা অমা বাৎলিয়ে ইচে। তামো মিলনসু লাকঅনিয়ে।

রাধিকা লাকপু লাকঅদি ঐ থক্রুসু য়াইদা। নঙনা ঙন্না লাকইবু করি লৈগে ?

গীতা ইচেবু হয়েং তামো রোমেশকী লুহোংবা চৎপীগদ্রা ?

রাধিকা ঙসি ওইনা চখোকউরগে খল্লিবা । করিগীনো ?

গীতা ঐদি তাঙ্গা চাদৌ মান্দ্রে। সিমক্তা পীবিরমগেরা ?

রাধিকা নঙবু কদায় চৎতৌরিগেনে ?

গীতা ঐসু ঙসি চৎলনি ইচে।

রাধিকা কদায়দা ...

গীতা তামো মিলনগীদা।

রাধিকা গীতা।

গীতা — মাসু লাকএ। ঐ চা থকঅরোই ইচে।

রাধিকা — ঙাইখোনে ?

মিলন — ঐ অমুক্তা চঙজন্নকপা য়াগদ্রা ?

রাধিকা — লেঙশিল্লকউ সায়। সোমদা হেক্তা ফম্লীয়ু। ঐখোয়গী গীতানা হায়রিসিবু ...

মিলন — বা থোক্লবা, অদূবু হৌজিক্তগী হৌনা হায়দোকপা হৌনদ্রা গীতা ?

গীতা — য়ুমদা মতম চানা পাউ পীবীহৌদৌদি ইচেনি। হায়দোক্তবা য়াদ্রনে ?

রাধিকা — (কল্লপ) ঐনা হায়খিবদু নঙ করিমত্তা নাচুংদে গীতা ?

মিলন — ঐগী ঈ টেস্ট তৌবগী চেদু মসিনি, অমুক্তা য়েংবিয়ু।

গীতা — ঐ ইশা য়াওনা য়েংমিন্নরুবনি ইচে। করিসু অকায়বা লৈতবনিদা।

রাধিকা — অদুগা সায় মিলননা ঐঙোন্দা হায়বীখিবদুনা...

মিলন — গীতানা কৌরিবা মিংগৌসি ঐসু ঙসিদগী কৌজরগে। ইচেনা ঐবু চিংননা শেন্নবীখি, নংত্রা ? চংলসিনা গীতা।

রাধিকা — অমুক্তা ঙাইবীখোনে। মিলননা ঐঙোন্দা থম্লীখিবা মীৎয়েংদুনা...

মিলন — ঐ গীতাগী নাক্তা তোয়না লাকচবা য়ানবা অনকপা ইচেগীদা ঙাইহাক ঙাইহাক পঞ্জবনি। ইচেনা ঐবু অতৈগা মরী থমদনবা চাউশেন-শেন্নবীখিবনি। পুন্সিগী ওইনা খনবীখিবদি লৈতেদনা ?

রাধিকা — অদুগা সনাসি ঐঙোন্দা পীরকখিবগী মরমদি...

গীতা — অদুদি ঐনা নোংমা হায়জশ্রেনা। ঐনা পাম্লা শাজখিবা সনানি। নোংমা নংত্রগা নোংমদি ইনম্মা ওইনা ফংজরগদবা ইচে রাধিকাগী ঙকশমদা লৈতেংবসি ঐগী খ্বায়দগী লাইবক ফরবনি। কোন্না অমুক উন্নরসি, চৎলুখিগে ইচে।

রাধিকা — মতম শাংনা ছুটি লৌবিরিবনা করিগী ?

মিলন — ফীবম য়েংলগা কোয়রুনিদনা। গীতাসু এরোপ্লেন তোংবা ফংজদ্রি, সমুদ্র উদ্রি হায়। হন্দক্তি ঐ গোবাগা কাশ্মীরগা য়ৌগে খঞ্জরী। চৎচরুখিগে ?

রাধিকা — নখোয় অনীগীসিবু...

গীতা — মানে ইচে। ইচেদা তাকচরম্মীসে য়ুমদা তাকচরম্বগা চপ মান্নরে খঞ্জরবনিকো। পেন্না অমুক্তা কৌজগে 'ইনম্মা'।

রাধিকা — ঙাইখো গীতা ঙসিসি ববাগী মূর্তি মায়খুম হাইদোকপা নুমিৎ নংত্রা ?

গীতা — ববানা মঙজরম্বা মঙলান্দুনি ঙসি ঐনা মঙফাওহল্লিবসে। অথেঙবদা ঐখোয় ববাগী মফমদগী মঙ্গলাশীর্ববাদ লৌবা লাকচগনি। (কার যৌথি)।

রোমেশ — লেঙশিনবীরকও লেঙশিনবীরকও। হয়েং লুহোংবা য়াওদনবা ঙস্তানা লাকপীরবনিনে।

রাধিকা — বারৌবা য়াদ্রে রোমেশ, ঐ হয়েং ওফিস থাদোকপা য়াদ্রে।

রোমেশ — অদূগীবুদি ওফিসারদু সিদা লৈরীনে। অমুক্তা লেঙশিনবীয়ু, ঐ কৌজরক্কে।

রাধিকা — সি অমুক্তা হান্না লৌশিনবীয়ু। মসিমনা গীতানা পীরকপনি, ঐগীসিসু মতীক চাবদি নৎত্রে।

রোমেশ — য়ামনপ্লেনে, গীতাবু লাকঅরোই হায়রকপ্রো ?

রাধিকা — মাদি লাক্কদবা মান্দ্রে।

রোমেশ — করিগীনো হায়রিসিবো, মাবু মশা ঙমদব্রনে ?

রাধিকা — মশাদি ঙম্বা মাল্লি। খঙদেদা, লাকপসু য়াই খল্লি।

রোমেশ — ঙাইহাক্তা সুম ফম্বীয়ুকো।

রাধিকা — ঐ ওফিস মতমসু য়ৌরে, সুম থোকখ্রগেদা।

রোমেশ — চা পুরকঅনি। চা অমত্তংদি থকমিন্নখিসি। ইবেম্মা চাদু সোমদা পুরকও। ঐ ইমান্নবা অম'নীদা থিন্দোকচরুখিগে।

রাধিকা — ফনি।

রোমেশ — (মপান্দা) মী লাকই, সোমদা অমুক্তা লেঙশিল্লকখো।

চাউথোই — লাকইবু কনানোনে। (শরক শি) এহ্। কয়াম কুইরবা ?

রাধিকা — পঙকুই কুইদ্রি।

চাউথোই — ঐ নখোয় ওফিসকী ওফিসার-ইন-চার্জ পুরে। মিলন্দু মতম খরা ছুটি লৌই হায়। নঙ মরম খঙব্রা ?

রাধিকা — খঙই।

চাউথোই — করিগীনো অদুবো, ঐখোয় খঙহনবা য়াদবা জাৎলা ?

রাধিকা — ঐনা হায়দ্রগসু শোয়দনা খঙ্ঙকঅনিদা ।

চাউথোই — করিনো হায়রিসিবো, রাধিকানা খঙহনবীবদি য়াদবা লৈব্রা ?

রাধিকা — হৌজিকমক্তি ঐ হায়দোকচবা ঙমদ্রে।

চাউথোই — করম্বা মতমদা ঙমগদৌরিবা ?

রাধিকা — ঙসি নুমিদাংবাইরম হায়জরগে।

চাউথোই — বাফমদু য়াম্না মমল লৈহল্লিদা।

রাধিকা — মশানা লৈজবনি, ঐনা লৈহনবা নত্তে। ঐ থোকচখ্রগে।

চাউথোই — রোমেশ লাকখিনি, ঙাইহাক্তং ফমখোদনা।

রাধিকা — ঐ মঙোন্দা হায়গ্রবনি। ওফিস মতম ওইরে।

চাউথোই ওফিস হায়রগা ব্রাফম অমা নীংশিংঙকএ অমুক্তা ফমখোনে

রাধিকা কুরম্না ব্রাফম্লো ?

চাউথোই নঙগী থবক খনখিবদু অরানবা খরা থেংনরেনে।

রাধিকা অরানবা হায়বদি ?

চাউথোই থবক্তুগী ইন্টরভিয়্যু য়াওখিবা নৎত্রা ?

রাধিকা য়াওজখি।

চাউথোই শেংনা খনফম থোকপা কেন্দিদেত খরা খনখিদবগী রোর্কোদ থেংনরে। নঙনা থবক্তুগী লুপা লিশীং য়াথ্বে পীখিবা লৈকো ?

রাধিকা মদু ঐ হান্ননা হায়জন্ত্র মাল্লে।

চাউথোই ঐদি অচুম্বা খরা তৌনীংই। পরীক্ষা অমদি শেঙ্গা-থুমজা হায়বসিদা ঐ মীৎয়েং খরা অকক্লবা থম্না পাম্মী। ঐখোয়গী প্রজা মীয়ামসিসু তুমীন লৈমনখ্রে। ডিগ্রী পায়বগা থবক ফংবগা মরী লৈনরবা, থবক ফংবগা হিংবগা মরী লৈনরবা, অদু ওইরগদি পরীক্ষাদা য়াম্নমক অকক্লবা মীৎয়েং থম্বগী তঙায়ফদবা লৈ। ঐ মীয়ামগী তেঙবাং পাম্মী।

রাধিকা অপাম্বদু শোয়দনা পাঙথোকপিয়ু। অঙম্বা তেঙবাংজগে।

চাউথোই নঙগী থবকসিগী মতাংদনি ঐনা হায়রীসে।

রাধিকা ঐগী থবক্কী মতাংদনি অচুম্বা তৌবিয়ু হায়জরিসে।

চাউথোই অরানবদুদি নশানা হান্না খঙজখিদব্রা ?

রাধিকা খঙজখিদে। লৈবাকসিগী অঙম-অথৌ, মপী-মপা কনানা শেঙ্গা-থুমজাসিবু অরানবনি হায়খিবা য়াওবগে ?

চাউথোই অদুবু, ঙসিদি হায়রেদনা।

রাধিকা নথম্তা নত্তনা লোইনমক হায়হন্নীংই। লোইনমক চুমথোকহন্নীংই।

চাউথোই রা.. ধি.. কা..

রাধিকা ঙসিমক ঐগী থবক ককথৎপীয়ু। ঐঙোন্দগী হেন্না মতীক চাবশিং অদুগী মফমদা ঐনা থম্মোয় শেংনা লাল্লে হায়জরি।

*মরক্কী যন্ত্রঃ মীয়ামগী খুবাক*

রোমেশ ঙসি, লমদমসিগী অইবা অমগী মায়খুম হাঙদোকপীখিবগা লোয়ননা ইমানা পুক্নীংদা ফাওবিবা ঈথিল খরদং লেঙবিরক্লীবা পুন্নমক্কী মফমদা থম্নীনবা হায়জরি।

মমা চন্নবা থৌরমসিদা লেঙবিরক্লীবা পুন্নমকপু খুরুমজরি। ঙসিগীসি অশেংনমক থম্মোয়গী ওইবা থৌরমনি। থম্মোয়গী মরীনা মমি শান্নবা মতম অসিদা অসিগুম্বা থৌরম অসিগী চন্নফম লৈগনি হায়না চেংনা থাজে। ঙাইহাক ঙাইহাক্কী রাখলদা তুংগী শাংনা উবা ঙমদবা থম্মোয় শান্দবা শক্তি পায়বা থরনা অরানববু মায় পাকহনবগী চংনবী অমা লমদমসিদা ময়া তাক্লকপ্রে। তাং-পাং, মীনম-শোরিবা, অচুম্বা পামজবা কনা কনাগুম্ববু মীয়ামদবা অঙাওবগী থাক্তা উবিরকপা; খাইদগী লাইবকথীবা হিস্তিহাসকী অঙ্কক অমনি। অসিগুম্বা মতমদা অরাংবা রাখল থনবিরম্বা, মঙাল লৈরবা অইবশিংগী থম্মোয়গী চেনাশিং হাংদোকফম থোকই। ঙসি মায়খুম হাংদোকচরিবা অইবা অসিগী পরেং থরদং পাথোকচগে। মীয়ামগী পুক্লীং চিংশিনজরি ঃ

খোম্জেল *মীওইবা ওইনা পোক্লরবা ইচাশা, মীওই মপোক্কী থৌদাং খঙলম্রা/ফুন্দহনগনু, নশা-নশাগী নতীক-নঙল খঙনা পাঙলো শিম্বা মাঙদা তারিবা/ফজহম্লু তাইবঙপালসে, নিংথীরবা নঙগী থম্মোয়গী মপালনা/তরু অশেংলবা থম্মোয়গী লৈনাশিং, ওইহনগনু চিংন-খঙাম্নবা, কল্লক য়েংথীগী হৌরকফম ওইহল্লু মীনুংশিগা লেঙদ্রবা তুংনফম/খংনগনু, খংনগনু ইচাশা, ফাত্তবা মী লৈতবনি তাইবঙদা/ফীবম্না ফহনখিদবা য়াওরকপা য়াই/পুকচেল চাউনা মহাক্তু ঙাকপিয়ু/অফবা ওইরক্লবা ফীবম শেমগংলু/অচুম্বা চংলু ইচাশা। তাইবঙপালগী লৈতা-লাইরা খুদিংগী অরাং-অপা মেনশিনবা ঙম্রোয় নঙতনা/অচুম্বা তৌবতনা মখোয় পুম্বগী সেবা তৌবা শক্লগনি/ইচাশা, ইমা-ইপা, ওঝা-গুরুগী য়াথং ঙাক্লো চংলু/মখোয়না নঙোন্দা থম্লিবা আশাদু কায়হনগনু/খঙম্ভু, খঙম্ভু খঙম্ভু, ইচাশা/পুন্সিদা থক মায়থীরোই...*

মমা মূর্তি অসিগী থম্মোয়গী রাফমসে ঐনা রাহং অমা ওইনা অমুক হন্না হংজরিঃ ইচাশা নখোয়বু ইমা-ইপা, ওঝা-গুরুগী য়াথং ঙাক্লো, অপাম্বা খঙনা চংশা ঙম্বগী থৌনাদু লৈরিবরা ? মদুবু ঙম্রগদি ঐগী ইচা চাউথোইনা সাক্ষীনি, নখোয় পুন্সিদা থক মায়থীরোই। অমুক্তা খম্বীয়ু, ময়াম পুন্নমকপু ভক্তি কংচরি। (মীয়ামগী খুবাক)

রোমেশ লেঙবীরক্লিবা পুন্নমকপু হন্না হন্না থাগংচরি। ঙসিগী থৌরম অসি অহল-লমন পুন্নমকী অয়াবা লৌজরগা মতাং অসিদা লোইশিঞ্জরে হায়না লাউথোকচরি। মীয়ামু খুরুমজরি।

*মীয়ামগী খুবাক ঃ অতম্পা যন্ত্র*

মমা (চীংলেম্মা) য়েংঙুনে সে কয়াদা চীং লেমগ্রবা মূর্তি নো।

চাউথোই কবা হিংলি মীয়ামগী থম্মোয়দা যবা ঙসিসু হিংলি ইমা।

মমা অমুক্তা ফমথরকউ, ইমা য়া হংগে চাউথোই।

চাউথোই করিনো ইমা ?

মমা নচন গীতামা হৌজিক ফাওব হাল্লক্লিবসিবু...

চাউথোই রাধিকাগা লৈরমগনিদা ইমা।

মমা আদা লাকইসিবু রাধিকা নংত্রনে ? গীতাদি য়াওরকপা উদেদা।

চাউথোই মতোংদা হুংঙগা খঙগনি ইমা।

মমা চাউথোই।

চাউথোই করি লৈরি ইমা ঙসিদি হায়বিরো। নচাবু করি তৌহল্লীংই। নচানা পাঙথোকপা ঙমগদবা ইমাগী পূক্লীংনা নুংঙাইগদবা করি লৈরী ইমা, ঙসিদি লোইনা হায়বীরো।

মমা রাধিকাগী থম্মোয়বুসু শোকহনগনুনে।

চাউথোই রাধিকা...

মমা কৈদৌরে মাদি আ ঃ দা চপ লেপ্তুনা লৈরে। চৎলো গীতাদো নঙগা রাধিকাগনা থিররগা ইমাগী নাক্তা পুরকউ । নথোয় লাক্লিবা ফাওবা ইমা মফমশিদা লেঙদনা লৈরমগে। অদুগনে চাউথোই, নঙনা য়েক্লবনি থল্লিবা মীশক অমগা করিগুম্বদা নচননা লৈপূন শেমজরম্লা তারবদি নঙ থক শাউরগনুকো ইবুংঙো। য়েক্লবা লৈতবা তাইবঙপান অমা নঙ ববানা পামজরম্মী। ইমাসু ঙসিদি মদুগী অর্থ খঙলে।

চাউথোই ঐ ভাব তাজরে, অমুক্তা হংজরখিগে ইমা।

*নুংশিবা যন্ত্র ঈশে তম্না*

মমা (মূর্তিদা) ইবুংঙো, লুখ্রাশীংদা চলহৌরবী ঐগীদমক য়াম্না খনথিবদাই ? ইচা মী ওইরে, সমাজদা চন্নফম ফংলে; নুংগী মূর্তিমক ওইরগসু অমুক্তদি নোকউদনা ! ঙসিসে, নঙ-ঐগী শুভ-মিলননি; কনা উহ্নদনা পুরক্লি, কংলবা কুন্দো পরেংসে। কংজসনু, হক্লগেকো অমুক হন্না। ●

*অরোইবগী যন্ত্র ঈশে*



*কল্যানীয় প্রিয়োবর্তগী ৱারী খিবিক পাল্লি পূক্লিং তুনা থম্মোয় । হৌজিক মতমগী চংলিবা পুন্সিগী শক্তম তশেং য়েকপনি। ফনা হৈনা উই, মমি তাই। পুন্সিগী অমদাং খুদিং লাম্নুল্লিবা অৱা-অনংগী চৈথা অমসুং চৈনা তাই, কাওই কনা নিংথীনা। মীদি নুঙাইনা হিং,-ঈংনা পানগাদবনি উৎপশিংগী খোজুল মাদুনা চৎপা মীশক অমা ওইনা ঐখোয়গী সমাজগী অহোবা অশোয়বা কুপ্পা য়েং শেমগৎপনা পান্দম ওই চংলি মহাক্কী খোজে. . .*

অশাংবম শ্রীমীনকেতন সিংহ

*প্রিয়োবর্তগী থোং-নৌনা নুংশি-নুংওনবা, কজবা মফোঙদোক কয়া রেডিওদা করিদা তাবা কুইরে। শৈরেংদসু মহাক্কী খোঞ্জেল তাবা হৌরক্নে। ক্রিতিক অমা ওইনা লাউবসু থেংনরে . . .*

শ্রী এলাংবম নীলকান্ত সিংহ

*রেদিয়ো ড্রামাদা খোঞ্জেলতনা মপূং ওইনা থবক তৌবনা ডা প্রিয়োবর্তনা লোম্না পীবা ওম্না শাফু অদু অতাবশিংদা পীননবা হৈ-শিংনা হোংনবদু মাগী লীলাশিং অসিদা মশক থোক্লা লৈ। খোঞ্জেলগী পাম্বৈনা অতাবশিংদা নুংঙাইবা পোকহনবদু লাইরিক ওইনা পুখোকলকপদসু অপাবশিংদা পোকহনবা ওম্নসি লম অসিদা মায় পাক্লবা অইবগী মগুণনি। ডা প্রিয়োবর্তগী থোং-নৌবা য়াহৈ, মোং হাদবা মফোঙদোক অমদি নিংথীজবা ইমেজরিনা মহাক্কী নুংদা ঈহুল কয়া লৈরিবা হিয়ুমেনিজমগী মশক অদু নিংথীনা ফোঙদোকই . . .*

অরাম্বম সমরেন্দ্র সিংহ

*ডা মোইরাংথেম প্রিয়োবর্তগী রেডিও নাটকশিং অসি থরা তোপ তোম্নী। নাটক অয়াম্বা ফিলোসোফিকেল ওই। মহাক্কী ৱারী ইচম চমদে; সাহিত্যগী মচাক য়াম্না য়াওই . . .*

শগোলসেম ইন্দ্রকুমার সিংহ

*ডা মোইরাংথেম প্রিয়োবর্ত সিংহ মণিপুরগী মমিং চৎলবা প্লে ইবা মীশক অমনি। শাথীনা নীংবা কায়রবা মতমগী পুন্সি কাংখোঙদগী নাম্থোক্লবা সমস্যা ময়েক শেংনা উৎপা ওমই। মাগী খুৎইদা য়াম্না রোমেন্টিক ওইবা ঈহুল অমা তত্তনা শাগোম্লৈ অদুগা মাগী তাইবঙনা আদর্শ ওইরবা পুন্সিগী মীৎয়েং অমা তত্তনা ঈথৌ লাংজবনি। মাগী দাইলোগ য়াম্না ফজে . . .*

ডা নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ

*প্রিয়োবর্তগী ড্রামা মীওইবগী মমল অমসুং পুন্সিগী অর্থবু থিবগী খোঙচৎনি। অইবনা ঈথৌ লাংজরি - মীওইবা মশেল নুংশিননা হিংবা, থম্মোয় মশক খঙনবা, মান্নবা সমাজ অমা, শান্তিগী অমসুং মঙালগী তাইবঙ অমা। সমাজগী কায়থরক্লিবা মশক্তা শেন্দবা কয়া লৈরবসু মক্লবা থম্মোয়তনা থম্মোয়বু খুদুম চনবা ওমগনি হায়বসিদা চেংনা থাজে। মীওইবগী তমথীরবা লীচং, মশাগীতা খনখিবদগী অচুম অরান খনওম্না শক্তি মাঙখিবগী মতৌ অসিদা মানা থম্মোয় শোক্লা কপ্লি। খিদমগী জগৎপু পামজবা অইবনি . . .*

লমাগো